[illegible]

# লাইনীংদা লূনশবী

ওজিৎকুমার শুরাংচা



পেট্রিওটিক রাইটর্স ফোরম, মণিপুর

**LAININGDA LUPKHRABI**

A Collection of 15th Short-Stories

by **OJITKUMAR LUWANGCHA**
New Checkon Purana Rajbari-1

Published by : **Thokchom Naina Devi** on behalf of
Patriotic writers forum Manipur,
Keishampat Leimajam Leikai.



*This is a work of fiction. Names, Characters, Places and incidents are either the product of the authors imagination or are used fictiously.*

ISBN : 978-81-921814-9-3

| | | |
|---|---|---|
| First Edition | : | 2011 |
| Copy | : | 500 |
| Price | : | 145/- |
| Cover | : | Ingudam Mahendra |
| Cover Script arts | : | O.C. Meira |
| Printed by | : | Lamyanba Printers, Palace Compound, Imphal |
| Stockist | : | Patriotic Writers Forum, Manipur, Keishampat Leimajam Leikai and Authors home |

# অফোঙবীগী ৱারোল

লোয়নসিল্লোনবু নুংশিজবা অমসুং লোয়নসিল্লোনদা থবায় য়াওজবা মীশক অমা ওইজবগী হৈনবীসিনা পিক্লিঙৈদগী শৈরেং, ৱারীমচা, উপন্যাস কয়া পাজবগী হৈনবী লৈরকই। মসিনা লিচিং ওইদুনা ওজিৎকুমার লুৱাংচাগী অনীশুবা খোমজিনবা ৱারীমচা ১৫ গী অপুনবা লাইরিক "লাইনীংদা লূপখ্রবী" খুৎই ওইনা লৈরিঙৈদা পাজরুই। অদুনা মরম ওইদুনা পূক্নীংদা ফোঙনিংবগী ইহুল অমা হৌরক্লুনা ফোঙজগে হায়জবদা মরূপনা য়াবিদুনা লাইরিক অসি ফোঙদোকচবগী তাঞ্জাদু পীনবিরে। মসিগীদমক মরূপপু ইহান হন্না থাগৎচরি। ঐগী মরূপ অসি লোয়নসিল্লোনগী মপুং ফারবা মরৌশিং লৈবা, মীগী থম্মোয়বু কপহন্বা নোকহনবা ঙন্বাগী মথক্তা মোরেল এডুকেসন পীবা ঙন্বা, অনৌবা ঈং- তপপা সমাস অমা পুরক্লবা হোৎনবিবা লোয়নসিল্লোনগী মঙাল মতিক চানা লৈরবা অইবা অমনি হায়বসি ঐ থাজরে।

ৱারীমচাশিং অসি পারুবদা পূক্লিংদা ফাওরকপা ইহুল খরদং পাউদমজরবদা মরীশুবা ৱারীমচা "নুংশিবগীবু মমল পীনবরা" মসিদা অইবনা য়াম্না ৱাখল থাদরগা নুংশিবগীদমক নুংশিজবা অমনা কয়া- য়াম্না কৎথোকপা ঙমবগে হায়বসি উৎনবা হোৎনবগা লোয়ননা নুংশিবগী মগুণ খংবা ঙমদ্রবা মীশক অমগী মফমদদি কৎথোক্লিবা পূম্বা অরেম্বগী মশকনি হায়বসি তাক্লবা অমুক য়াম্না কন্না হোৎনৈ। মমল পীবনা নুংশিববু কৈদৌনুংদা খুদুম চনবা ঙমদে হায়বসিনা মহাক্কি অরোইবা পাউজেল ওইরি।

মথংদা মিংথোল ওইরিবা ৱারীমচা 'লাইনীংদা লূপগ্রবী' অসিদা অইবনা য়াম্না ফজরবা ৱাহৈ খরা শিজিন্নরি "নুপা অমগী নুপী অমনি হায়দুনা লৈরগা, মহাক্কী নুপাদা মহাক্কী নুংশিবা শরুক তম্লিংদ্রবি নুপী অদু করম্বা নুপাদুগী নুপী

অমা হায়বদো ওইরিবগে” লাই নীংবগী লম্বীগা য়ূম পানবা নৌরিবা পুন্সিগা পূন্না চৎমিন্নবা য়াদে, মসিনা য়ূম পানবগী লীপুন কায়রকই অমদি নীংলিবা লমবিসু হায়বদি লাই নীংলিবা অদুবুসু অশেংবা পানদম ফংবা ঙমহনদে হায়বদু ময়েক শেংনা অইবগী হৈশিংলবা খুৎইনা ফোঙদোক্লি। তুংগী পুন্সি লিপুনবুদি তৎহন - কায়হন্দনা নুপীগী অসেংবা মমা ওইবীগী শক্তমদু অরোইবদা কায়হন্দনা লোইসিল্লি।

মথংদা “নুপানা ঙাওরবসু নুপীনা হীরা ওইরবদি” হায়বা অসিদা নুপীনা অখাং কনবা অমদি অচেৎপা থাজবা অমনা মাঙলুরবা লন ওইরিবা মপুরোইববু অমুক অনৌবা পুন্সিগী অশা অমা লাকহনবা ফ্যুচর ইভোলুসন উৎপা ব্রারীনি” মসিনা ঐখোয়গী সমাজ সেন্দ্রাদা নুপীনা চাউরবা থৌদাং লৌই হায়বদু পাউজেল ওইনা পীরি।

অরোইবদা লাইবিক কয়া পুথোকপিদুনা মণিপুরী লোয়নশিল্লোনগী পুক্কে থলহনবদা অইবনা অচৌবা থৌদাং কয়া লৌবা ঙম্নবা তাইবং শেন্বা মপৃদা থৌনিজরি। লৌবা ঙম্বসু ওইবিয়ু।

চৈচৎ থোকচোম নাইনা দেবী

২৬-৮-২০১১

# সেক্রেটরীগী ৱারোল

২০১০ গী ফেব্রুৱারী ১০ দা "কিশি" হায়না মিংথোনবা ৱারীমচাগী লাইরিক অমা ফোঙখ্রবা অইবনি, ওজিৎকুমার লুৱাংচা। পেট্রিওটিক রাইতর্স ফোরমগী অচঙবা মেম্বরনি। হৌজিক্কী মীরোলসিদা থোরক্লিবা নহা অইবশিংগী মরক্তা মিং পল্লারক্লিবা অইবা অসিগী অনীশুবা ৱারীমচাগী লাইরিক "লাইনীংদা লূপখ্রবী" ফোরম অসিগী মিংদা ফোঙবীরকপা অসিদা নুংঙাইবা ফাওজে। চৎলিবা দিকেদ অসিদা অনৌবা অইবা- অইবীশিংগী খোঞ্জেল য়াম্না তারক্লি। ৱারীমচা হায়বা কলা অসিদা হেন্না কনবা মীৎয়েং চৎলক্লিবা ওজিৎকুমারগী অনৌবা ৱারীমচাগী লাইরিক অমসু ফোঙননবা থৌরাং তৌরি।

নহা ১দি অহল্লোন অনীমক পূন্না চৎমিন্নজরিবা ফোরম অসিনা মণিপুরী লোন (মৈতৈলোন) লোয়নসিল্লোন (সাহিত্য) চাওখৎননবগী পান্দমদা হীরমসিগা মরী লৈনবা থৌরম কয়া লেপ্তুনা পাঙথোকচরক্লি।

চহী ৩ গা থা তরুকমুক্তা ঙায়জরিবা ফোরম্মা লাইরিক ২০ গী মথক্তা ফোঙবা ঙমজরে। লাইরিক নৈনবা, থিজিন খোঙচৎ চৎপা ১ দি অইবশিংদা মনা পীদুনা ইকায়খুম্নবা উৎপা হায়বসিনা ফোরমগী লেঙদ্রবা থৌরমশিংগী মনূং চন্না পাঙথোকচরি।

হন্দক ওজিৎকুমারগী মফমদগী "লাইনীংদা লূপখ্রবী" কৌবা ৱারীমচাগী লাইরিক অমা থোরকপদা হেন্না নুংঙাইরিবদি অনৌবা পাব্লিসর অমা লোয়নরকপসিনি। অইবা মশা- মশানা শেল পুথোক্তুনা লাইরিক ফোঙবগী চৎনবী অসিদগী খরা থৈদোক্লগা পাব্লিসর অমনা ফৈগাক ফৈনা লেপ্তুনা লাইরিক অমা থোরকপগী

নুংঙাইবসি মপান নাইদে। পাব্লিসর ওইরিবী থোকচোম নাইনাবু থাগৎচৈ। তুংদসু লাইরিক কয়া ফোঙবা ঙম্বা ওইসনু।

অরোয়বদা লাইরিক অসি মীয়ামদা থম্মোয় শেংনা শিন্নজরি।

চৈচৎ

২৩-০৮-২০১১

রাকেশ নাওরেম

জেনেরেল সেক্রেটরি,

পেট্রিওটিক রাইতর্স ফোরম, মণিপুর

"ইহান হান্না অনীগী অপুনবা মাণপুরা ৱারীমচাগী লাইরিক পুন্সি মৈরা (১৯৫৮) বু মণিপুরী লোয়নশিল্লোনগী পুক্কৈদা খূদোল তৌবিরম্বা লাইওইখ্রবী এম.কে. বিনোদিনি অমদি প্রমোদিনি অনীগী মফমদা।"

# হায়নিংবা কয়ালক্তে

মণিপুরী লোয়নশিল্লোন্দা ব্রারীমচাগী লৈচল অসি থেংনা চঙলক্লবসু ঙসিদি কলা অসি অপাবশিংনা খ্বাইদগী পাম্নবা লোয়নশিল্লোনগী লৈচল অমা ওইরকপতা নত্তনা খ্বাইদগী মশিং হেন্না ফোঙনবা অমসুনি। এম.কে. বিনোদিনী অমসুং প্রমোদিনি অনীনা ইহান হান্না পুথোকমিন্নখিবা অপুনবা মণিপরী ব্রারীমচাগী লাইরিক **পুঙ্গি মৈরা** (১৯৫৮) ফোঙদুনা লোয়নশিল্লোনগী পুক্লৈসিদা খূদোল তৌশ্রবা মতুংদা, অইবা- অইবী কয়া অমনসু মতুং ইন্দুনা ব্রারীমচাগী কলা অসিদা ইচং থৌনা ফনা চংসিল্লক্লি। মাঙজিল থাগৎশ্রবা ব্রারীমচা অইবশিংগা যেংনরুরবদি ঐদি লমসিদা য়াম্না নৌরি। চাংদম্নবা মখোয়গী মরক্তা য়াওশীল্লুবা মতাং চাদ্রি।

ব্রারীমচা ইবা হায়বা কলাসে লাইলুনি। মসিদা য়াম্না হৈশিংবা চঙঙি। মায়থোঙ লিশিং লোংবা লোয়নশিল্লোনগী কলা অসিগী নুং য়ৌনা চংবা হৈবা চঙঙি। লোয়নশিল্লোনসু পুঙ্গিনি, পুঙ্গিসু লোয়নশিল্লোননি। শক্লোন য়াম্না পুঙ্গিগী মশকশিং অসি করম্না কমদৌনা করম্না ব্রাহৈ ব্রাতাদা শুপ্পগী লমায় খর- খক্তদা ইগোক্লনা, ব্রাবীমচাশিং অদুদা য়াওরিবা কেরেক্টরশিং অদু অহীংবা অমগুম মরোল লোলহন্নবা ইথোকপা হায়বসে তরাইবা অমদি নত্তে। মতিং লৈবা শাফু কল্লবা পাউজেল অমা কেরেক্টরশিং অদুনা পীহন্দুনা অপাবশিংগী পৃক্লিং হুমদুনা পুবা ঙম্নবা হোৎনবা হায়বসিসু য়াম্না লুবা কলা অসিগী শরুক অমনি। মসিদা হৈশিংবা অমদি শেম শাবা হৈবা চঙঙি।

কিরিবদি ব্রাফমর্সিনি। মশক নাইরবা অইবশিংনা ইরিবসিদি মশাগী শক্তম কনজদুনা থম্লনবনি। মশক নাইবা ব্রাৎলির্বশিংনা ইরিবসিনা মশক নাইরক্লবনি। অনীসিগী চাং ওল্লকপা অসিদনি নুংনাংনরক্লিবা। মশাগী শক্তম লেপশ্রবশিংনা

পীরকপা পাউজেলদি লূপ্না লৌনৈ। মশক নাইবা ৱাৎলিবাশিংনা পীরকপা পাউজেলদি ইয়াং য়াংহল্লি। মসি খল্লুবদা ইশাসে তু চুংঙ। ইপাক্তা লৈতুম মচা অমতং ওইরবসু শুম্বদ্রবদি ইপাক্কী ইমাইদু নোমদে, মতৌ অসিগুম্না লোয়নশিল্লোনগী ইপাক অসিদা লাইরিক ফোঙদ্রবদি ইপোম হৌদে। মসিগী ৱাখল্লোন অসিদনি ৱারীমচাগী লাইরিকসি ফোঙননবা হোৎনজরক্লিবা।

হায়জনিংলীবা ৱাফম অমনা মতমসিদা কনাগুম্বা খরনা লাইরিক অমগী মগুণ থাক মশক অদু লাইরিক্তু ইরিবা মিংদুগী মতুংইন্না হান্না সুংপা পাথোকপিদনা লেপথোক্লবগী চৎথনরক্লিবা পরিং অসিনি। মসিদি য়াম্না লাইবকথিবনি। লাইরিক অমগী ফজবা অথিবা হায়বদি ইরিবা মীদুগী মীংদা চৎহনবগী মহুৎ লাইরিক্তুগী মনূংদা য়াওরিবা মচলদুদা লেপহন্নিংই। কৈদৌনুংদসু মমিং নাইবা অমদি নাইদ্রিবা অনীগী চাং ওন্দুনা লাইরিক অমগী মশক লেপথোকপিবগী মহুৎ লাইরিক্তুগী নূংগী ওইবা মচল অদুদা চঙশিলহন্নিংই।

ফোঙদোকচরিবা লাইরিক 'লাইনীংদা লূপখ্রবী' ৱারীমচা ১৫ কী পূনসিনবা লাইরিক অসিনা ঐগীদি অনীশুবা লাইরিকনি। ঐগী ৱাখল্লোন্দদি লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারীমচাশিং অসিনা পীনিংলিবা পাউজেল অদু মতিং লৈনা য়ৌশিন্না পীবা ঙম্লব্রা খঞ্জে। অদোমসু অমুক্তং পাবিরগা অদোমগী মোৎ পিবীয়ু। লাইরিকসিনা অদোমদসু শোইদনা করিগুম্বা কান্নবা খর পীরগনি হায়বসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি।

লাইরিকসি মপূং ফাননবা হোৎনবীখিবা খ্বাই তরাবু শূপচিন্না চপ মান্নবা শরুক্তা অইবগী মায়কৈদগী মীনুংশি তৌবিমল খঙজবা অমদি ইকায় খুম্নব উচ্চরি।

চৈচৎ ওজিৎকুমার লুৱাংচা

২৬ আগষ্ট, ২০১১

# ৱারীমচাশিংগী য়াওফম

## চাংয়েং

হন্দক মরকসে নাওরিয়া “থম্মোয় য়েন্নীং” কৌবা নোবেল্ অমগী লমায় অমা পারুবদগী ইঙাউ ঙাউই। মাগী খুঙাওসে অচম্বা নত্তে, “থম্মোয় য়েন্নীং” না অতম্ননা মাগী থম্মোয়নুংদা নুংশি য়েন্নীং তমলক্পগী খুঙাওদুনি। শুপ্নগী লমায় অনীখক্তনি মানা পারুবা নোবেলদুগী, মদুসু কা য়োমদুনা পুরকপা চেদুনি। কয়াদা মতিক ময়াইকনখ্রবা চেনানো? লমায় নিফুতরেৎ অমদি নিফুনিপাল হায়না প্নীবা পরীংদুদা ইরি “থম্মোয় য়েন্নীং” অমদনা নোবেল। খঙনিংবগী ময়াইনা লৈঙমদ্রদুনা ফুক হৌগৎতুনা লাইরিক শেনফম অচৌবা দিপোৎশিংদা চৎলি। লাইরিকতু কোংখী খী। অমনী অমং অমদা। ইথেং থেংনদে। মমৈদা মওং কয়া মান্দবা মশা কয়া নানজনবা অপীক্পা দুকান অমদা মল্লী মল্লী তৌবা কোপী অমখক্ লৈরম্মী। কোপীদু কনথোক নাম্থোক্তুনা খোইরাংনা লমায়দু প্রপ্ প্রপ্ ফাকৎলি। লমায় নিফুতরেৎতা খোইজংনা য়েংঙি। মায়থোঙ মোমোন নোকনা লাইরিক্তু মখুৎতা য়ৈরদুনা হায়দোরক্ই, “য়েস! ফংদি ফংলেদনা”।

পানিংবগী ময়াইনা ঙাওরবনিনা নোবেল্দু নুমীৎ নীনীদা লমায় চানিপালগা হুম্দ্রাহুম্দোইদু পাবা লোইশিন্খ্রে। নোবেল্দুগী ৱারীদুনা হুমদুনা পুরবা নাওরিয়া মহৌশাগুম্দ্রে। পুম্হোং হোংলে। অহোংবশিনা মাবু লৈতন্দবা ৱাখল্ কয়া পোক্হল্লক্লে। মতিক মগুন্ লৈরবা নোবেলসিগী অইবী এন্.এন্. চনু কনানো হায়বা মশক্ খংনিংবগী ময়াইনা পুক্নীংদা মথুম্ মরাং হৌবা হেন্গৎলক্লে।

"কনানো এন্.এন্.চনু হায়বু?" নাওরিয়াগী মরূপ্ থৌবনা হংলক্ই, নাওরিয়া নোকমীরদুনা খুম্মী,

"অইবীনি ভাই, ঐসু মশক্ খংদ্রি, খংলিবা হায়ববু "থম্মোয় য়েন্নীং"গী অইবীনি, লাইরিকসিগী চেবাংশিংসিনা ঐবু ৱাহল্লে, মাগী ৱাহৈ পরেংশিংনা নতাওগী থম্মোয় ফিবান্দা হন্না হন্না য়ৈররি .... মাবু কনানো থীদবা য়াদে।" নাওরিয়াগী ৱাহৈদুদা থৌবনা মখা শম্থে,

"মাবু থীনবা অকুপ্পা মরী-মখোংদি খংলবরা?" নাওরিয়া পুক্নীং লাংনা খুমলকই,

"লৈফম্সু ইদে, মমীংসু লোৎলি. খংলিবা হায়ববু এন্.এন্. চনু অসিখক্তনি। লীখুন্ হায়ববু এন্.এন্.চনু অসিতনি ভাই ঐখোয়দা লৈরিবা মাবু থিনবগী। হোই, লীখুন্ অমসু লৈরে, মাগী লাইরিকসে ফোংলিবা ফোরম্সিদগীসু খঙবা ঙম্বা য়াই।" ৱাহৈদুগী মথৌ হাপ্লদুনা থৌবনা হায়রকই,

"মদুনা ফগনি ভাই, মদুদা হান্না চৎসি।"

ফোরম্না হায়রকপগী মতুং ইন্না নাওরিয়া অমদি মাগী মরূপ্ থৌবা এন্.এন্. চনু হায়বদি নোনি নোংমাইথেম্গী শঙ্গাইদা লাক্ই। নোনিদি ময়ুমদা লৈরম্দে। লাইরিক ফোংবগী থৌরম্ অমদা শরুক য়ারুনি হায়দুনা এম.ডি.য়ুদা চৎখি হায়না পাউদম্লক্ই। থুনা য়াংনা নাওরিয়া থৌবগা লোয়ননা এম.ডি.য়ুদা চৎলি। এম.ডি.য়ুগী হোল্দা হেক্ চংশিন্বগা তারক্ই "মথংগী শৈরেং পাবীগদৌবী এন্.এন্. চনুবু ষ্টেজদা কৌখৎচরি।" অহাংবা ফম্ফম্ অমদা চংশিন্দুনা ফমথৈ। 'থোরক্লীবীশিদি নহানিনা, মশকসু ফজৈ, মগুণসু য়াওরী," মমোন্দা মদোম্ খনজৈ নাওরিয়া। এন্.এন্. চনুনা পারীবা শৈরেং অদু তাবগী মহুৎতা এন্.এন্. চনুগী মওং মতৌদা ঙাউদুনা লৈখ্রে নাওরিয়া। ময়ামগী অহৌবা খুবাক্ মখোল্দা ৱাখল তারকই নাওরিয়া এন্.এন্. চনুগী শৈরেং পাবা লোইরে হায়বা। এন্.এন্. চনু শৈরেং পাবা লোইরবনিনা

চৎনবা শেম্ শারদুনা মপান্ থোক্পা উরক্পদা নাওরিয়া ফুক্ হৌগৎতুনা মতুং ইন্নরি।

"মীকুপ অমত্তং" নোনিবু খান্নদুনা নাওরিয়ানা হায়, ব্রাহৈদুদা মমায় লৈথোরক্তুনা নোনি,

" ঐহাক্পু ওইবীরব্রা?" ব্রাখল্ খন্না খুন্নক্পা পাউখুমদুদা মায়থোঙ মকা লাম্না নাওরিয়া,

"অদোমবুনি হায়জরিবসে, অদোম নোনি নোংমাইথেম 'থম্মোয় য়েন্নীং' গী অইবী"।

"অহোই, অদোম্না খন্বীরীবদো ঐ ইশানি।" নোনিনা নোকফেৎ তৌনা খুন্নকই,

"মঙারক্ পাজরে, য়াম্না নিংথিনা থম্মোয় হুনা ইবীখ্রে, অমুক্তংদি উন্নগে খন্দুনা ঙাইজরকপা কুইরবনি," নাওরিয়াগী পূক্নীং থৌগৎপা ব্রাহৈদুদা নোনিনা পেনজনা খুন্নকই

"ঐগীদি লাইবক্ ফবনি" ঙাইঙম্দনা মখা তারক্ই নাওরিয়া,

"উন্ননিংমন্খ্রদুনা য়ূমদসু য়ৌজরুরে, অসিদা চৎখি তাক্পীরকপদুদা য়ৌশিন্জরক্পনি। অইবীগা থেংনজবা য়াম্না নুংঙাইজৈ। থাগৎচনিংঙি 'থম্মোয় য়েন্নীং' ইবীবগীদমক্। কোফি ওফর তৌজগে অয়াবা পীবীগদরা?" ব্রাখল হায়ফেৎ খল্লগা নোনিগী তবারা চীনবালনা,

"থাগৎচরি পূক্নীং থৌগৎপীবগী অদুবু ঙসিদি নুংঙাইররোই, হয়েং ওইনা অয়াবা পীজগে, ব্রারৌবীরোই।" নোনিগী পাউখুমদুদা নাওরিয়া,

"অপেন্বা ফাওজে অয়াবা পীবীবগী, অদুদি হয়েং নুংথিল্ পূং অনীদা সিটি কেফ্তা থেংনরসে।" নোনি মঙক্ হায়দুনা,

"অদুবুদি য়ারে অদো মীংদি খংজহৌবা য়াগদ্রা?" নাওরিয়া পন্থদনা খঙহায় হায়দোরকই।

"সোরী নোনি, নাওরিয়া কৌজৈ" নোনিনা নুংশি মীৎয়েং কায়হৌরদুনা,

"অদুদি নাওরিয়া চৎলুখিগে।"

নোনিনা চৎখিবা মায়কৈদা মমীৎ ইঙাও ঙাওনা নাওরিয়ানা য়েংদুনা লৈহৌই। মতৌ অদুদা থৌবনা লক্নরক্ই, "থম্মোয় য়েন্নীংসে লাইরিক্শিখক্তগী ওইবম্দ্রে,

অইবীশিসু থম্মোয় য়েন্নীং চোংহন্ হৈবী ওইরম্লে, নঙগী থম্মোয় য়েন্নীং হুল্হন্লম্লীবশে য়েংঙু য়েংঙু... ।।

উনবু উন্নরবদি মথং অমুক শম্থনা উন্নবগী লম্বী হেক্তা থোরকই। অসুম্না মরম্ অমা নত্রগা অমা লৈহন্দুনা নাওরিয়া অমদি নোনি অহুম্-মরীরক্ উন্নদুনা ৱারী ৱাতাই শান্নখ্রে। মখোয় অনীগী অসুম্না উন্নবগী মতৌ অমদি মওং অসিনা মখোয় অনীগী থম্মোয়দা মরী অমা শাগৎলক্লনা শেম্গৎলক্লে। নাওরিয়াগী মীৎয়েংনা খংহন্নীংলিবা থম্মোয়গী ৱা, ৱাহৈনা পুন্শিল্লক্লিবা থৌরী অমদি মতৌনা উৎলকলিবা অনৌবা অহোংবা অদো নোনি ৱাখল্ তাই। নোনিনা মাগী মীৎয়েংগী পাউখুম্ হল্লকপা মীৎয়েংনা, ৱাহৈগী পাউখুম্ নুংশিনা খুম্লক্পা ৱাহৈনা, য়ান্নীংবগী উৎলকপা মওং-মতৌ অদু উবদা নাওরিয়াগু থম্মোয় থম্মোয়নুংদা অপেন্বা ফাউজে। অসুম্না মখোয় অনী নোংমা নোংমগী নক্শিন্নরক্ই। থাজনবা হেন্গৎনরক্ই,

"লৈত্রবদি খংদে নাওরিয়া, লুপা লীশিং অনীতংগা মতেং তৌগেরা?" নোনিগী ৱাহৈদুদা নাওরিয়া "আ! করি অচিন্বা লাক্লবগে, নহান্ লীশিং মঙা লৌখিবতসু মঙাইরি"। ইকায়বা মতৌ উৎতুনা নোনিনা নাওরিয়াদা মখা শম্থরক্ই,

"ঐগী অচীন্বসে মশা পাল্লী, নহান্গীদুনা য়ারদৌবোই খল্লুবনি অদুবু হেক্তা পাইশিল্লক্ই। আ! অদো লৈত্রবদি করি উপাই লৈ, অদুক্ হংলম্বগী ৱানি।" নোনিগী ৱাহৈদু তেন্জিন্গী চৈনানা পান্বগুম তৌই নাওরিয়া,

"হৌজিক্তি য়াওরক্কে, হোরেল্ য়ুম্দা ওইনা থীল্লক্কে য়ানিকো নোনি!"

অসুম্না থা অমগী মথংদা থা অমা হৌখিদুনা ঙসিদি মখোয় অনীনা খংনরক্পসে চহী হায়রক্লে। মতৌ অসুম্না নোনিনা অচীন্বা উৎ-উৎতুনা নাওরিয়াদগী পৈশা থেংদোক্পসিসু মশিং খংদ্রে। য়ানি হায়বগী মতাগুম্ নোনি নাওরিয়াদগী পৈশা থেংদোক্পগী হৈনবীসে ঙসিসু লেপত্রি। নোনিবু থম্মোয় শেংনা নুংশিরুবা কৌবনিনা নাওরিয়াসু নোনিনা হায়বতা য়াদুনা লাক্লি। নাওরিয়াগী পুক্নীংদা ৱাখল্ অসিমসু খন্দবা নত্তে "নোনিনা মাবু তশেংনা নুংশিবীরবরা? নত্ত্রগা পৈশা লৌবা য়ানবা মাবু নুংশিবা শাশিন্নরিবরা?" অশেংবা অমদি মহাক্ খংদোকপা পান্লক্লে। তংদাংবা খংনবা চাংয়েং অমা মা নোনিদা তৌরগে হায়না মপুক্নীংদা চপ্ য়ুংনা লেপ্লে।

সিটি কেফ্কী তোখাইবা কা অমদা মখোয় অনী ফম্মীন্নদুনা কোফি থকমিন্নরি। নুংঙাইবা ৱারী খরগী মতুংদা ওইননা য়েংনরক্পা মীৎয়েংগী খুদোংচাবা লৌদুনা নাওরিয়া নোনিগী মখুৎ পায়দুনা নহান্মখৈগা মান্নদবা মওংদা,

"নঙগা খুৎসে য়াম্না মোল্লা, পায়বা নুংঙাই ঙাসাদ, অমোন্‌বা নঙগা খুৎশিনা হকচাংশিদা নান্‌থরক্লবদি হক্‌চাংসে খীংগৎলক্কদৌবা মাল্লী নোনি"

(নাওরিয়াগী ইঙ্গীৎতো নোনি ভাব্ তাই, মখুৎ শৎতোকতুনা) "ঐনা নঙোন্দগী নঙগী ঙসিগী ব্রাহৈ অমদি ব্রাখল্‌দো, কৈদৌঙৈদসু অশা তৌখিদ্রি। ঐখোয় অনী থোকলসিরা?" নোনিগী ইকায়বা পীবা মান্‌বা ব্রাহৈশিংদুদা নাওরিয়া ইকায়রকই,

"ঐগী ব্রাহৈসিদা করি অকায়বা য়াওখ্রবগে, ঐখোয়নীনা লৈনরিবা মরীশিদা ব্রাহৈসিদি থোইনা অকায়বা লৈফম থোক্কে নোনি, নঙ ঐবু ইকায়বা পীরক্কনু!"

মায়থোঙগী মচু ওল্লক্‌লীবী নোনিনা, "ব্রাহৈদো নঙগী নফম্‌দা কায়দ্রবসু, ঐগী ইফম্‌দা শাথিনা অকাইবনি। ঐ ঙসিদি নহাক্ কনানো হায়বা নশক্ মুন্না খঙ্‌বা ঙম্লক্লে। নঙদি ঐবু নুংশিবা নত্তে, নঙনা ইফম্‌দৈ পাম্লম্লীবদি অমা ওইরম্‌লে। নঙনা নিংলিবা অপাম্বদো ঐদি পীবা ঙম্লোই, অদুগুম্বা মীদো ঐদি নত্তে।" নোনিগী থাজদবা ব্রাহৈশিংদুদা নাওরিয়া

(শাউগৎলক্‌ই) "ঐসু খঙ্‌ঙি নঙনসু ঐবু নুংশিবা নত্তে। নঙনা খল্লীবা মীশক্তো ঐসু নত্তে নোনি। ঐসু খংঙি নঙনা ঐঙোন্দগী পাম্লীবসে নুংশিবা শাশিন্নদুনা ঐঙোন্দগী পৈশা লৌথোক্‌পদুনি নত্রা? মসি খংদোকননবগী- দমক্তনি ঐনা নঙোন্দা ঙসি তৌরিবা চাংয়েংসে। নঙদি নতাৎ হৈবী শক্তম্ অমনি।" নোনি করেম্নরদুনা শিংনরক্‌ই নাওরিয়াদা,

"চাংয়েংদি নঙনা নত্তে ঐননি নঙোন্দা তৌরিবা (য়াল্লীবা বেক্‌তুদগী শেন্‌বুল্ মপুল্ খরা পুথোরক্তুনা নাওরিয়াদা লংশিল্লী) শে! নঙোন্দগী ঐনা লৌখিবা শেল্‌শিং অদুনি অমত্তা ব্রাৎতবনি। অদুগা (লীষ্ট অমা পুথোরক্তুনা) লীষ্টশিনা নুমীৎ অমদি লৌখিবা শেল্ মশিংশিং অদুনি। ঐ নঙোন্দগী নঙগী শেল্‌সে মীহৌবগীদমক্ নঙোন্দগী শেল থেংখিবা নত্তে। নহাকনা ঐগীদমক্ কদাইফাওবা তৌবা ঙম্বগে হায়বদু য়েংবনি।" ফুন্‌গৎলম্বা শ্বর হোম্বদুনা নাওরিয়া ইংথরগা নোনিদা য়েংলদুনা হায়রকই,

"অদো হৌজিক্ কম্‌দৌবা! নঙগী চাংয়েংসু মায় পাক্লবা নত্রো? ঐগী চাংয়েংসু মায় পাক্লে।" নোনিসু তপ্‌থরদুনা ওইনরক্‌ই,

"চাংয়েং অনী থেংগাইনরবদি রিএক্সন্ অমদি থোরক্‌ফম্ থোক্‌ই" নাওরিয়া চীনবাল্ মকা লাম্লদুনা,

"ইথম্মোয় নথম্মোয় শেংনরে হায়রবনিনা, চাংয়েংসিগী রিএক্সনদি ঐখোয় অনী ঙসিদগী অমত্তা ওইননবা চেন্‌গদৌরিশিনা ওইহন্‌বা তাই। মাংদা লৈরিবা পৈশাশিং অসিগী মথৌসি ঙসিদী ময়েক শেংহনবা তারে।" পৈশাশিংদুদা মীৎয়েং তারগা ৱাখল্‌ মম্‌না নোনি মথন্তা হায়জখিবগুম্‌ তৌখি,

"নুমীৎসিগী ওইরেকো ঐনা নঙোন্দগী লৌ-লৌদুনা তুংশিল্লন্নীবা শেল্‌শিংসে"।

## কক্ঙাউনরবা

লম্দম্শিদা পুংজা কাংদনা থোক্লীবা হীংশাগী থৌদোক্ ব্রাথোক্শিংসি লোইশিন্দুনা ফিভম্ ফগৎলক্নবগী মমী উদে। হেন্দুম নোংমা-নোংমগী ইরাং হেন্জিল্লক্কুনা ফিভম্ ফৎচিল্লক্তে। লম্দম্সিগী তুংগী যূম্বী ওইহৌগদৌরীবা অশা চাউরীবা মহৈরোই কয়া মহে তম্না ফংহন্বীদ্রে। লৈবাক্কী ইরাং ব্রাথোক্সিনা মখোয়গী মহে-মশিং তম্নবগী লম্বীদা ওৎপী নৈবীরী। নুংশিহৈত্রবা হীংশা পাম্বা মখোয়না মীপূম্ খুদিংবুসু নুংশিহৈতনা হীংচাবা অমগুম্না ওৎলী। অসিগুম্বা শক্তমশিং উবদা, তাবদা মথম্মোয়নুংদা মদোম্ ব্রারৌজে মোবী। মদোম্ খনজরক্ই, ব্রাখল্ তান্নদ্রবা ঐখোয়সে হীংশা য়াম্না পাম্গল্লী। নঙগী ঐগী মাগী হায়বা ব্রাখল্গী লুনুংদগী হেন্দোক্নবা ইঙম্ ঙম্নদে। অদুবু মাদি অদুগুম্বা লুনুংদগী থোক্লুনা ঐখোইগী. ময়াম্গী হায়বা ব্রাখল্লোন্ অমা শাগৎতুনা, পুম্নমক্কী য়াইফগদৌবা থবক্ থৌরম্শিং পাংথোক্নিংই। লম্দম্সে কাং- খোং শানা চৈথাইনবগী খ্বাইদগী চাউবা অশোইবদি মহৈরোইশিংবু মহে তম্বা ফংহন্দবসিনি। শুম চারবা যূম্বীনা কৈদৌনুংদসু অরীংবা

য়ূম্ শাবা ওইথোক্লোই। মহৈরোইশিংবু মহৈ তম্বা ফংহন্বীয়ু, মহৈকোলশিং থোঙ হাংদোক্হল্লু, মহৈরোইশিংগী অধিকার ফংহল্লু হায়না হায়জবগীদমক্ রবর মরু কাপ্শিন্দুনা, ত্যার গ্যাস হুঞ্জিন্দুনা, লীচৈনা তান্ন-তান্না শান্থৰীবদো মহাক্ য়ানিংদে। থাকৎ মীপাইবদুদা অমনা অমবু ইন্থুনদুনা নেৎশিন্নদুনা অশোক্ অপন্ অনা-অয়েক মশিং খঙ্জবমখৈ থোক্হন্খিবদু মহাক্ শাথিনা ৱারোই। অনা-লায়েংশঙশিংদা অশোক্পা মহৈরোইতনা চীক্না-চাইনা ঙম্দনা পাখিবদো উরগা মোবী মথৱায় শাথিনা নুংঙাইতে। মহৈদা মথৱায় লুপ্চবী মচানুপী থোইবীগী মনাক্তা ফমদুনা মচানুপীবু থৌনা হাপ্পীরী। পান্থোম্দা রবর মরূনা পান্বদগী শাথিনা শোক্লবা মচানুপীনা খাংলিবা চৈনাদো মোবী খংঙি। মচানুপীনা ফাওরিবা চৈনাসি, অশোকপদুনা পীরিবা চৈনাদুনকা হেন্বা নত্তে, মহৈ মশিং তম্বা ফংহন্দবগী চৈনাদুনি হায়বা মহাক্ খঙঙি। মহৈদা থৱায় য়াওজবী মহৈরোই অমগী পুন্সিদা মহৈ মশিং নিংথি নুংঙাইনা তম্বা ফংজবা হায়বশিনা খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইজবা অপাম্বনি, খ্বাইদগী হেন্না চাউবা মংলান্নী, খ্বাইদগী হেন্না নীংজবা লাইনিংনি অমদি মরুওইবনি হায়বসে লমদম্সিগী লুচিংবশিংসিনা ময়েক্ শেংনা খংবী উবীদ্রবসু মোবীনদি খঙঙি। মহাক্ মশামক্সু মহৈরোই অমা ওইরীঙৈ পুন্সিদা মহৈ-মশিংদা থৱায় য়াওজবা, ঙাওজরক্পা অমা ওইরক্খি। নিংশিংদবা ঙম্লক্তে মোবী মাগী অদুঙৈগী মহৈরোই ওইরীঙৈ মতম্দো।

নোংমত্তা ক্লাস য়াওহৌদবদা অহীং অমা তুম্দবগুম্ ঙাওই, চরা নাম্মা হেন্বগুম্ লাম্না ফাওই হায়বদু মোবীদা থোক্লক্ই। অনঙবা ইমুংদগী ওইরবসু, মীমান্ননা ফিজেৎ-চাক্চা মান্নঙম্দ্রবসু, অহেন্বা লাইরিক্ লৈরুবা ঙম্দ্রবসু, মমান্নবশিংদগী লৈবা ঙম্দবা লাইরিক্শিং ৱাই-ৱাইদুনা মহৈ তম্লীবা মোবী, অরোইবা চাংয়েংদদি পূম্নমক্তগী হেক্তা অথোয়বা ওইজৈ। মোবীগী অসিগুম্লবা অথোয়বা মগুণশিংদুনা মহৈরোইশিংনা মাবু কল্লক্চৈ ঙাওজৈ। তম্মীন্নবা লৈশাবী কয়ানা মাগা লোইনদুনা লৈমিন্ননিংই। খরানা লাইরিক্ লাইশুগীদমক্, খরনা চাউথোক্চনবগীদমক্, খরনা পূক্নীংগী নুংশি নুংওন্গীদমক্। মঙোন্দা ঙাওজবা কয়ালক্তুদা মানা ঙাওজবসু য়াওদবা নত্তে। লাংলেন্ মশক্-মতৌ চংখোন্বী, লাইরিক্ লাইশুসু হোৎনবা কন্জবীনি। মোবীগী মীৎয়েং লাংলেন্দা তাই হায়বসি মীপূম্ তিংনসু খংনৈ। মান্দ- মান্দনা মখোয় অনী থম্মোয় তরা তিংনদুনা অমনা অমবু পুন্নবদা মতম্ ইচং চংখিদে। চীংশিন্নগন্বা য়োৎচাবীগী য়েৎনা-ওইনা ওইরম্দুনা শৎ লাউনা নপ্শিন্নখি। লাইরিক্ লাইশুগী লম্বীগা নুংশি নুংওন্গী লম্বীগা কৈদৌনুংদস্

য়েৎশিন্নদুনা য়াশিন্নবা হোৎনদে। লাইরিক্ লাইশুগী লম্দা মকোক্ থোংবগুম্ মখোয়নি নুংশি নুংওন্‌গী লম্‌দসু মকোক্ থোংলগে মতাগুম্ মখোয়নী শাথিনা থাজননা অমনা অমবু মশক্ খঙননা নুংশিনৈ। অমনা অমগী অনীংবা অপাম্বা মশক্ খঙনদুনা অমনা অমগী থৌনা লীংজেল্ ওইনা মমাংদা লেপ্নৈ। মখোয়নীগী নুংশি নুংওল্দুনা মখোয়নিগী মহৈ মশিংগী লম্বীদা অকায়বা পীবগী মহুৎ হেন্না মথৌ হাপ্নবগী হীদাক্ থাবা ওইনা থোক্লকই। মখোয়নীগী নুংশি মরীদু মতম্দুগী মহৈরোই ওইনা নুংশিনজবা কয়া কয়াগী মতৌ তম্নফম্ ওইনখিবনি।

থংন-থংননা অনা-লায়েংশঙশিংদা, মীয়াম্ পূন্‌বা মফম্দা, মহৈকোল্‌শিংগী মমাংদা, কৈথেল্দা, সরকাবগী লোইশঙশিং অমদি অচৌ অশাংশিংগী ময়ূম্দা বোম্ পোকখাইহন্দুনা, নোংমৈ কাপ্‌শিন্দুনা অকি-অখং নংহন্‌বা, থকৎ-মীপাইবা পোক্হন্‌বা থৌওংশিং অসিনা মীওই খুদিংমক্কী থম্মোয়দা অকীবা পক্হন্দুনা নে-না তানা হীংবা ঙম্হন্‌দে। মসিনা মরম্ ওইদুনা লৈবাক্ ইরাং হৌরক্‌ই। নোংমা-নোংমগী বন্দ, জেনরেল্ ষ্ট্রাইক্‌না মহৌশাগী পুন্সিদা শাথীনা অকায়বা পীরক্‌ই। ব্রাকৎ মীথম্, ব্রাকৎ খোঙচৎ মথং-মথং শম্নথরক্‌ই। ধরা চাম্যা নীফুমরী থর্মাভিন্দুনা অফা-অপূন্নরক্‌ই। অসুম্না মহৈকোল্‌শিং নিংথি নুংঙাইনা থোঙ হাংদুনা লৈতনা মহৈ-মশিং তম্বা ফংজবক্রবা মহৈরোইশিং ইরাং হৌরক্‌ই। খোঙচৎ চৎলকই, ব্রাকৎ মীফম্ ফম্দুনা "মহৈরোইশিংবু অথৃবা মতম্‌গী মনূংদা নিংখা-তম্না মহৈ তম্বা ফংহল্লু" "মহৈরোইশিংগী পুন্সি কল্লু" " মহৈরোইশিংগী পুন্সি মাঙহন্‌গনু" নচিংবা খোল্লাউ কযা লাউনরক্‌ই। চেক্‌শিন্দ্রবা লৈঙাকলোইশিংগী হীক্থরবা থৌওংদুনা মহৈরোইশিংগী খোল্লাউ তাবীদে, থওই-উশিংনা লৌবীদে। মহৈরোইশিংগী অৱাববু খংশিন্ উশিন্নদে, তুমিন্না লৈথোক্‌ই হায়দুনা মহৈরোইশিং ব্রাবৌনবা য়াওরকই। অপূন্‌বা মহৈরোইশিংগী পাঙ্গল শাগৎতুনা "তম্নরীবা লাইরিক্‌শিংসে ঐখোয়দা কান্নদ্রে, নখোয় লৌজরো" হায়না লৈঙাক্‌পা ফম্নাইবা মকোক্ অমদি মহৈ মশিংগী ফম্নাইবদুগী মনাক্তা চংশিল্লী। শাফু কল্লবা মহৈরোইশিংদুগী খোঙজং অদুবু লাকশিন্নবা খাকী শেৎপশিং থাজিন্দুনা লীচৈনা কন্-কন্দুনা তান্‌খাইহল্লী। তান্‌খাইরা-তান্‌খাইরগা হেন্‌ভিল্লক্‌পদগী মৈ মুৎথংনবা থন্নীবা ইশিং গাড়ীশিং থৌজিল্লক্লনা শাফু কন্না-কন্না ইশিং অদু কাপ্‌শিল্লী।

কল্লবা ইশিংগী শাফুদুনা পান্‌বদা মহৈরোই কয়া অশোক্ অপন্ য়াওরক্‌ই। নুপী মহৈরোই কয়া মায়কৈ খংদনা কক্ঙাওনদুনা, কল্লবা ইশিংগী শাফুদুনা য়ৈবগী চৈনা ফংলবা চোৎলবা হক্চাংশিং অদু পুদুনা খুৎশম্নদুনা চেন্নরক্‌ই। কিরবা

মীকপ্ মীরাওখোল্তনা নিল্লবা ইম্ফাল্ ময়োলনি। মাইকৈ শলাই খংদনা চেন্নরক্লিবশিংদুদা অমুক্সু মীনুংশি থম্দনা লাম্মীশিং অদুনা তান্না তান্না লীক্লীশিং হুনজিল্লী। অকায়বা লীক্লী য়েং-য়েংদুনা চেল্লীঙৈদা অমুকসু রবর মরূশিং মশীং খঙদনা কাপ্শিল্লক্ই। তমথীরবা থৌদোক্ অদুদা মহৈরোই মশীং লাকঙমদনা তম্থীনা অশোক্ অপন্ নংহন্খি। অশী-অনাসু য়াওখি। অনা-লায়েংশঙশিং অশোকপাশিংনা চোন্খি। অৱা- চৈনা, তেংথা মীকপ্ মীরাওখোল্ মরক্তা মোবী তুশিনদুনা মকোক্ শোক্খি। চেন্বদা তুশিন্দুনা হৌগৎনবা হোৎনরীঙৈদা য়াম্না নক্না শাফ্ লৈনা রবর মরূনা পান্বদা লাংলেন মখোঙ শোক্খি। অশোক্পা মখোঙদু ফিভম্ লুশিল্লকখি। ফিভনা য়াদ্রদুনা লুবা হেন্জিল্লক্পদগী পুন্সি কন্ননবা হোৎনবদা মখোঙ নাম্মা কক্খি। মখোঙ নাম্মা কক্খিবগী অৱা-চৈনাদু লাংলেন্ মায়োক্নবা ঙম্খিদে। মপূক্লীং পীক্থরক্লুনা মপুন্সি মাংহন্ননবা হোৎনরকই। মোবী লাংলেন্গী পূক্লীং ইহুল্ চপ্ চানা খংডি। লাংলেন্গী মাঙখ্রবা ঈীংনিংবগী থৌনা 'মদি পুন্সিগী নুংঙাইবা মংলান্শিং অদো অমুক্ হন্না হীংগৎহন্নবা থাজবা পীনবা হোৎনবা লেপ্তে। মোবীনা মাগী মফমদা লাংলেন্গী মরুওইবদু মঙোন্দা খঙহন্নবা হোৎনজে। মীমান্নদ্রে হায়দুনা মপূক্লীং হন্থরবা লাংলেন, মশানা মশাবু পীক্থহন্দুনা মোবীদগী লাপ্থোক্লবা হোৎনরকই। তাইবংসে মাগী শরুক্ যাওদ্রবগুম্ উরক্ই। তাইবংসিদৈ ৱারৌদুনা তোখাই তানিংলকই। অমম্না অচীক্পা অহাংবা কাদা মদোম্ মপুন্দিদু লেন্বা পাম্লক্খি। অদুবু মোবীগী অনিংবা ৱাখলনা ঙমনি। মতাক্ তশেংনা লাংলেন্বু নুংশি। মাগী মশাগী লূ- তোংদা লাংলেন্ যাওদবা লৈতে। লাংলেন্না খল্লীবা ৱাখলদু মা মচেৎ তানা কায়হন্দ্রা পাম্মী। লাংলেন্গী থৌনা হেন্গৎনবা হায়রকই,

"লাংলেন্ ঐগী থম্মোয়গী নুংশিবগী চাংয়েং নঙ অমুক্ হন্না তৌরগনু, ঐনা হায়রীবসে ঐগী কোক্তগী নত্তে থম্মোয়দগীনি অদুনা নঙসু নঙগী কোকনা নত্তে থম্মোয়দুনা তাও। ঐনসু নঙবু থম্মোয় শেংনা নুংশিবগুম্ নঙনসু ঐবু থম্মোয় শেংনা নুংশি হায়বা ঐত নৎতনা নঙসু খঙলির্বনি। ঐখোয়নীনা মতম শাংনদৈ শাগৎমিন্নরক্পা ঐখোয়নীগী মংলান্শিংদো ফিবাল্গী লৈঙোইনা শাবা ফুরাদি নত্তে অমুক ইরায় লায়না কায়খিবা য়াবা। ঙসি ঐখোয়নিগী মংলান্দুনা মপূং ফারমদাই মীকুপ্ নক্শিল্লক্লবশিদ নঙগী ফিভন্ কায়রে হায়দুনা নঙনা মংলান্দুবু থুগাইনবা হোৎনরগনু। নঙ ঐগী নুংশি মরীবু মমল য়াওদবা কাউশিংগুম্

চেন্থহন্খিনু। নুংশিবসে নঙনা ময়েং তাহন্দুনা ঐগী নুংশিবগী চাং য়েংগে হোৎনরগনু, ঐ খাঙবা য়াম্না ৱাই। নঙ শোইনাইরবী অমনি হায়বগী ঐনা নঙোন্দা অচান্ মীৎয়েং উৎপা নত্তে। নঙনা ঐগী কায়গদৌরবা থম্মোয়গী নুংশিবসে হীংহন্নবগীদমক্ নঙগী মীনুংশিদু ঐঙোন্দা পীনবীয়ু হায়না নিজবনি। নঙগী ফিভমদুনা ঐগী থম্মোয়গী নুংশিবগী চাং কৈদৌনুংদসু হঙ্ঙ্হন্বা ঙম্লোই অহেইন্দুম্ হেন্‌ক্যাৎলক্লিবনি মরম্দি ঐখোয়নিগী মরিদি হান্ননা শেম্খ্রবা পুন্সিগী মরিনি। ঙরাংতা ওইরক্পা মসিগী ফিভম্শিনা করিসু থদৎপা ঙম্লোই। মপাম্বোং গী ফজবা শক্তম্বু মীকাহল্লীবা ময়াদো, ময়াদুনা কৈদৌনুংদসু থম্মোয়নুংগী শেংলবা থাজনবা মশক্তুগা চাংদম্নবা ওইথোক্তবনি। ঐনা ঙাউজবদি নঙগী মপাম্বোংগী শক্তম্দুখক্তদা নত্তে নক্নবগা খংলকপা নঙগী মনুংথোংগী ফজবা পূক্লীং ৱাখল্ লীচৎতুদনি। ল্যাংলেন্ নঙনা অয়াবা পীবীয়ু, নঙ ঐগী পুন্সিগী লৈতেং ওইননবা ঐগী যুম্গী যুম্মুরেন্বী ওইবিয়ু।"

অসুম্না মখোয়নী লৌনা লৈনবক্তুনা, ঙসিদি মচা নুপী থোইবীগী মমা-মপা ওইবা সংঙ্গরক্পনি। মচান্পীগী মনাক্তা ফম্না ফম্না অশোক-অপন্ নঙলবা মহৈরোইশিংদু কোয়না যেংলক্ই। মওং মরীল অমা তাদ্রবা লম্দম্শিগী লৈঙাক্ ৱায়েল্ কাংলোন্ শোইনাইববসে মমোন্দা মদোম্ শাখিনা নিন্দা তৌজরক্ই। মফম্ কোন্দুনা মথৌ মশক্ খঙদ্রবা হীংচা য়াইতম্বা ওল্লবা লুচিংবশিংসে তুম্না মৈ থাদুনা হাৎনিংলক্ই। খন্জরক্ই কৈদৌঙৈ লোইগনি লম্দম্শিগী ইরাং ৱাথোক্। কৈদৌঙৈ লাক্কনি নে-না তাবা পুন্সি মহীং। কৈদৌঙৈ লাক্কনি মীপূম্ তিংনা ৱাখল্ তামিন্নবা। লান্ লাকলবসু মহৈ মশিংদি তম্হন্নরিবনি মীরম্দদি অদুবু ইরম্দম্শিদদি কৈদৌঙৈ লাক্কনি নুমীৎতু। ৱাহংতনা থল্লবা পাউখুমদি অমত্তা ময়োল্ তমদ্রীবা লম্দম্শিদা, মাইকৈ মরীমক্তা কক্ঙাওনরবা ইরৈচাশিংনি।

# ইচা হাংপগী মনা

খুঙ্গং অসে ইলাং লাংঙি। মতৌশাগা মান্নদবা হবাও নুংঙাইবগী মমী অমা খুঙ্গং অসিগী মীওই খুদিংগী মায়থোঙদা উবা ফংঙি। ঙসি খুঙ্গং অসিনা খুঙ্গং অসিদা লমদম অসিগী মীংচৎ পুবক্লীবী ইবেনিবু হরাও তয়াম্না ওকপা নুমীৎনি। খুঙ্গং অসিগী মচীন তোংবা, মবা চংপা মীওই কয়ানা ইবেনিবু ওকনবগী থৌরমদু মপুং ফাননবা ঙমজবি থাক্তা হোৎনর্জরি। ইবেনিবু নিংজবা, নুংশিজবা, মহাক্কী শক্তম্ব উজনিংবা মীওই চা কয়ানা মফমদু হান্নদগীহৌনা চীকনা-চাইনা ঙমদমখে ক্রীক ক্রীক ইন্নরি। পৃং খরগী মতুংদা ময়ামগী অথোয়বী ইবেনি মফমদুদা খোঙদোইরক্লে। ইবেনিবু উবদা ময়াম ইলাং লাংনরকই, লাওনরকই "ইবেনি-ইবেনি"। চীনদোংবশিংনা ইবেনিবু লৈরাং পরেং পীদুনা তরাম্না ওকই। ইথক-ইপোম হৌহল্লীবা মীয়ামগী তান্থ মরক্তা অহৌবা খুবাক মখোলনা অমুক্কসু হেন্না মথৌ হাপলকই। মঙোন্দা ঙাওজনিবা, মাবু নুংশিবিরীবা ময়ামগী মতৌদু উবদা ইবেনি মমীৎতা পীগা ঈরা হৌবমখৈ হবাওবগী মীনোক মায়থোঙদুদা তল্লী।

নুপাগা মান্নবা খুন্নাই অসিদা হিংবা ফংজদ্রবী, শোংথরবি নুপী খুন্নাইবু মান্নবা খুন্নাই অমদা চীংখৎলকনবা অকনবা লাঞ্জং চংশিল্লীবা লাল্লোইশিংগী লুচীংবীনি ইবেনি। নুপীবু হন্থনা য়েংবীরীবা, নুপীবু ওৎপী-নৈবীরীবা, নুপা খুন্নাইবু শিংনদুনা চৈরাক পীনবা হোৎনরিবা মাগী পান্দমনি। মহাকনা উৎনবা হোৎনরি নুপা খুন্নাইসিদা নুপীসু মীওইবনি, নুপীগীসু পুন্সি লৈ থম্মোয় পাল্লী, নুপীগীসু মনিংতম্মা অনিংবা অপাম্বা পাওথোকচনবা রাইট লৈ। নুপীবু নেৎথবীদুনা থম্বীবগী মহুৎ নুপা খুন্নাইগা মান্নবা হীংহল্লু হায়বসিনা মাগী খোল্লাউনি। ইবেনিগী পুন্সিদি নুপী খুন্নাইগীদমক মপুন্সি কৎথোক্লবা মচীন অথৌবা লান্মীনি। মশাগীনি হায়বা অমত্তা খাক্তনা নুপীগীসু ফংফম থোকপা চাকথুং খুদিংমক চপ চানা ফংহনগদৌবনি হাযবশিনা লুচীংবীশিংগী ব্রাকৎনি। নুপী খুন্নাইগীদমক্তা মতম শাংনা মশাগী হায়বা অমত্তা খনবা তৌদনা অকি-তুজুং, অৱা-অনা থিদনা তৌজরকপা মপাল নাইদ্রবা মাগী থবক-থৌরম কয়াদুবু মীৎয়েং থৈদুনা য়েংবা শুল্লক্তবদগী ভারত সরকারনা অথোয়বশিংদা ইকায় খুম্নবা উৎতুনা পীবা প্রসিডেন্ট এৱার্ড ইবেনিদা পীদুনা ইকায় খুম্নবকপনি।

অদুগুম্লবা মমল তাংলবা এৱার্ড অদো প্রসিডেন্টকী মখুমক্তদগী ফংলক্লবি ইবেনিনি। অদুনা মতিক-মগুণ ৱাংলবী ইবেনিবু ওকপগী থৌরমদুনি খুঙ্গংশিদা পাওথোক্লনবা থৌরাংলল্লীবা। মহাক্কী পুক্লীংবু থৌগৎপীরীবা, মথৌনা হাপকৎপীরীবা মীয়ামদো উবদনি কথোকপতনা মশকক ওইরক্লবি ইবেনিগী মীৎ অনীদা নুংঙাইবগী লৈচিল মপৈনা কুপলকলিবা। হৱাওবগী ইচেল নাইদ্রবা পীরাংলক্তা পুক্লীংগী হায়জনিংলকপা ৱাহৈশিং মকা ফোংনা ইবেনি মীয়ামদুদা হায়জরি। চৈনানা চোল্লবা ইবেনিগী ৱাহৈশিং তারবা মতুংদা ঙৈহাক্কী মমাঙদা অমত্তা ওইনা খুবাক খুবম্বা মীয়ামদো, নাকপাক-নাকপাক তান্নবকই। নাকন অমগী অহৌবা খুবাক মখোল লক্তা নাকল অমগী অশাউ পরৈনরবা নুংদুমশিং লংশিন্নরকই। লাউনরকই "নঙবু করম্বা মমানো ইবেনি, নচা হাৎপা ঙম্বা থম্মোয় পানবা নঙদি মী নত্তে হীংচাবীনি, হীংচাবীদবু করিগী মীনুংশি"। ৱাহৈদুনা নাকল অনীদু অঙম তান্নদুনা মখোয় মশেল ফোইনরকই। চরাংনরিবা মতৌ অদুবু ক্লবগী নহারোলশিংদুনা লাকশিন্নবা হোৎনরি।

ইমুংদু ইচিক চিকই, মফম চানা-চানা লৈফমথোকপা পোংশিং অদুসু লৈরি। মতম কুইনা থোঙ শো লোল্লরবা কা অদো শো হাংদোক্লা ইবেনি থাংবদা ৱারবা

খোঙথাং অদো নমদুনা থাংনা থাংনা কাদুদা চংলকই। কাদু লৈখিদ্রবা মপুরোইবা অমদি নুংশিবা মচাগী নিংশিং ৱারী কয়া লোয়নরিবা কানি। মখোয়গী ফোটোশিংদা ধুপ থাউমৈ থাদুনা পূক্লীং তিংনা লৈ-শু কৎচরগা, পূক্লীংগী অৱা-নুংঙাই ৱারী শাফম কানি ইবেনিগী। ঙসিদি কাদুদা চংলকপদা ইবেনি মশা পূম্না তুফক-তুফাই চনবগুমই, অফা-অপুন্নবগুমই। নোংলৈগুম্না ইরৈকনবা অশুকপা অৱাবা ৱাখল অমগী ইরোম্নুংদা ইবেনি পূথরকপগুম তৌরকই। মশাগী মখুৎমকনা পায়দুনা চংলকলিবা লৈ-মপুল অদো মুন্না য়েংঙি, কাদুগী নাক-য়েৎতা পাক্লীবা অঙাং অমনা "ইমা-ইমা" হায়দুনা কৌ-কৌদুনা চেল্লকপগী খোঙজি মখোল তারকই। মচানা মথং-মথং শরেপ তাল্লকপগী ফোটোশিং অদো মপাগী ফোটোদুগা ইকান-কান্নদনা পরেং শানা লেংলি। মচাগী নুংশিরবা মায়খোঙ অদুনা ইবেনিগী পূক্লীং চীংশিল্লকই। খংহৌদনা শারেপ তাল্লবা মচানা শৈগন্দা "ইমা নঙ লাক্লবরা" হায়না পায়রকগুম তু খংচুং চুংঙি ইবেনি। শৎ লাওনা ফোটোদা তারম্না মীৎয়েংদো লৈথোক্লুনা কোইলৈ লৈদুনা য়েংঙি, কনাস্ উদে। মখাদা মীৎযেং তারকপদা মশাগী মখুৎনা পায়বল্লীবা মচীন পাল্লবা চৌথ্রি মখোঙ অতেকপগী মতোন্দা ঈনা থুম্না তৈদুনা তারকপা ঈ-মরিক-মরিকশিংদু উবদা উচেৎতু লৈমাইথক্তা খংথা থাদদুনা খংপ্রেক খংনা লাউই। ঙৈহাক উইশিল্লুরবা মমীৎ অনীদু অমুক পাঙথোরক্লুনা য়েংলকপদদি লৈমাইথক্তা ঙসাই মখুৎনা পায়রকপা লৈ- মপুলদু ওইনা তারম্মী। পাখৎলম্না মীহুল তপ্না-তপ্না হন্থরকই। লৈ মপুল অদো অমুক মখুৎনা খুনগৎতুনা পায়খৎলি। অচাকপা মৈবুল অমা মখুৎনা পাযবগী মমী অমা ফোটোদা তাবা উরকই অমুক। ইবেনি মশাগী মখুৎতা য়েংথরকপদা উরে, মচাগী চীতাগী মৈ চুখিবা অদুঙৈগী ব্রং-ব্রং চাক্লীবা মৈচম মৈবুল অদুনি মশাগী মখুৎনা পায়রম্লীবশি। মতৌ অদুদা ইবেনি মকোক পুবা ঙল্লক্তদুনা লৈমাইথক্তা হায়থরকই। মাগী মুরবা মীম্নাদুদা কল্লবা ইরৈ হৌরদুনা মঙালগী মশেক অমনা য়ৈরকই। মঙালগী মশেক অদুনা চহী খরা মনীং হন্দুনা লোইখ্র-হৌখ্রবা ৱারী অমগী কিশি থোকনবা মতমগী ফিজিদা য়ান্দুনা চীংথখি।

ইং-চিক্লবা, নুংশিরবা উচেক ৱায়াগী খোঞ্জেলনা শুমহৎপা খুঙ্গং অমগী অশংবা ফৌনালক্তা লৈশাৎ মথোৎ তমজরকপী ইবেনি লৌমীগী শিনফমনা হীংনবগী ঙাকলৌ ওইজরিবা য়াম্না অনংবা মমা-মপাগী মচা অথোইবী ওইনা হৌরকখি। মতমগী চৈশিং শুরক্লুনা লৈশক শুরক্লবী ইবেনি চীংখৈগী নুংশি মীৎয়েং ফংজখি।

চীংখৈ ইন্দিয়ান আর্মিগী কেপ্টেননি। মখোয় অনী নুংশি পরৈ চেৎনরক্কুনা অমত্তা ওইরকই। মখোয় অনীগী অমত্তা য়াওজবা নুংশিরবা মচানুপাদুনা চহী মরী খরা হেল্লকপা অদুৱাইদা চীংখৈ, কাগীলদা ভারতকী ঙমখৈ ঙাকপগী লানথেংদা ভারত ইমাগী থৌনা ফবা মচা অমা ওইনা থৱায় থাখি। পাউ অদুনা ইবেনিবু অৱাবা অমদি নীংবা কায়বগী অতিয়ানা নম্থহনখি। ৱাখল মাঙলবা ইবেনি মচাগীদমক ৱাখল তারকখি। ভারত ইমাগী থৌনা ফবা মচাশিংদা পীবা পরম্বীর চক্রগী মনাদু, ভারত ইমাগী থৌনা ফবা মচাশিংগী মনুং চনশ্রবা মপুরোইবগী মীংদা পীরকপদু ইবেনিনা লৌবা ফংজখি। অচৌবা ইকায়খুম্নবা কযাগী মরক্তা মনুং চনহনবীরবা ইবেনি মপুরোইবগীদমক চাউথোকচখি। লাইওইশ্রবা মপুরোইববু মীকুপ খরা নিংশিংদুনা কপর্চখি। থৌরম অদু য়াওরুবদগী ইবেনিগী পৃক্লীংদা অচৌবা অহোংবা অমা লাকখি। খুন্নাইগী য়াইফ-থৌরম থৌগাইদা মপুন্সি কৎলগে হায়না ৱারেপ লৌখি। নুপী খুন্নাইগী মাংজিল থারবা লুচিংবী খরা থেংনরুবদৈ ইবেনিগী পৃক্লীং, শোৎথরবা নুপী খুন্নাইগী য়াইফা-থৌরম থৌগাইদা হেন্না মীৎয়েং চংশিল্লকখি অমদি মহাক্কী পান্দম য়াৎলকপা হৌরকখি।

হীংমিন্নরিবা খুন্নাই অসিদা নুপাশিংগা মান্নবা থাক্তা থম্বীদ্রবা নুপী খুন্নাইবু নুপা খুন্নাইগা মান্ননা হীংহল্লু হায়বসিনা মাগী পান্দম ওইরকই। মানিং তম্না খুন্নাইগী, লৈবাক্কী শেমগৎ থৌরাংদা নুপাগুম্না অফা- অপুন্নদনা, ফাজিন পুনশিনবীদনা শরুক য়ানবগী ফংফম থোকপা হকতু ফংনবা তানবশিনা মাগী খোঙথাংনি। পান্দম অসিগী মখাদা ইবেনি, ইমুংদা নমশিনবীদুনা, ওৎ-নৈবীদুনা, ফাজিন পুনশিনবীদুনা থম্বীরবা, নুপী কয়াগী ইমুংদা চঙ-চঙদুনা অপূনবগী পাঙ্গল অমা শাগৎনবগী ইহৌ অমা হৌরকই। অসুম্না ইমুং অমদৈ অনী, লৈকায় অনীদৈ মরী-তৌদুনা ইবেনিগী ইহৌ অপূনবা নুপী খুন্নাই পৃম্বগী ওইরকই। ইবেনিগী থৌনা অমদি ৱাহৈগী মহুৎ থবকনা উৎলকপা মতৌশিনা ইবেনিবু নুপী খুন্নাইগী লুচিংবী ওইহল্লকই। ঙসিদি ইবেনিনা য়েল্লকপা মঙালগী মশেকশিংনা অম্মবদা লৈরম্বা নুপীশিংগী লমজিং মৈরা ওইদুনা পৃক্লীং থৌনা কনখৎলকই। অশোমদনা মমানা থৌশা-ৱাশাবীদ্রবা মচানুপা নোংমা নোংমগী লমচৎ শাজৎ কায়থরকই। তোয়না উন্নদুনা নুংশি চান্ননা লৈমীন্নবা ফংজদ্রবা ইবেনিগী মচাদো মমাগী মীনুংশি ফংবা ৱাৎলকপনা মমা-মচাগী মরী ফৎচিল্লক্লে। অসিনা মরম ওইরগা মহাক্কী অহাংবা মতমদুগী মেনশিন্নবা মরূপ থিরকপদা অমদি মীনুংশি তাল্লকপদা লমচৎ ৱারকপা

ঙমদ্রবশিংগা মরূপ ওইরকই। ফত্ত্রবা চীঞ্জাক চাবা হৈরকপদগী ওক্তবা লীচৎ চৎপা হৈনরকই।

ঙসিদি ইবেনি মশাদো ইনুং-নুংঙাইতে হায়দুনা ময়ূমদা পোখাবা লাকপনি। মতমদু নুংথিলগী পূং অনীরোম তারে। ইমূংদা কনাগুম্বী নুপী অমগী মখোল তারকই। টেবল মথক্তা ময়াই কাবা মহী থকখিবগী লীক্লী অমদি গ্লাস মরক্তা অঙৌবা অতাউবা চাখিবগী মরূশিং তাবা উই। খরগা লৈশিন্দুনা য়েংলকপদা, য়েংবদা ইকায়-হঙ্গোইরবা শক্তমদু উরকই। নিশানা পূম্না ঙাউরবা নুপী অমগা মচানুপাগা মফি-মরোল ফিভম চাদবা মওং অমদা লৈমিন্নবম্বদু উবদা ইবেনী ব্রজগী শীংজংনা কোকথক্তা যান্থরকই। থৌদোক্তুনা মাবু অহীং কয়া মীৎ উইশিনহনখিদে। ৱাকৎ চান্মা চান্মা পুবা ৱাহং অমগী তানা থীনবগুম থীল্লকই মথবাক্তা। মশা মথন্তা ইকায়বা পোকচরকই। খল্লুবদা নুপী খুন্নাইগী লুচিংবী অমা ওইদুনা নুপীবু হন্থনা য়েংলিবা নুপা খুন্নাইবু চৈরাক পীগে হায়না চংশিল্লকলিবা মা- মক্কী মচানুপামকসু অদুগুম্বা লীচৎতো চৎলম্লবদা। মচাফাও শেমদোকপা ঙমদ্রবা মানা অতৈ নুপাশিংবু করম্না হোংদোকহনগনি।

মচানফাও মৱা তাবীদ্রবা, মাগী ৱাহৈবু ইকায় খুম্নবীদ্রবা, মাগী মৱাবু কনানা তানিংখিনি, কনানা মাবু ইকাই খুম্নবীখিনি খনবতদা ইবেনি লাইমন ওইরকই। অদুবু লুচীংবী অমা ওইনা থৌদা পুরুরবনিনা, মাগী মথৌ চীল্লী, থৌদাং য়াম্না চাউই, থৌগাই য়াম্মী। লেপনখিবা ৱাদা চংশিন্দবা য়াদে, হায়দোকখ্রবা ৱা পাঙথোকল্লমদনা চেনবা য়ারক্তে। হন্দক মরকসে ইবেনিগী ৱাখল চরক-চহীংনৈ, চয়েৎনবনা থল্লী, ৱাখল মঙাল ইমম্-মম্মী। মায়থোঙদদি করিগুম্বা অমা তৌদবা য়াদে হায়বগী শীংনবগী মমী অমা চাউনা তাবা উই।

নোংমসু ইবেনিগী মনাক্তা মীয়াম্না ৱাকৎ অমা পুদুনা কারকই। মচানুপাদুনা মশানা য়াদবী খুঙ্গং অসিগী লৈশাবী অমবু নমদুনা ফাদুনা চীংলক্তা লৈশা ইশিং মাঙহল্লে, হৌজিক্তি নুপী মচাদো অৱাফমদা তারে হায়বগী ৱাকৎনি। ইকায় খুম্নবা মাঙলবীদুনা য়াম্না থম্মোয় শোক্না, পূক্লীং শোন্থানা ইবেনিদা পাউদমজৈ মহাক্কী পেন্দবা ৱাকৎশিং অদো। মহাকনা পাম্মী অচূম্বা ৱায়েল ইবেনিদৈ। মহাক পাম্মী মাগী মাংখ্রবা ইকাইখুম্নবদু অমুক হন্না। ময়াম মাংদা হন্না-হন্না ইকায়বা চোপ্পা নংলবা ইবেনি মমায় ঙংশং ঙাংঙি। খল্লকই, ঐনা নুপী খুন্নাইগী লুচীংবী অমা ওইরগা ঐগী ইচামকনা ঐগী মায়োক্তা লৈরকলিবা, ঐগী মায়-খুহল্লীবশিনা

তাকলিবদি ঐসে মতিক চাদ্রে হায়না উৎপনি। ঙসিদি ঐ ফিরেপসে লৌবা তাই, ইচানা নুপীমচাশিগী ইকায়খুম্নবা মাঙহল্লবনিনা, ইকায়খুম্নবা মাঙহনবীগ্রবী মাগী ইকায়খুম্নবদো ঐগী ইচানা অমুক ফংহনবা তাবনি। নুপীমচাশিবু ইমৌ ওইনা লৌশিনবা তাই।

য়ুনা পূম্না ঙাউরবা মচানুপাদু অহীং নোংয়াই চল্লকপা অদুব্রাইদা ময়ূমদা লাকই। হান্নদগী ঙাইদুনা লৈরম্বা মমাবু উবদা খংলেপ লেপ্লী। মমা মচা ব্রারী শান্নরকই। লৈকায়শিগী ইজ্জৎ মাঙলগদৌবা থৌদোক অমা মাগী ময়ূমদগী থোকলকপা হায়বসে, মায় থমফম লৈতবগী মশকনি। অদুনা মাঙলগদৌবা লৈকায়শিগী ইজ্জৎ, য়োল্লগদৌবা মমাগী মায়, পূম্নমকসে ব্রাখল খল্লদুনা, মচানা মাঙহল্লরবা মীগী মচানুপীদুগী মপুল্সি কনবা ওইনা য়ূমশিগি মৌ ওইনা লৌশিল্লগনি হায়দুনা লেপ্লে। ব্রাফমশিদা মচানুপাদু য়ানিংদবগী মতৌ উত্তুনা মমাগা মরৈ যেংনরকই। মরৈ-মরৈদগী মথং-মথং কুমথবক্তুনা অশাউ পরে চল্লরকই। মচানুপাদুনা অশাউ মৈরী উৎতুনা থারীবা উগী চৌক্রিদু লৈমায়দা য়ৈশিন্দুনা থুদেকই। অশাউবা অমদি পেন্নদবনা মৈ হৌনরবা মমা মচা অনীদু অমনা অমবু নমথদুনা থমনবা অঙম তান্নরকই। ব্রারকপা ঙমদ্রবা মচাবু মমানা পেনমন্দ্রদুনা নমায়দা খুপাক্লা ওন-ওন্দুনা থারকই। য়ু ঙাওবনা চুম্না লেপচবা ঙমদ্রবা খোঙফমদো শাফুদুদা খোঙফম চাহৌদবদগী য়ুংনা মচিন নাইরবা অতেকপা চৌক্রি মখোঙদুদা উপশিল্লী। মশা ফাওনা থিনগৎলক্লবা মচিন নাইরবা অতেকপা চৌক্রি মতোন্দুদগী অঙাংবা ঈ মরীকশিং শীন্থরক্তুনা লৈমায়দু পূম্না চোৎলকলে। মচাগী মতৌদু উবদা পাখৎপনা থুকৎলবা ইবেনি ঈনা চোৎলক্লবা লৈমাইদুদা অদুম হায়থখ্রে। মশাদা অইংবা চোৎ চোৎ লাউবা অমা ফাওরকই ইবেনি। কনাগুম্বা খরনসু মাবু কৌবগুম খোঞ্জেল খরা নিল্লকই। তপ্ন-তপ্না ব্রাখল তারকপদদি মাবু মাগী তেংবাংলোইশিংনা ইশিং খীক খীক্তুনা শেবা তৌরম্মী।

হেক হৌগৎপগা ইবেনি মাগী মপুরোইবা অমদি মচাগী লৈ পরেং য়াল্লীবা ফোটোদুগী মনাক্তা চঙদুনা খুরুম্মী। মীংশেলদুদা তারিবা মশাগী মমীদু উবদা নিংশিংলকই য়োৎকী থম্মোয় পানখিবা মীকুপতো। মপুরোইবগী ফোটোগী মমাংদা লৈরীবা পরম্বীর চক্রগী মনাক্তা মানা হন্দক ফংলকপা প্রসিডেন্টনা ইকায় খুম্নদুনা তম্লকপা খুদোলদো থম্মী। মীকুপ খরগী মতৃংদা ব্রারৌনা ব্রাকৎলকই "মসে ইচা হাৎপগীদমক ফংলকপা মনানি, নঙনা লৌশিনবীয়ুকো"। ইবেনি অমুক কাদো থোঙ লোনশিনখি।

# নুংশিবগীবু মমল পীনবরা

পৃক্লীংশিদা খোইশাউনবনা পুংমম্ মস্মী। নতে চাদবা মাগী মওং অদুদা। ঐগী পুক্সিদসু থেংনরক্ত্রি মাগুস্বী নাপল কাবী থম্মোয় পান্দবী অমা। চৈনিংঙি ঙসিদি পেন্না মঙোন্দা। ঐ ব্রাখল নুংঙাইতে মরূপতুগী খনবদা। অদুক চাউথোকপা অদুক নাপল কাবা, নুংশিবা মশক খঙদবী মাগুস্বী অমদা ঐগী মরূপতুনা মতৌ করম্না অদুক হকনা নুংশিজরল্লীবা, পাউখুম ফংদনা ইথন্তা ঙসিসু শোন্দুনা লৈহৌরীবনি ইচিল অসিদা।

থেংনবদা নুংঙাইবা হায়বশিদা অমুক্কসু হেন্না নুংঙাইবগী মগুণ হাপ্লীবদি য়াম্না থাজদনা থেংননিংবা মীশক অমা থেংনবগী খুনুংঙাইদুনি। শৈরেং শৈদিন্নবগী থৌরম অমদা শৈরেং ইবদা ঙাওজবা ঐগা ইবগী লমশিদা মরী শম্নবা ঙমদ্রবা ঐগী মরূপ নোংথাংগা লোয়নদুনা য়াওবা চৎমিন্নরুই। নুমীৎ অদুদা শকখঙ মায়খঙনখিবা লেশ্বী চনুবু ঐগী মরূপ অসিনদী থম্মোয়নুংদা চেৎনা লাৎচরুরমাল্লে, মহাক্কী চীনবালদা নুমীৎতুদগী হৌনা লেশ্বীগী মরমদতা ব্রারী শান্নবগী পামজবা মদি নুংঙাইবদু ঐগী মীৎয়েংদগীসু নাম্থোকপা ঙমলক্রে।

খঙনরুরবনিনা থেংনররি লেশ্বী চনুগা ঐখোয়নিগা হন্না-হন্না। থেংনরবনিনা নকশিন্নবগী লশ্বীশিং মথং মথং চোংথোরকই। ঐগী মরূপ অসিনদী লেশ্বী চনুবু তশেংনা য়াওনা পুক্লীং থম্মোয়না য়ানা নুংশিরে হায়বা ঐ উবা ফংলক্লে। অদুবু লেশ্বী চনুনদী ঐগী মরূপ অসিবু তশেংনা নুংশিরবরা হায়বদুদি ঐনা হায়বা ঙমদ্রি। লেশ্বী চনুনা ঐগী মরূপ অসিবু নুংশিবা মানবগী মতৌ অমত্তা উৎপগী ইঙ্গিৎ ঐনা উবা ফংদ্রি। য়াম্না চনৈনরিবা ময়েক শেংদ্রিবা মরী অসিগীদমক ঐগী মরূপ অসিদি পৃথিবীসে মাংহল্লো হায়রবসু মাঙহনবা ঙমগদৌবগী থৌনাদো মঙোন্দা চেল্লগদবগুম উই। ঐসু পাম্মী মখোয় অনীনা নুংশি ৱাইথুংনজবদো। ঐনসু হোৎনরি মখোয় অনী অমত্তা ওইনা পূনশিন্নবা হোৎনবদা অঙম্বা তৌবা ঙম্বা মতেং পূম্বা পাংনব মতম পুম্বদা শেম শাদুনা অদুম্ লৈ।

ইবগী লমদা অহাংবা ওইরবা ঐগী মরূপতো লেশ্বী চনুগা হেন্না নকশিন্ননা লৈবগী তানজা হেন্না লৌবা য়ান্ননবা নম-নমদুনা শৈরেং ইবা তমখি। শৈরেং মরী মঙা ইখি মথৱায় তানা। ঐঙোন্দা ফাওবা তান্নবদি লাইরদনা য়েংবফাও য়েংহনদনা মাগী শৈরেং খরদু লেশ্বীদা য়েংহনগনি হায়দুনা পুদুনা হরাওনা চৎখি। মহাক অমুক মায়থোঙ ঙাংনা হল্লকখি। লেশ্বীনা মাগী শৈরেংশিং অদু পারগা শৈরেংবু অসিগুমনা ইন্নবরা হায়না শুপচিল্লগা ডসবিন মনুংদা হুঞ্জিনবীখি হায়। শৈরেং ইবা হৈতবা মীনা শৈরেংগী মগুণ মাঙহন্নবা শৈরেংবু পংই ইবা হায়বসে ইকায়জগদৌবনি হায়না করেমনবীরকখিবনি।

মরূপুগী ৱাহৈদু তাবদা ঐগী পূক্লীংদা মৈজাউবী হৌরকখি। লুজদবা লেশ্বীগী মতৌদো শিংননিংলকই। ইবা-হৈবা হৈতবা হায়বদুনা ৱাখল অমা ওইহল্লগা মশুংলাংগীদমক মপুন্সিগী ইবা মশক খঙলক্লিবা মীওই অমনা হোৎনদুনা করিগুম্বা খরা ইজরকপদো ফজরবসু ফজদ্রবসু মপুক্লীং ফাওবদি থৌগৎপিফম থোকপনি। করেমনদুনা মীবু ইকায়বা পীবগী মহুৎ পুকচেল তিংনা অসুম্না তৌগদৌবনি, অসুম্না ইগদৌবনি হায়দুনা খরদং ওইরবসু লমজিং লমতাকপীরম্বা অশেংবা অইবা অমগী মগুণনি। মশানা মশাবু অৱাংবা অইবনি হায়না খঞ্জদুনা মীগী অশোয়বদা নোকনগনি হায়না খনবা ৱাখল খুখল অদুদি তশেংবা অমদি অৱাংবা থাক্কী অইবশিংগী ৱাখল খুখল মাল্লক্লে। ঐগী মরূপ অদুনা ঐবু থীংবা মতৌ অদুনা নুমীৎতু ঐনা ঐগী পূক্লীংবু ফাথখিবনি।

অইবী লেশ্বী অমদি ঐগী মরূপ নোংথাং অনীগী মরক্তা চেন্নরিবা মরি অসে লোয়নশিল্লোন তৌমিন্নরিবা ঐখোয়গী মরূপ মপাঙ অয়াম্বনা খঙনবা

হায়বদো ওইখি। লেশ্বীগা লোনদীন্নরীবা মমান্নবী অমা অনীনসু নোংথাংবু য়াম্না য়াই অদুনা মখোয়নসু নোংথাংগীদমক্তা লেশ্বীদা মতেং পাংশিল্লী। অকোইবগী ফিভমনা য়াদ্রদুনা লেশ্বীদু মরূপ নোংথাংবু নুংশিবা শাশিন্নখি। লেশ্বীগীনেবু হায়রবদি অয়ুক হায়বা লৈতে, নুমীদাং হায়বা নাইদে, অচীনবা মথৌ কয়া লৈরবসু হেক্তা চেন্দুনা তেংবাংলুই। বন্দ ইষ্ট্রাকসু কিদে ঐগী মরূপতো, নোংমৈ মরুলক্তসু চেনখি ঐগী মরূপতো, সেকুরিটিশিংগী চৈসু ফনা য়াম্না চাখিবনি ঐগী মরূপতো লেশ্বী মহাকথক্কীদমক। মশাদা শীবা ঘড়ী য়োনথোক্তুনা, খুৎশাদা শীবা খুদোপ কায়থোক্তুনা অঙম্বা মতেং কয়াসু তৌখিবনি লেশ্বী মাগীদমক।

পৈশা খরা পায়জবগী মুকচবা, লাইব্রিক খরা থাক ব্রাংজবগী নাপল কাজবা, মশক খরা ফজবগী চাউথোকচবা, অমদি অচৌবা শঙ্গ তিন্নবগী ময়াইনা লেশ্বী মশানা মশাবু থাক য়াম্না ব্রাংনা থাঙ্গৎচৈ। মানা কৈদৌনুংদসু ঐগী মরূপতুগী তৌজমল অদো শীংথানবীদে। মাদি মতম লেল্লম্বনি মতম অমা ঙাইবা ওইনা। ঐগী মরূপ অদুবু নুংশিবা শাশিন্নদুনা মাবু ঙাক শেলহল্লগা মানা পামজবা মীশক অমা থিরম্বনি। মানা পামজবা মীশক ফংলবদা মানা ঐগী মরূপতুগী থম্মোয়বু মশিং খংদনা লৈমায়দা হুম্বদুনা থুগাইবীনবা অকনবা অথীবা ব্রাহৈ কয়ানা নিংবা কায়হনখিবনি। ঐগী মরূপতো চাবা থকপা কাউদুনা অহিং কয়া তুমদনা কপতুনা মৈচাক খাঙখিবনি। মরূপকী মতৌ অদুদা ঐগী থম্মোয়সু পুবা ঙমখিদে। ঐনসু চৈখি মশীং খঙদনা মীওৎপী লেশ্বীগী মনাক্তা চত্তুনা। অদুবু কান্নবদি থোইনা ফংখিদে। ব্রাখল লায়ননা নারবা ঐগী মরূপ অদো লশ্বীদা চৎলিঙেদা গাড়ী অমনা থেংলম্বদগী, থীনা শোকখি। লায়েংশঙদা পুখক্তুনা পূং খরা কয়া লায়কৎনখি। মহাক্কী মচীন্দা শোল্লীবা লেশ্বীগী মীংথোলদো তাবদা, লেশ্বীগী মনাক্তা চেন্দুনা মীকুপ অমত্তং লাকপীনবা নোনজরুই, অদুবু থম্মোয় পান্দবী মাদি লাকপীখিদে। লেশ্বীগী মীং শোন্না শোন্না ঐগী মরূপতো লেশ্বীগী মশক উবা ফংদনা তাইবংপান থাদোকখি। তাইবংপান থাদোকখ্রবা ঐগী মরূপতুগী অরোয়বা মীকুপ্তা মানা উনীংবনা ঙাউরবা লেশ্বীগী মায়থোঙ উহনবা ঙমখিদ্রবা ঐগী থম্মোয়সে খুদুমনা শুজদুনা চৈনা ইতোমতা খাঙজহৌই।

নুংশি মহাক্কী তাইবং থাদোকখ্রবা ঐগী মরূপকী মঙানি লৈহুন তম্বা নুমীৎতসু থম্মোয় পান্দবী লেশ্বী লাকখিদে। নুমীৎ অসিদা ঐতা নৎতনা লোয়নশিল্লোন

তৌমিন্নরম্বা ময়ামশিংশিনসু পামনখিবনি লেশ্বীনা নোংথাংগী মফমদা লৈনা অমা অনীদং কৎলরবদো। অদুবু নিংজখিবা অদুমদি ফনা হায়জরবসু নিংবা থুংহনবীখিদে থম্মোয় পান্দবীদুনা। লেশ্বীগা চেৎনা লোন্দীন্নবা মমান্নবীশিং অদুনদি লেশ্বীগী মফমদা ৱারৌরদুনা লেশ্বীদা চৎতুনা চৈরুনি হায়না শাউনখি।

লান্না থৌরমগী নুমীৎ অদুদা ময়াম্না ঐগী মরূপ নোংথাংগী মীতমদা লৈরাং লৈনা কৎনরিঙৈ, ইথা থাজদনা অনানব ফি অঙৌবা অমা ইন্দুনা লেশ্বী লাকই। ঐগী পূক্নীংদা মহাকনা লাকপীবগীদমক নুংঙাইজবা ফাওরি। ঐগী মরূপকী মফমদা পূক্নীংপেন্না তম্নুরি, "মরূপ নঙগী লেশ্বী লাক্লে, নঙগী লান্ন-থৌরম নুমীৎ অসিদা, মহাকনা কৎচবা লৈরাং লৈনাসে, লৎনবা তৌদনা নহাক্কী থৱায় মীরেলনা লৌশিনবীয়ুকো।" থীংঙমদনা মীৎতগী শারবা পী মরীকশিংনা মনীং তমনা ফাজিঞ্জবা ঙমদনা নাম্ভরক্লি। থংনবা মীকুপ্পা লেশ্বীনা লৈনা খরা মরূপতুগী মীতমদা চাইরদুনা, যাম্লীবা বেক্তুদগী চান্মা চৎপী মপুন অমা পুথোক্লগা পায়রদুনা "নোংথাং ঐনা নঙবু ৱাহনখিবা, নঙোন্দগী তোনশিনখিবা লমন্ কয়াসিগী মথক্তা নহাকনা ঐবু নংশিবীরম্বগীদমক্তা নঙগী নুংশি মমল ওইনা ঙসি ঐনা নঙগী মীতম মাঙসিদা লুপা লিশিং তরা অসে তম্নবনি। মসিনা নঙনা ঐবু নুংশিবীরম্বগী লমন শিংবা শকপা ওইজগে।"

ৱাহৈদুনা ঐগী থম্মোয়দা হেন্না তাশোন্না থীনবগুম থোক্লখি। নুংশিববু লম্লোন পোৎকুম মমল পীদুনা লৈবা য়াবা অমদি মমল পীদুনা শিংবা য়াবা পোৎশক অমগুম উরিবা মহাক্কী ৱাখল্লোন অদো ঐনা শিংননিংঙি। নুংশিবগীবু মমল পীনবরা? নুংশিববু শেলনা লৈবা য়ান্নবরা? অচৌবা ৱাহংনি ঐগী পূক্নীংদা লাল হৌরক্লিবা। ঐগী মরূপকী নুংশিববু হীংলিঙৈদতা নত্তনা শীরবা ফাওবদা ইকায়বা পীনবা হোৎনরিবা মহাক্তো থম্মোয় পান্দবীতা ওইরমদ্রে মীনুংশি চেন্দবীসু ওইরমলে। মীৎয়েংসে খানা ঐগী মরূপ্পুগী মীতমদুদা য়েংলদুনা চৈজরুই 'মরূপ মসে নঙগী নরাইবক্তা তম্নম্লবা হায়বদুরা' নহাকসে নরাইবক থীদকো, অসিগুম্বা নুপী অমবু নঙনা নুংশিরম্বা।"

## হুরানবা

সনা মচু মশেকনা পূংলং লংলে হায়না য়েংলুববু ফকলাং ঘড়ীদুদা অয়ূক্কী পূং তরেৎ তাদুনা লৈরমলে। ইশাদা নোকনীংবা অমসু য়াওই ঙসিগী মতৌসে অদুবু চীংনবদি পোক্কে। তুম্বদি হৌগৎলে হায়ববু চীন-য়াদী হৌজিক ফাওবা শেংদ্রি। ঙরাং নুমিদাং থাজিল্লকপা মহীদুগী ময়াই চমদ্রি। ঐ অদুমনা নোংমতসু তৌখিদ্রি। ঙরাংগী থৌদোকতো ঐ য়াম্না পেন্দে অদুনা খরা পায়শিল্লুবনি। কিনশিনা পেন্ন-পেন্না থীন্নীংবনি অদুবু উপাই লৈতে, মপূদা তাইনঙমদ্রগা মনাইদা তাইনৈ হায়নবগুম ইতোমতা ফক্লাংদা থীঞ্জিনজদুনা খুৎ অসিসু ইতৎ তৎঙৈ পোমমে। মদুগী চৈনাদু ঙসিতা ময়েক শেংলকই। ঐগী নুপী তম্ফাতোম্বীন্দী ঐবু ৱারৌখি, শাউনিংখি, ঐনা য়ু থকলকই হায়দুনা। ঐগীদমক মহাক য়াম্না ৱাজখি। ৱাফমসু থোকই মরমদি মহাক ঐগী নুপীনি অদুগা ঐনা মাগী মপুরোইবা। মহাকনা ঐগী ইমীনি, অদুগা ঐনা মাগী মমী, করিগীনো হায়বদা ঐনা ওক্তবসিদা ইকায়দৌরীবসি মানি, অদুগা মানা ওক্রগনা ইকায়দৌরীসি ঐনি, মসিবুনি মৱা-মতুগী মরী

হায়রিবসি। অহীং চূপ্পা মহাক ফি-ফি কামখি, তুমখিবসু মান্দে মরক-মরক্তা খংহায় খংহায় হায়রকখিবনি হায়জ ব্রাহৈশিং। করি-করি হায়খিবা হায়বদুদি ঐসু নিংশিংবা ঙমদ্রে।

মবুং অনীগী মখাদা তোমথীন ঙাল্লী হায়দুনা মপা-মমানা য়াম্না নুংশিনা তাংলবা হীরাগী মমীং লৌদুনা থোনখিবনি মহাক্কী মমীং তম্ফাতোম্বী। তশেংনসু ইমুংদুগীদি মহাকনা তরামরীনিগী থাজা ওইখি। মহাক অমা লৈরম্বনা ইমুংদু পুমঙাল ঙাল্লম্বা জাৎনি। মহাক্র ঐগী হেক ওইরখিবা নুমিৎতুগী ইমুংদু নোংমা- নোংমগী অসুম অসুম মন্থরক্লী। পৈশাদি নমম্থীঙৈ পায় হায়ববু মী ওইনরীবশিংনা ঙাংনবা ব্রাঙাংদুমদি ঙাংদ্রে। মী উশিৎতবা, করেম কথাইনবা ঙাং শকপবু ওম্ভোকনা খুৎলোইখ্রে। ঐ ইশানা ইশাফাও ইকায়বা ফাওরকই ঐগী নুপী ময়ুম্নী হায়বদা। অদুক মোৎখ্রবা নমথীবা কোমদুদা মতৌ করম্না তরামরীনিগী থাজনা ঙাল্লম্নীবনো খনবদা ঐ ঙকতবা ঙমদে। হায়নববুদি লৈ "পাৎথী কোমথীদসু থম্বাল শাৎপনি।" ঐগী ইতুনি হায়দুনা থাগৎপগী ব্রাদি নত্তে, মহাক্কা মখোয়গা য়াম্না খেৎনৈ খরাতসু নত্তে শাথিনা খেৎনৈ। মহাক্তি য়াম্না থোৎলী, কেংদে।

তাইবং পূম্বসে মতোমতগীনি হায়না খনখ্রবা, মশাবুনা অতিয়া য়ৌনা ব্রাংলে নিংখ্রবা, শক্তি পূম্বা খুবামনুংদা পায়রবনি হায়দুনা নাপল কারীবা ঐগী ইকুদো, ইঙোন্দফাওবা, উশিৎতে, মচানুপী লৌরীবা ঐঙোন্দফাও করেম কথাইনৈ, মীগী খোইদৌ শীক-শীকপা ব্রা য়াম্না ঙাংঙি। "সনা লুপালক্তা খোঙনেৎনদুনা চৎচগদবা, তেবা, লশিংলক্তা মোনখাং য়হীপ তানজগদৌবা ইচা থোইবীবু নঙনা ফাদুনা হুরানবীখ্রগা করিগীনো অব্রা-খোঙগোইনহল্লীবা, ওৎপীবদো হৌজিক ফাওবা পেন্দ্রীবরো, ওৎপীরিবা ইচাদো ঐখোয়গীদি নাইতোম শাৎপীনে। মীফৎতা ইচাদো অদুম্না ওৎতুনা হাৎপীগে হায়রীবরো? নঙগী অপাম্বা করিনো হায়য়ু সনা, লুপা কয়ানো খঙহল্লু অহায়বা পীগনি, তম্নলাই শাদুনা ইচাগী পুন্সি মাংহল্লগনু। নঙদি ঐগী খোঙনা নেৎলীবা লৈমায়সিনে অদুগা ইচাদুনা তু আদগী অতিয়াসিদা ঙাল্লীবা থাজসে উরেদনা !"

তাবদা তু চুংলবা ব্রাহৈশিংদুনা ইশাসে থর-থর নিক্লকই, অপায়-অপায়বনা থাদুনা হাৎনিংঙি অদুবু কৈদৌরুনি ফৎত্রবসু ঐগীদি ইকুনি। ঐনা তম্ফাতোম্বীবু নুংশিমনবদগী, মাগীদমক খন্দুনা তুমীন্না ব্রা অমাফাও ঙাংলমদনা মপান থোরকই মরমদি মফমদুদা ঐনা কুইথবা হায়বসে থোকহন্নীংদবদো থোকলক্লবগী

মরম ওইগনি। ঐসু মীনি, তাইবং হকচাংনি, কয়াম কুইনবু খাংদুনা লৈবা ঙমগনি। ইশানা ইশাবু হীংননবা হোৎনবীবা পুন্সি মহীংসে মখোয়না শীংথানদে। উশিৎতে ঐবু লাইরৈ হনথৈ হায়দুনা, অদুবু মদুদা ঐ নাচুংবীগদৌবা নত্তে।

মখোয়গী নুংঙাই য়াইফববু মীহৌদুনা ঐনা মচানুপীবু হুরাল্লী-কা হায়দুনা, অসুক য়াম্না চাউখৎলবা মতমসিদবু নুপী হুরানবা চৎনরীবদৌনা। আ- থায়নগী নুপীনা মহে-মশিং তমদ্রীঙৈগী, নুপাবু লাইনি খল্লীঙৈগী, ইপং পংলিঙি মতমদুদা মোইথেম তৌদুনা লৌনরক্লবসু, ঙসিগী চাউখৎলবা মমাৎতা লাইরিক লাইশু-লোইনা উন্নরবা, নুপীনা থাদা, ওফিসতা, ওফিসার ওইনরবা, কানরবা মতমশিদা মোইথেম তৌদুনা হুরানবদো চৎদ্রে। মখোয়না খঙবা নত্তে ঐনা মখোয়গী লন থুম মীহৌদুনা মচানুপীবু ঐগী ইতু ওইহনখিবা নত্তে। ঐনা মাবু খংনখিবা, কোইখিবা মতমদা মহাক মখোয়গী মচানি হায়বা ঐ খঙদে। নুংশিনরক্লবা, থাদোকপা ঙমদ্রকান্দা খংলকপনি। অমবু ওইরে অমবু ওইরে মহাক ইনাক খুল্লী হায়দুনা ঐনা মাবু হেক্তা থাদোক্কদবদি নত্তে, মরমদি ঐনা মাবু নুংশিবনি, মপাগী মরন-মথুমদুদা নত্তে। ঐ লাইরজরবসু মপাগী মরন-মথুমদুদা কল্লকপীগদৌবা ইন্দ্রজিৎ নত্তে। ইন্দ্রজিৎ ঐগী মীংশিসু অচম্বা নত্তে “সোরারেনবু ঙম্বা” হায়বনি। ঐনা চেৎনা থাজে ঐসু নোংমদি সোরারেন কৈরাক থাগে হায়দুননা। ঐগী নেল্লীবা পুন্সিসে কৈরাকশিদা কাদুনা ব্রাংখৎলকখিনি হায়বসিদা ঐ চীংনদে, ইশানা ইশাবু চেৎনা থাজে। চেৎনা থাজবনা পম্বুং উবা ঙমহল্লী, পম্বুংবু উরবদি হোৎননীংলকই, হোৎপু হোৎনরবদি লম্বী ফংলকই, লম্বী ফংলবদি চংশিনবদা কীরক্তে, চংবু চংশিল্লবদি লাম্বা ফংলকই, হন্না-হন্নাবু লাল্লবদি পায়বা ফংলকই, পায়বু পায়রবদি নাম্থোক্তনবা চেৎনা পায়শিনবা তাবনি।

ঐগী লেংনিংদ্র-তৌনিংদ্রা ইতৌদু উবদা ঐগী নুপীনা নাচেকনা য়েরকই, “ঙরাংগী ময়াই হনবীদ্রীবরো? হৌজিক ফাওবা চীন-য়া শেংবীরমদঙৈ উংলম্লীবসিবু”। মাগী হায়দি হায়নিংবা ইকায়বদি মানবা মায়থোঙদো উবদা শাউনিংলম্বগা লোইনা মাঙখি। মাগী মায়থোঙসে ময়াই অমদি অদুম চেল্লী, মীগী পূক্লীংবু নুংওলহনবা ঙম্বা। নোকমী-নোকমী তৌনা হায়দোকখি, “খঙদ্রেদা ঐগা ইকুগসি লানসে কৈদৌঙৈনো লোইগদৌবা তম্ফা! শকফম অদুক ফবী নঙগী শকফম অদুক তমথীবা নপাবুংদো য়াম্না চান্নদে। ঐগী শকসে হেক উবগা তিন হৌবরা কৈনো?

কোকথক্তা লেন হেক্তা হৈথরকই। ঐগীসু পুন্সি অমদি লৈরী, ইজ্জৎ অমদি লৈরী খুন্নাইশিদা।" তস্ফা মাগী নুপাগী মপূক্লীংবু ফাথরকই, "অদো ঐখোয়না অঙাং হায়বদো ওইরুরবনিনা, খর-তা খর-তাশিন্নদা তৌ তারেদনা। মনিং থুংদ্রদুনা খরা ঙাং শকচরীবনি, কয়ামবু কুইনেগে মথম্থা তোকচখি। ঐখোয়নতা লাল্লুদ্রগা লোইরে, ফরসু-ফত্তুসু ঐখোয়সে মখোয়গী য়েকনবা মক্তি নত্তেদনা, মচা-মমাকনি। অহলগী অশাওবদি মশুতনা কোকহনবা ঙম্বনে? মশুসু উগদৌবা কুইদ্রেদনা। মীগী মচানূপী হুরানবদী হৈরগা কৈশু লৈত্রবা মতম খরাসে খাঙবদি ঙমফম থোকইনা।" তস্ফাগী ব্রাহৈদুদা শাউরংননা, "নঙ ঙাংবগদি য়াম্না হৈরেনা, নঙসে ঐনা তরাইনা লৌরকখিবরো? নঙ ঐনা লৌরকখিবদো মৈথক্তানি মৈথক্তা। নঙবু ঐনা ফাদুনা পুখ্রে হায়দুনা নপানা ঐখোয়নীবু পুলিসতা কোইথি থীহন্দুনা ফাহনখিবা নত্ত্রা! ঐবু শেল পীদুনা লোক-অপতা য়ৈহনখিবদো নঙসু খঙলিবা নত্ত্রা? মদুসু হঞ্জিন হঞ্জিন অহুমলক শুরকপদুদদি ইকায়রদুনা ইম্থোরকখিবনি "নোইনা থোকপা তৌজরো হায়দুনা" নুমীৎতুগী নঙগী হরাওবসু ঙমদা কপচবসু ঙমদা য়ানশিন্না মায়থোঙ উবদা ঐ নুংঙাইরমগনি হায়না খনবরা? ঐগীনি হায়দুনা নঙনা হঞ্জিন হঞ্জিন হুরান্দুনা নয়ূমদগী চেম্থোরকখিবদো ঐ কয়াম পেনখি মদু নংলমদ্রবদি নঙ-ঐ ঙসি থুংনবীরসি থুংনবমলোই, নঙনা অমদা ঐনা অমদা, মদু খনবদা নঙসে ঐনা কয়াম নুংশি। ঐগীদমক্তা বাজরবীনি খনলুবদা অমুক্তা হেন্না নুংশিরীবনি।" মপুরোইবগী ব্রাহৈদুদা মপুরোইবগী মচীন খুমদুনা নোক্লদুনা তস্ফা,

"অদুবুদি ঐনসু নঙবু শাথিনা নুংশিবা জাৎনি। অদুনবু নঙোন্দা লৈজরগে ননাক্তা হীংজরগে শীজরগে হায়দুনা হঞ্জিন-হঞ্জিন ইমা-পাবুংগী ব্রা নাথৈদুনা নঙতনা হেল্লী হায়দুনা ননাক্তা চেল্লকলীবনি। ঐখোয়নিগী লুহোংবা রাথোকনা মমীংচৎথ্রবসু, ঐখোয়নীগী পম্বুংগী পুন্সি অসিদি নুংশিবতনা য়েন্দাই চোল্লীশিদি, মীপুম তিংনা কল্লকনরীবশিদি। অমা-অমাগী ব্রা তোকখিসি, ঐখোইনীগী শাৎকদৌরবা লৈরাংসে, মাগী ব্রারী শান্নসি।"

"অদুগী ওইরদি ব্রারী কোন্না, ডাক্তরদা চেক-আপ হান্না। ইকুদো ঐখোয়দা শাউবা ফহন্নবা ইচাশিনা হীদাক্ থাদোইনিনা, লোইশিল্লো ডাক্তর চৎসে, মশু নুংশিবা উহন্নবা"।

## লাইনীংদা লূপখ্রবী

হেক কানশিনবগা ইমূংদুদা, মনম নুংশিবা ধূপকী মনমনা নুংওলহল্লী। পূক্লীংবু লৈতহন্দবা নুংশিবা হৈনম-লৈনমগী মনমসু ইমূংদুদা কোইলে লৈদুনা লৈরি। লাইনীংদা লূপখ্রবী হৈথোই ফনেক ফিথক চিংখৎতুনা শেৎলগা লাইশঙদগী মখুৎতা লাইদা কৎলুবা হৈরাং-লৈরাং খরা পায়দুনা থোরকই। পাউচে পাদুনা লৈরিবা মপুরোইবগী মনাক্তা চঙশিল্লক্লুনা পীরে "শে খুৎ য়াবীয়ু লাইগী লৈনি।" মহাক্কী নুপীগী মতৌদু খম্বা থোইনা পূক্লীং মকালাম্বা তৌদনা লাইগী লৈদু লৌথৌই। মহাক্কী নুপী হৈথোই য়ূমদুগী কাচিন কোইয়া থুংনা অশেংবা ইশিং খিক- খিক্লুনা চৎখি। খম্বা উরিবা মতৌদো য়েংনিংদ্রবসু, উবদা য়াম্না ৱারবসু, মখূৎ ওইনা মরায়বক পায়জবা নৎতনা উপাই লৈতে। মচীন্দা মথম্থা শোনজৈ "লাইনীংদা লূপখ্রবী নুপীগী নুপা ওইরুবা ঐহাকসু লাইনীংবা নুপা ওইবা তারদরা?"

চহী খরশি খম্বা মশা মনূংদা ওমচাকনরি। থল্লুংদা তৌফম খঙদবা অমনা মশা মথম্তা প্রোক-প্রোক তোয়না চাকহঞ্জরি। মৈশাদি হেল্লকপা অদুগা মৈচাক্তি মশক উদবা অদুগুম্বা ৱারৌবগী ৱামৈনা মৈগী চীংগুম্না মৈচাক ওমশিল্লী। মহাক

নুংঙাইবা ইঙম ঙমদে। মহাক সুকপেন পেন্দে মাগী নুপী হৈথোইনা চৎলিবা লাইনীং লম্বীগী ফিরেপ অদুদা। মহাক্কী নুপীনা চৎলিবা চৎনা লোনচৎ অসিদি মীওই খুন্নাই অসিদ য়ূম পানমিন্নরিবা নুপা-নুপী অনীগী মরক্তা চৎনবা য়াবা চৎনা লোনচৎ হায়বদো ওইরিবরা হায়না মশা মথন্তা ৱাহংসে মশাদা মশিং থিঙমদনা হংজখ্রে। মতিক চাবা পাউখুমদি ফংদ্রি ঙসিসু। মহাক্কী নুপীগী পাউখুমদুদি মশা হীংজনবা, অচুম্বা তাহনজনবা খুন্নকপা পাউখুম ওইবনা মদো চৎনবা য়ারবা পাউখুমনি হায়বদি য়াবা ঙমদে খম্বনা। মতিক চানা লাইরিক লাইশু হৈরবা খঙলবা ৱাখল তারবা মীওই কয়ানসু ৱাফমশিংগী মতাংদা মোৎ, অদু তৌ আদা তৌ হায়না পীবা ইঙম ঙমনদে। মরমদি ৱাফমশিংদি লাই নিংজবগীনি, লাইনীংদা লূপচবগীনি। মী অমনা মহাকনা নিংনিংবা লাই অদো মহাক্কী অপাম্বা মওংদা নিংজবদা, লাইনীং লম্বীদুদা মনিং তমজখিবদা অথীংবা পীবগী আইন ঐখোয়গী খুন্নাইশিংদা লৈতে। মীওই খুদিংমক্তা নিংনীংবা লাই নিংজনবগী হক লমদমসিংদদি চপ মান্ননা পীরি। ইফোঙ ফোঙনা মী অয়াম্বনা লাইনীং লম্বীদা লূপলবী হৈথোইবু নম্ফু শাশোন তৌদুনা বারক ৱাতেমদুনা নত্রগা ফু- চৈদুনা ৱারকউ হায়না হেক্তা হৈথোইগী মায়োক্তা লেপ্পুনা হায়বা ঙমনদে। মরমদি ৱাফম অসি লাইতিনগা শম্নবা বাফমনি। লাইগা মীগা কৈদৌনুংদা শিংনবা ফত্তে। মসিদা ওইরে খম্বনা তৌফম খঙদনা ৱারৌজরিসে মশা মথন্তা।

ফজবা নিংথিবা হন্দ্রি, মায়থোঙগী মঙাল মাংদ্রি, হকচাংগী লৈনম লৈহী চোল্লী, ঙসিসু অদুম লৈশাবীদ লৈশাবীদৌনা উরি হৈথোই। মচা নুপী চহী তরানিথোই শুরবী, মচানুপা চহী মাপল শুরবা অনীগী মমা হায়বদো ওইরবীনি হৈথোই। মশাগী চহী কুন্থ্রানিথোইরোম শুরবীনিকা হায়বদা অউবশিংনা হেক্তা লায়না থাজবা খরা ৱাগনি মরমদি হৈথোইসে হেক উবদা চহী কুম্মরী-মঙারোমগী জক লাউবী লেংগী লৈশাবী নত্তুগা মৌনৌগুম উরি। অসুক মশা নহা ওইনা মচা নুপাদুনা মশাগী চহী মরীমুক হাইরকপা অদুৱাইদগী লাইনীং লম্বীদা চংখিদুনা অচেৎপী লাইনীংবী ওইখিবনি হৈথোই। মহৌশাদি হৈথোই লৈশারীঙৈদগী হৌনা লাইনীং লাইশোনগী লম্বীশিংদা মথৱায় য়াওজদুনা লাকলবীনি। য়ূম্বাল্লবা মতুংদসু অদুম লাইনীং লাইশোনগী লম্বীশিংদা হান্নগুম খেৎনদনা অদুম মান্নना থৱায় য়াওজরম্বনি অদুবু হন্দক চহী মঙারোমশিংদগীদি খংচেৎ চেৎনা লাইনীং লম্বীশিংদা লাইনীং চেৎপী অমগী লাইমীং লৌখিদুনা লাইনীং লাইশোনগী লমশিংদা মশা ফাওবা কথোকখিবদগী, খম্বগা ফম্মুং কা তিন্নরক্তবা, নিংথি নুংঙাইনা শোকনা

শম্নরক্তবা চহী মঙারোম হাইরক্লে। লাইনীংলবীনি, লাইগী ওইগ্রবীনি, লাইদা কখোকগ্রবীনি হায়দুনা হৈথোই মশা ফাওবা মাগী নুপাদা শোকহন্দবা মচৎ অদুদা মশাগী চহী কুল্লাতরেৎতমক ঙাইহিরবা খম্বগীদি অশাউবা হায়বদো মৈখৈরবনি।

চীংদোলদগী চুমথরকপা কল্ল চীংজুম ইচুমবু তাইবং কনানা থীংবা ঙমগনি? মৈচাক মতোন ফনা চাকখৎলক্লিবা মৈবু করম্বা তাইবংগী কম্বলনা কুপশিন্দুনা কয়াম কুইনা থম্বা ঙমখিনি। মচা অনিগী মপা ওইরবস্ খম্বা হৌজিক নহা ওইরি পুন্সিগী লম্বী তঙ্খাই চন্দ্রি। নহা ওইবগী পূক্লীং ব্রাখলদা পোক্লকপা অনিংবা অপাম্বা কয়া কয়াদো থম্মোয়নুংদা অসুম নমথদুনা থল্লক্লি। লাইনীং চেৎখিবদগী লাইনীংবী ওনখ্রবী হৈথোই মহাক্লা মশাবু লাইদা কখোকখিবদগী খম্বাগী থম্মোয়নুংদা নমথদুনা থল্লক্লীবা মৈরী মৈশাগী শাফু অদো হেনগৎলক্তুনা ঙসিদি অকনবা নোংলৈ নুংশিংকুম্লক্লী। প্রেসর কুকর ওল্লকতুনা মৈগী চীংগুম পোখাইরক্কদৌরি।

নোংথাং পুবা অমুবা নোংগী মপৈরক্তা তোংদুনা পাইরগা শান্নরকলিবগুম ব্রাখলগী অখাক অরাওলক্তা কোইপাই পাইরী খম্বা। খল্লা খল্লগা লাইথোরকপগী মহুৎ হেন্না হেন্না খোঙফম পুথরকপগুম ওইরকই। উপায় থীর-থীরগা লম্মাংনবা হেনগৎলকই। য়েৎশিল্লীবা থৌবী ওইদগী থোক্ল-থোক্লগা নেৎতগী হেন্না হেন্না য়েৎশিল্লকপগুম থোকলরি। অদুবু উপায় থীদবদি য়াদে, থীদুনা উপায় অমদি পুথোক্তবা য়াদে, পুথোক্তুনা উপায় অদু শিজিনদবা য়াদে, শিজিন্নদুনা উপায়দুনা থোঙ অমদি হাংবা তাই।

নুপা-নুপী অনীনা তাইবংদা য়ূম পানবা হায়না পান্নরল্লীবসি করিগীনো? মসিগী চৎনবী অমা থল্লল্লীবসিনা করিগীনো? করিগীনো তাইবং মীয়াম্না য়ারবা ইকায় খুম্নরবা চৎনবী নিয়ম অমগুম য়ূমপানবা হায়বা নুপা-নুপী অনীগী মরী অসে থম্বীরল্লীবা? নুপা নুপী অনীনা তাইবংদা য়ূম পানমিন্নরীবসিগী মরমদি নুপা-নুপী অনীগী ইচেল তিন্নবনি। পূক্লীংগী অনীংবা মশক খঙননা থুংহন্ননবনি। অরানবা ব্রাখল পোক্তুনা লম্লানবা লম্লানবীদা মীতারুদনবগীনি। ইংনা চীকনা তংদু লৈতানা তাথোক ভাশিন তৌনদুনা য়ূম লিংবা ঙমননবনি। অদুবু মসি খঙদে হৈথোই মশাগী অনিংবদা মনিং তম্মী। নহা ওইরিবা য়ূম্বান পুন্সিদুগী মথৌ তাবদো ইখন খন্দবা মতৌদা লাইনীংবী ওইদুনা মশা লৈথোকখি। খম্বগী হক পূম্বা মহাকনা নমহৎ-নৈহৎপীরি। খম্ববুনা মহাকনদী মহাক্কী কল্লবা থৌরীনা পুন্দুনা থল্লগা মহাক্কী হক ঙাক শেল্লী। মসিবু কয়াম চৎনবা য়াখিনি। লু-তোংনা শাবা তাইবং হকচাং ওইরিবা খম্বগী পূক্লীং ব্রাখলগী ঙমখৈ পলনা, পূক্লীং ইথিলগী

কল্লবা ইচেলবু কয়াম কুইনা থীংবা ঙমখিনি, খম্বা হায়বা ঙমদে। নোংমদি নমখায়দুনা পলসে চেন্থখিবা তাবনি। ৱাহংশিগী ইরৈলক্তা ইরাকনরিবা খম্বা পাউখুমসু মদোম পীনবা লাকনজরি।

খম্বদা হন্দক্ চয়োল অমা-নীসে হান্নগা মান্নদবা অহোংবা য়াম উবা ফংলক্লে হৈথোই। নানখৎলক্লিবা মশা মউ, শমকক্ লাকক্, শেৎ-চারক্লীবা মফি মরোল, চাইরক্লিবা হৈনম-লৈনমগী মনমশিং উবদা হৈথোই মপুক্লীং খোইরাংলক্লি। নহানঙেদি লাইরিক ইদুনা, লাইরিক পাদুনা মশা নানবা হৈতনা য়ূমদগী নিংথি নুংঙাইনা মপান থোকলমদবনি অদুবু হন্দক মরকশিদি মহৌশাগুম ওইদ্রে। খম্বগী অহোংবসিদা হৈথোই মীপাইরকই। নোংমনা লৈহাও অমা পায়দুনা হল্লকই, নোংমনা মনম নুংশিবা চাইবা রুমাল। নোংমনা শেৎখিবা ফিগী মমী কায়দনা, নোংমনা নৈশিন্নবগী কায়রবা ফিগী মমী ইতেক তেকনা হল্লকই। তোইত্তা তোইশিল্লকপদগী ইখৌলাংবা হেল্লক্তুনা লৈচিলগুম কোইপাই পাইরম্বা হৈথোইগী মপুক্লীংগী অনীংবা ইহুলদু ইংথবা ঙমদনা ৱাহৈগী নোং ওন্দুনা হৈথরকই, "লাইনীংবীসু মীনি কৈনো, লোয়না খঙলীবনি ঐসু" হৈথোইনা ৱারৌনা ৱাফাংনরকপা মতৌদুদা খম্বা করিসু থৌশা ৱাশাদনা "লাইনীংবী নঙদি লাইনিংঙু, লাইগী ওইদুনা লাইগী তাইবংদা অদুম তিল্লু, মী অমুক ওইরক্কনু, মীগী তাইবংদা য়াওশিল্লক্কনু" হায়রম্লগা করিসু নাচংবা তৌদনা মানা তৌগদৌবদো তৌরুনবা থোকখি। মতৌদুদা লাইনীংচেৎপী, লাইনীংবী ওইরবী হৈথোইগী অচাকপী হায়বদো হেনগৎলকই।

মাগী নুপাগী হোংলক্লীবা অহোংবা মওং-মতৌদুদা ৱাখল ইয়াং য়াংথোকপা ঙমশিল্লক্ত্রবা হৈথোই মওল-মওল্লকই। মশানা য়ূম্লীংলিবা য়ূমদুগী য়ূম্বীশিংদো ফৰা-ফৰা হায়রকপগুম কিন্থরক্লগদৌরকপগুম মমীৎতা উরকই। মহাক্কী মাং-তাকপা হৌরক্লিবা য়ূম্বাল পুন্সিদুগী তাঙ্কককি শক্তমশিং মথং-মথং অমমম্‌তা মীৎমাংদুনা ফন-ফন চোংথোরক্তুনা মঙোন্দা করেমনরকই। কনাগুম্বী শক-উবা ঙমদবী শক্তম অমনা মাগী য়ূম্বাল পুন্সিগী য়ূম্ফমবু য়োৎপাক পায়দুনা তৌরক্লি। মাগী নুপাগা মাগগী মরী ককনহন্দুনা তংনহন্দুনা, মহাক্কা য়ূমদুগগি মরী ইলৈ লৈনহল্লকতবগুম ফক্লাং মরীদুনা খিগক্তুনা নোকশিল্লক্লি। মহাক তপথনা লৈবা ঙমশিল্লক্ত্রে। লাই নিংবকা হন্দকসে কাউখরে। লাইনীং পরমশিং কায়থরক্লে। মপুক্লীং ইংদ্রবদা, বাখলদা শাদাল্লক্লবদা, হুমদুনা মৈগী কল্লবা কোমদা ভৌরবদা কদাইদগী লাইনীংলুগনি। মহাক্লা হৌজিক খল্লীবদি শুপনতগী মহাক্কী মখুৎতগী নাম্থোরক্লিবা মপুরোইববু অমুক হন্না মাগী ওইনা খুপায় চেৎলকনবা, মাগী লিচিংলক্তা পুনশিন্দুনা থম্বা ঙমনবা কাংলোন থিবনি।

খম্বা হন্দক মরক হৈথোইগী হোংলক্লিবা মওং-মতৌশিংদু উই, ভাবসু তাই অদুবু মদুদা মহাক থোইনা মপূক্লীং চংশিল্লুবা তৌদনা মহাকনা চৎথরিবা থৌওং অদু অদুম পরীং কায়দনা চৎথরি। মহাক্কী নুপী হৈথোইনা মাবু হন্দক মরক খরসিদা, মহাক্কী অনৌবা থৌওংদুদা য়াম্না পেন্দনা ৱারৌরে হায়বা মহাক ইহো হোনা উরি। শীংনরিবনি খম্বা হৈথোইদা শীংনগে হায়বা অমা য়াওনা। শিংনগে হায়বা অমা য়াওনা শিংনরিবনিনা অদুগুম্বা ৱাফম মচা-মশু খরাদুদি চীন্দগী মহাও লৈত্রবা চুৱীংগম ওথোকখিবগুম ওথোকখিবা তাবনি। ময়ূমদা থোং থাকনবা হৱাই লৈনা লৈনা, হৱাই থোংবা চাবা ফংদ্রবদি, মপান্দা থোক্কুনা মপানগী হৱাই থোংবা চারুবা মশানা তাবনি। মসিদা য়ুমদা লৈবা হৱাইদু থোংদুনা পীজনিংদবীদুনা মপানগী হৱাই থোংবা চায় হায়দুনা ৱারৌফম থোক্তে। মপানগী হৱাইথোংবা পীজনিংদ্রবদি য়ুমগী হৱাইথোংবা পীজবা তাবনি।

নুপা অমগী নুপী অর্মনি হায়দুনা লৈরগা, মহাক্কী নুপাদা মহাক্কী নুংশিবা শরুক তমনিংদ্রবী নুপীদো, করম্না নুপাদুগী নুপী অমা হায়বদো ওইরিবগে হায়বসে মথন্তা ৱাখল তারক্লবগুম তৌই হৈথোই। মাগী নুপানা মাগী নুপীদে ফংফম থোকপা নুংশিবগী শরুক অদু মাগী নুপীদুনা মৎপীরবদি করমনা নুপাদুনা নুপীদুবু নুংশিবীগনি হায়বসে খনবা ঙম্লকই। মশা য়াম্না নহা ইওই ওইনা মশাগী অপাম্বা লম্বীদা মনীং তম্না লৈনগদৌরীবা মরীদুগী লৈনফম থোকপদু য়ৈখাই য়ৈথেক্কুনা লাইনীং লম্বীদা লাইনীংবী অমা ওইরুবা মহাক্কী অশোইবদুনা ওইহল্লক্লিবা মরালদু উজরকই। লাইনীংবী ওইরুরবী মহাকনা অমুক করিগী মাগী নুপাগী মনিং তমজরক্লিবা পুন্সিদা ঙসিনা অমুক কল্লক মীহৌরক্লি। করিগীদমক হৌজিক ফাওবা মাগী নুপাবু মাগী লীচিংনা পুন্দুনা থম্মীংবগী ইহুল মঙোন্দা চোংলিবনো হায়বসে মহাক ৱাখল তারকই। মহাক খঙজরকই, মঙোন্দা হৌজিক তাইবং শেম্বগী নুংঙাইবগী ইখৌলাংবা লৈরি। মীহৌবা চেল্লী, কল্লকপা পোকলি, কথোকপা থাদোকপা ঙমদ্রি, ঈহুল চোংলি। মতাং মতম চাদনা লাইনীং লম্বীদা হেন্না লূপশিন্দুনা লাইনীংবী ওইনিংলুবা মহাক্কী মচৎতুদা মদোম ঙসিদি নিংঙমদ ৱারৌজরি। ঙসিদি মশানা মশাদা পুনশিন্দুনা লৈতেংজরম্বা মশানা শেমজবা নিয়ম ময়ামসে অমুক মশানা মশাদগী শেৎলম্বা ফি লৌথোকপগুম লৌথোক্কুনা মহাক্কী নুপাবু অমুক হন্না খুদুম চন্নবা, মাগী ওইনা অমুক লৈহনবা ঙমননবা মহাক্কী নুংশিবা মখৈ হৈথরগে মতাগুম নুংশিবনা য়োম্লবা ফিজোল শেৎচিনদুনা নুংশি কাইহৌরগে হায়না মপূক্লীংদা চপ য়ুংনা লেপ্লে।

খন্বা ইঙক ঙকই উবদা হৈথোইগী মতৌদো। ঙসিগী লাইনীং লাইশোলগী ফিজোল থোঙলম্বগী মহুৎ, য়ুমগী নুপী অমগী ফিজোল থোঙলম্লবী হৈথোইবু উবদা। উরিক পরেং শীরমদ্রবা মহাক্কী নুপীনা মাবু খৌরাংনা ঙাইদুনা লৈরম্বা মতৌদু উবদা। মহাক্কী শেবা মথং মথং তৌরক্লিবা হৈথোইগী নহানঙৈগা মান্নদবা মতৌ অদুদা য়াম্না থাজদনা খন্বা হৈথোইগী মতৌদু য়েংদুনা লৈ। চা অমদি চান্ননবা অচাপোৎ খরা পুথোরক্কুনা হেন্না সেবাগী মথৌ হাপচিল্লকই। মংগা চপ মান্নরবা হৈথোইগী মতৌদু য়েংলিঙৈ খন্বা নহানঙৈগা মান্নদনা হৈথোইনা মহাক্কী মশাদা ঙাথদুনা ওইনবা হৌরকই। অসুম্না খন্বানা হৈথোইগা ফম্মীন্নরক্কবা নুমীৎতনা লীশিং অমা চানিপালকুন হেল্লক্লে, থাদনা হুমবু হেল্লক্লে, চহীদনা মঙা হেল্লক্লে। ঙসি ইথা-থাজদনা অসুম্না ফম্মীন্নবসিদা হৈথোইগী হকচাংগী মৈশানা মৈৰাইরকপদু পাখং লৈশারীঙৈ মতৌগুম খন্বা ফাওরকই। খন্বা ৱাখলগী ইপাক্তা ইরৈ হৌরকই। " নঙবু লাইনীংবীনি হায়দুনা ঐগা শোকনা শম্লবা য়াদ্রে হায়না হায়খিবদাই" খন্বনা হৈথোইগী মায়থোঙগী শল্লাং শান্না-শান্ননা হংঙি, হৈথোই খন্বগী পাম্বোম চেৎনা কোল্লদুনা খুল্লকই, "ঐ লাই নীংবা তোক-এ ঙসিদগী, ঐগী লাইনীংবগী মতম য়ৈথোক্লে।" পাউখুমদুদা হরাও মীনোকনরদুনা খন্বা, "এ! অদুদি কবিগীনো? নঙগী লাইদুনা শাউরোইদ্দরো?" খন্বগী ৱাহংদুদা হৈথোইনা নুংশিনা পাউখুমকই, "অদুবুরো! ঐনা লাইনীংবী ওইদুনা লাই নীংলিঙৈদা নঙসে ঐগী পুন্সিদগী অসুম অসুম লাপথোকখিৱিশিদি, অদুনা নহাক হান্না পুন্দুনা থমদবা য়াদবনি। লাইদি কোন্না চাম্মরক নিংলবসু য়াই অদুবু নহাক্তি ... অদুনা (হাইফেৎ নোক্লদুনা) ঐ ঙসিদগীদি নঙ ওইনা অমুক নিংলদবনে, নঙসে ঐতগী ওইনবা নিজদৌরীবা নঙোন্দগী খঙলবরা?" হৈথোইগী পাউখুমদু তাবদা খন্বগী পুক্নিংগী অপেনবগী পঙ্খেনা পেনজরবগী মমীদু মহাক্কী মায়থোঙদা খংতা তারকই। মহাক হরাওজৈ মহাকনা নিংজরম্বা অদুমক তানবা মহাকনা হোৎখিবা অঙ্কদুমক্কী অচূম্বা মায়কৈগী ফলদু মীৎমাংদা উরকপদা।

থোঙজিন্দগী মচা অনীদু ইস্কুল হল্লকপগী বেগ য়াল্লদুনা চংলকই। লাইনীংবগী ফিজোল শেৎ থোঙলমদ্রবা মমাগী মতৌ অদুদা য়াম্না অঙকপা পোৎশক অমগুম ঙকনা য়েংঙি। মচানুপা অতোনবদুনা হায়রকই "ইমা লাইনীংবগী ফিজোল শেৎত্রদি কৈদৌরে, লাই নীংলরোইদরো?" মচাগী মতৌ অদুদা নুংশিনা কোল্লদুনা হৈথোইনা খুল্লকই, "ইবুংঙো ঙসিদগী ইমা লাই নীংলরোই, লাই নীংবা তোকলে অদুগীনে ইমানা লাইনীংবগী ফিজোল শেৎলমদ্রিসে"। মচাবু নুংশিনা কোন্দুনা চূপচৈ।

## অহীং অমদা

অকনবা নোং- নুংশিৎ অমনা হুমদুনা অখাক-অবাও পুরিবা, শুকনা থেঙনা মল্লবা অহীং অমদা, ইখং-খংহৌদনা শাফু য়াওনা মপান্দগী নহা মনা নমখাইরক্তুনা ইমুংদুগী খোঙদো খংহাং হাংদোক্তুনা মনুংদা চংশিল্লকই। শপতদুদা ফমুংদা হীপলম্বা ইবেথোই খংদুনা তুমলম্বদগী হৌগৎলকই। ইমুংগী মৈ চমখৎলি। শকফম কায়না উরবা নহা অদুগী শক্তমদু উবদা হংঙি "নহাকপু কনানো, কৈদৌবা চংলকপনো, করি পাম্মী"? নহা অদো ব্রা ঙাংদনা ইবেথোইগী মনাক্তা চংশিল্লক্তুনা মখুৎ নোন্দুনা হায়জরকই "ইমা ঐবু পুংজা খরদং মফম অসিদা চংজফম পীবীয়ু। নচা খুদোং থিবা অমা মায়োকনরে"। মপান্দা অহৌবা মখোলদা গাড়ী খরা থৌবগী খোঞ্জেল তাই। ঙৈহাক লৈরগা খোঙগুপ বুট মখোলশিংনা কোয়চেন চেনবগী খোংথাঙ মখোলশিং তারকই। মপান্দা ঙৈহাক্কী মতুংদা খোঞ্জেল অমা তারকই "য়াম্না থুনা মাংমল্লী, মানা চেগেনা চেল্লবসু পংশাং শাংনদি চেনবা ওইথোকতে, ফংনবা থিদবা য়াদে"। মায়কৈ নাইনা চেন্নখিবগী খোঞ্জেল তারকই। ঙৈহাক্কী মতুংদা ইচিক চীকখ্রে। নহাদুদা ওনশিন্দুনা ইবেথোইনা হংলকই,

"নঙবু চাক চারক্লবরো?"

"নচা চাক চাজরক্তবা নুমীৎ নীনি শুরে ইমা"। (ইবেথোই চাকখুমদা লৈবা চাক য়েঙ্খাং খরদু পুথোরক্লুনা পী, নহাদু মথৱায় তানা অরাম খৌরাংবা কোকনবা চারি)

"ইচাগী মীংবু করি কৌবনো? কদাইদগীনো?"

"ইমা নচাগী মীংদি য়াম্মী অদুগা নচাগী লৈফমনা সনালৈবাক্কী উমংশিংদনি। নচা করিগুম্বা পান্দম অমা ফংননবগীদমক চংশিল্লীবা থৱায় কৎথোকশ্রবা পুন্সি অমনি। নচাবু ইমাশিংনা কৌবীনীংবা নুংশিবা মীংলেন অমদা হেক্তা কৌবীয়ু।"

অমম্বা ফক্লাং অদুদা য়াল্লীবা ফোটো অদুদা নহাদুগী মীৎয়েং তারুরে। মশাদা করিগুম্বা চীংনবা অমনা লৈচীং ওইবক্লুনা ফোটোদুগী মনাক নকনা চংশিন্দুনা মৈচমদুগী মঙালদা ফোটো অদু য়েংলুরে। খংহৌদনা নহাদুগী মশা পুম্বা তু চুংঙি। মতৌদুদা ইবেথোইনা হায়রকই,

"ঐগী নুংশিজরবা ইচা চীংখৈ নি। ঙসিদি মহাক মরাইবকথিখ্রে। মমা হনুবী ঐবু ইদোম থম্বীরমলে। অদুবু ঐ মঙোন্দা ৱারৌবা লৈতে, থৌনা ফবা, অশেংবা চৎচবা ইচানি। ঐ ঙসিসু মাগুম্বা ইচা অমা পোকচবী মমা অমা ওইরম্মী হায়বগীদমক চাউথোকচরিবনি। অহীংসে লোইশিল্লক্লগনি ইচাসু ঙৈহাক পোত্থজরো, ইমাসু পোত্থারগে।"

ৱাখলগী ইপাক্তা হৌরকপা অকনবা ঈরে অমনা নহাদুগী ৱাখলদু মনিং হন্দুনা লোইথ্রবা মতম অদুদা চীংশিন্দুনা পুশিনবীখি।

অশুক্পা উমং অমগী মনুং হঞ্জিন্না চংশিনবা য়াম্না তমথীবা মফম অমনি। মায়কৈ কয়াদগী খনগৎতুনা পুরকলিবা নহা কয়া অদুগী মরক্তা চীংখৈসু য়াওরকই। নুমীৎ অদুদগী নহাদুগা চীংখৈগা খংন-চান্নরক্লুনা মরূপ ওইরকই। তৌবুদি লাকলিবা নহা খুদিংমক মরূপ ঙাক্তনি অদুবু অহেনবা মরূপ হায়বদুদি মখোয়নিগী ওইরকখি। য়াৱোন লাম্মী অমগী মপূং ফাবা ট্রেনিং অদো মখোয় অনীসু পূন্না ফংমিন্নখি। নোংমা নোংমগী অকন অকনবা শাজেল কয়া কয়া মশা ইকননবা লৌবা লেপত্রি। মীংনুংশি অমদি অখাং কনবগী পারা কয়া তম্বীনবগীদমক মরক মরক্তা চীংজাও কয়া কাহন্দুনা, তুরেল কয়া লালহন্দুনা, লম্বী থোং শেম শাহন্দুনা, অমদি অৱা অনা তারবা মীওই কয়াবু তেংবাংহন্দুনা, শেবা তৌহন্দুনা চাংয়েংশি লৌরি।

তাইবংগী নুংঙাইবা পুম্নমক মীরাইরমদুনা মমা লৈবাকপু নুংশিজবগীদমক অরা-চৈথেং মশিং খঙদনা মায়োকনরুনবা অখাং কনবা থৌনা উৎতুনা পান্দম অমবু ফংনবা তান্নরিবা মখোয়দুগী মরক্তা য়াওশিন্দুনা ঙসিদি চীংখৈসু ইমাগী মচা ওইররে। মপুং ফাবা রাখল পূক্লীং থম্মোয় পান্নবা পান্দমগী মখাদা ঙসিদি ইমাগী মচাশিংবু হীংলিবা অমদি খন্নরিবা মী-মীগী রাখল্লোনবু খঙদোক্লবা খুল, খুঙ্গং কযাদা খুন্দারিবা মীওইশিংগা শকখঙ মাইখংনহল্লী। মখোয় মখোয়গী অৱাবা, নুংঙাইতবা অমদি পেন্দবা রাকৎ কয়াবু নৈনহন্দুনা ফল পুথোকহননবা হোৎনহল্লী। খুৎতা খুৎলায় পায়বা অশেংবা নিংতম ইমাগী মচাশিংনা থৌনা লৈনা লানথেংনজবা ঙমজরিবসে মীয়ামগী মতেংর্ননি হায়বসে নিংশিংহল্লী। ঐখোয়গী পান্দম অসিবু ফংবা ঙমননবা মীয়ামগী অচৌবা মতেং চংঙি হায়বসে মতম পুম্নমক্তা কাউদনা মীয়ামগী ইহুল মশক খঙনা থবক পাঙখোক্লুনা মতম পূম্নমক্তা মীয়ামগা অফবা মরী থমগদবনি হায়নসু পাউমেল্লী। মরক মরক্তা অনকপা খুলশিংগা অফবা মরী থম্নবা ইমাগী মচাশিংনা অনা- অয়েক নংলবশিংদা মতম মতমগী ওইবা হীদাক লাংথকশিং য়েনখোকপা চৎলি। লম্বী থোং নীংথিনা শেম্বী শাবীদবনা অচৌবা লম্বেলগা শম্ববা ঙমদ্রবা খুল অমদা অচৌবা অনা-অয়েক অমা থোকলে হায়বা পাউ তাবদগী অশেংবা ইমাগী মচাশিং হীদাক লাংথক্কী ওইবা মতেং পীবা চৎলুবদা য়েক্লবা খরানা মমীৎ পুনশিন্দুনা ফাদুনা পুরকপা নহা খরবু অরানবা মবাল শিজিন্দুনা হাৎনবা হোৎনবম্বদগী, থৌনা ফন্না মাংজিল থাদুনা চীংখৈনা চেনশিন্দুনা নোংমৈ কাপনরগা হাৎনরবা মতুংদা নহাশিং অদুগী মথরায় কলহৌই। মনিং হন্দুনা মরীন পান্দবা য়েক্লবা খরদি চেনখ্রে।

মরায়বক থীহননবা হোৎনকবা নহাশিং অদুনা মখোয় মমল য়াল্লবা থরায়বু কনবীদুনা অনৌবা পুন্সি অমা পীবীবগীদমক ইমাগী মচাশিংবু থম্মোয়গী থন্নুং য়ৌনা তৌবীমল খংবা উৎখি। নুমীৎতুদা নহাদুনা উখি চীংখৈগী তশেংবা থম্মোয়গী মশক। অসুম্না নহাশিংদুনা অশেংবদো করিনো হায়বা উৎনবা পাউমীশিংগী মমাংদা, মমায়দা মায়খুম উপতুনা আইন পায়রিবশিংনা আইনবু অরানবা মওংদা মনিং তম্না শিজীন্নরিবা অমদি পুন্সি কয়াবু মাঙহন্ননবা লীলাশিংদো মায়খুম হাংদোক্লুনা অশেংবা মখোয়গী শক্তম মীয়ামদা উহনগনি হায়না রাশকলম্মী।

অচংবা অমদি য়োংকী থৌনা লীংজেল, পাঙ্গল অমদি রাখল মপুং ফানা চেল্লবা অশেংবা ইমাগী মচাশিং, ঙসিদি ফংফম থোকপা ট্রেনিং ফংবা লোইরদুনা, ইমাগী শেবাগীদমক থৌরম থৌদা পায়ননবা অচেৎপা রাশক লৌবা নুমীৎনি।

অচৌবা মৈজাউ থারীবা মৈদুগী মথক্তা অশেংবা ময়া পানবা মৈতৈগী থাংশাং অদুগী ময়া পায়মীন্নদুনা ৱাশকম্মিন্নে।

অচৌবা মীসন অমনি। লম্বী অদুদা অমীগী খুৎশু-খুলাই খরা পুদুনা চৎকনি হায়বা অচেৎপা পাউ অমা ফংবদগী, চীংদুগী থেকোই-নাকোই তৌবা লম্বীদুদা এম্বুস তৌনবা শেম শাই। চীংখৈনা লুচীংবা ইমাগী মচাশিংনা মায়কৈ অনীদা চপতুনা গাড়ীশিং লাকপা ঙাইরি। ঙৈহাক্কী মতুংদা পান্নরম্বা গাড়ী মশিংদগী হেন্না গাড়ীশিং লাকপা উরকই। লাম্মী মশিংসু হেল্লকই। লাকলিবা লাম্মীশিং অদু হান্নদগী ঙাইদুনা লৈরম্লীবা ইমাগী মচাশিংনা মায়োকনবদা ৱানা থোক্কদৌরি মরমদি লাম্মীতা নত্তনা খুৎশু খুৎলায়সু মখোয়না হেল্লমলে। থাংজিনখ্রবা খোঙফম হন্দোকপা য়াদবনা শিংনদুনা লানদাশনবা তাই। তৌগনি হায়দুনা লাকলিবা মখৌদু পাঙথোকপা তারকই। চীংখৈগী য়াথং অমদা ইমাগী মচাশিং অদো অথাক-অরাওগা লোয়ননা গাডীশিং অদুদা লান্দাবা হৌই। পৃংখায় অমা হেন্না কাপনরবা মতৃংদা মায়কৈ অনীমক্কী লাম্মী ফনা য়াম্না শীনখ্রে। লুরক্লিবদি লাম্মীগীদি খুৎলায মরু বাৎতবানিনা পাঙ্গল হেনগৎলকই অদুগা ইমাগী মচাশিংগীদি মরু লৈরক্তবনা থৌনা হম্বুরকই। লোয়না শির্মিন্নবা তারে হায়দুনা চীংখৈ খোঙলোই ওইমিন্নরকপা ইমাগী মচাশিং মফমদুদগী চেনখিনবা য়াথং পীরকই। অরেম্বা মরুশিং পায়হৌদুনা লেপতনা চংশিল্লকলিবা লাম্মীশিং অদুগা কাপনদুনা মখোয়গী লম্বী শাংহনখি। অসুম্না কাইনথংদা মথৌনা লৈনা, ইচং থৌনা ইমাগী অশেংবা মচা ওইজবা ফংখ্রবা চীংখৈ মরূপলোইশিংগী থৱায় কনবদা মথৱায় কৎখি।

নোংঙাল্লমদাইগী মত্তমনা যৌরক্লবদা নহাদু পোথারম্বদগী হৌগৎলক্কুনা ফোটোদুগী মমাঙদা চংদুনা চীংখৈবু ইকায় খুম্নে "নুংশিরবা ঐগী মরূপ, অশেংবা ইমাগী মচা, নহাকপু ঐহাকনা ঙসিসু কাউবা ঙমদনা নিংশিংলি। নহাককুম্বা ইমাগী অশেংবা মচা অমা ফংজখি হায়বগীদমক ঐ চাউথোকচৈ। নহাক্কী থৱায়না লাইরমলেন্দা ইংনা চীকনা হীংবা ফংজৌ মরূপ"। ইবেথোই হৌগৎলক্কুনা নহাদুগী মনাক্তা চংশিল্লকই,

"নঙবু চৎলদরা?" (নহাদু চংশিল্লক্কুনা ইবেথোইগী খোঙ শোকনা খুরুম্লগা)

"ইমা নচা অমুক চৎচরুবা তারে, নচাবু য়াথং পীনবীবো!"

"চৎচরো, চৎচরো, অশোই অঙম, তেক্তা-কাদনা, নহাক নঙগী পম্বুংফমদু য়ৌনবা চৎচবা ঙমজরো, ইমানা পুন্সি নুংশাংবা পীরবনি।"

নহাদু থোঙ হাংদোক্কুনা কানথোরক্লগা, অমুক্তংগা হন্না অথৌবা পোকপী ইমাদুগী মায়থোঙ অদো নোংথাংগুম য়েংলম্লগা মুৎশি-মুৎশিরবা মরক অদুদা খোঙলৈ য়াংনা খোঙশানখি।

# কিবু কিরবা খঙজরো শীজরে

লৈচিল থাংবা নুমীদাংৱাইরমগী অমম্-অঙান্ শিন্নরকপা তাঙ্খানি। চীং লম্বীগী কোননা কোননা লৈখৎলকপা লম্বী অদুগী নাক য়েৎতা কায়রবা মশেক নাইরবা লীরবা নুংজাওশিং পরেং পরেং লেংদুনা লৈরী। নাকন অমদনা শেংজিনবীদবা ফিবালদুগী মথংদা মশক উবা ঙমদ্রা চীংচেপতো ঙমথখি অঙৌবা লৈচিল মরক্তা। খরা লাপতকনা লংনা মৈঙাল থাল্লবা জীপ অমা কন্না খৌরকই। চীংদা থেকনা লৈরীবা মপাদু য়ৌরমদাইদা গাড়ী খরা তপথদুনা থৌনবা হোৎনরি। নুঙপাথক্তা অঙাংবা মচুনা ময়েক চাউনা থারীবদো গাড়ীগী মৈঙালদুদা উরকই "কিবা য়াদে, কিবু কিরবা খঙজরো শীজরে"। তোংলক্লিবা মখোয়শিংদু মদু উবদা নিন্নারকই তু চুংবখৈ কিনরকই। গাড়ীদি থৌবা লেপতে, ফনা শাংঙি কোল্লীবা লম্বীদু অসুকপা মফম খরাসু চংশিনবা য়াওরি। অসুকপা মপাদু য়ৌরকপদা লৈশাবীগী খোনজেলদা মখোয়বু কৌরকই, নুংশিনা নোক্না নোক্নদুনা। তোংলিবশিংদু খোনজেলদু তাবদা খঙঙী খোনজেলদো মথক্তগীনি হায়বা। মথকলোমদা য়েংখৎলুবদা শেগাইরবা

হকচাং উবা মফি শেংপী লৈশাবী মশক-মতৌ ফজবী মশিং খংদনা হরাও মীনোক নোক্কুনা অমমম্তা মথক্তগী পাইথরকই। শক্তমদু উবতদা তোংলিবা মীশিংদু অকীবনা থকৎলকই। খোই মহুম শাবদৌনা লৈশাবিসিংদু ওমশীল্লকই। কিরিবশিং অদুবু য়েংলগা খিগৎ-খিগৎতনা নোকশিল্লকই। মতৌদু উবদা গাড়ী তোংলক্লিবশিংদুগা গাড়ীদুগা লোয়ননা পূন্না লোকতা ওন্থমীন্নখি।

নাপু মচু হায়গৎলক্লবা মীৎ নহাদো মদুদা পাউ-চেগী ময়েক খরা মমী তারি। মীৎকী পাদু অমুক-অনীরক ফরা-ফরা কুপখি। মায়থোঙ অদু ফজনা অহল ওইরবা নুপা অমগী ওইথোরকই। মহাক্কী মশম অদুসু ইঙৌ ঙৌরে। ময়াসু অমত্তা য়াওদ্রবনা খদাং অমদি খজাইদু ইখুয় খুয়ঙৈ কুৎশিনলে। করিগুম্বা অকিবা মতৌ অমনা মাগী মায়থোঙদু ইপা পাখৎহল্লী, হুমাং মরীক-মরীক খরাসু থোক্লী, মশম-মনা ইফন ফল্লী। টেবল মথক্তা লৈরীবা চাদু পায়খৎতুনা অমুরক অনীরক মচীন্না গ্রা-গ্রা চীংঙি। মখুৎকী পাউ- চেদু টেবল মথক্তা থাদে। পাউ- চেদুদা ইরি, "কিবু কিরবা, খঙজরো শীজরে" হায়না থাবা নুঙপাক পরেং মরক্তা লৈবা নুঙপাক অমা থেংনবে। হায়নবগী মতুংইন্না মফমদুদা চৎখিবা নুপা মরীগী মরী মখোঙ খঙদনা লৈরী। মখোয়না তোংখিবা জিপ অদুসু মফম খংদরী। মাঙখিবগী রীপোৎ লৈরবা মখোয় মরীগী লংলা লংজিন থা অনী চল্লফওবা খঙবা ঙমদনা লৈরী। থাজবা য়াবা পাউ অমগী মতুং ইন্না মাঙখ্রবা মখোয় মরীদুগা, থারম্লীবা ব্রাহৈশিংদুগগী মরক্তা শোয়দনা মরী অমদি লৈনরী হায়বসিনি। লংলা লংজিন খরদি ব্রাহৈদুদা লোৎতুনা য়াওরি হায়বা পাউশিনি। অদুনা মসিগী মতাংদা খংবীবা নত্রগা মসিগী মরমদা হায়বা ঙম্বা মীওইশিং য়াওবীরবদি, পাউ পীবীয়ু মতেং পাংবীয়ু হায়দুনা ফাউনা লম্বী অমসু পীরী। পাউদুনা অহল ওইরবা নুপাদুবু মমাংগী হৌখ্রবা থৌদোক অমদা লৈদুনা মনীং হন্না চীংলি, পাউ- চেদা ইরিবা ময়েক্কী ঈরৈ মরক্তা মাগী ব্রাখলসু খংচোং চোংশিনখি।

খুৎতা পায়রম্বা য়ু গীলাস অদু খঙনান নাম্থোক্কুনা লৈমায়দা তাখিবনা, য়াওরম্বা যুদুগা ইরোইননা কায়ববা গীলাস মচেৎশিং অদো খঙপাই পাইখৎলকতুনা অমুক লৈমাইদা লোংনা উপনা মচেৎ-মচেৎশিংদু তারি। মাগী নাকোংদা তারকই মপান্দগী লাকপা পাউদু অচৌবা নুংজাও অমগী মথক্তগী মখুৎ অনী থাঙ্গৎতুনা খোইরম্লল্লগা টিস্টা তুরেলদা মথন্তা চোংথদুনা নেপালী বহাদুর থাপা শীজখ্রে। মহাকপু সিফাইশিংনা ইন পায়দুনা খোন্দুনা থীবদা থীবা ফংদ্রে। মথং মথং পাউ

লৌনবদগী খঙলকই, অয়ুক্কী নুমীৎনা য়ৌরকপা মতম চাউরাকনা পূং ৯.১৫ গুমবগী অদুৱাইদা ক্বাটরগী নুপীশিংনা সিফাই খরা নুংদুম অচৌ অচৌবশিংগী মরক্তা কোইচেন চেনবা উই, মখোয়না খল্লী, ঙাওশিন্নরিবা হায়দুনি হায়না, অদুগা অমদি মহাদেবগী লাইশঙদা চঙখিদুনা মহাদেবগী খুভমদা লৈ কৎতুনা, মৈরাগা লোইননা ধূপ কৎলম্লগা, উচেক্কি মতৌগুম মখুৎ অনীদুনা মশা শাদুনা খপতুনা পাইরগা অমুক কোইচেন চেল্লম্মী। অদুগা মমৈদা নুংজাউ অচৌবা অসিগী মথক্তা তোংদুনা মখুৎ অনি থাংগৎতুনা লাই খুরুমবগুম্ খুরুমলম্লগা তুরেলদুদা ড্রাইব তৌদুনা চোংথখিবনি।

নেপালী বহাদুর থাপা মহাক্কী খ্বাইদগী চান্নবা মরূপনি। মহাক নেপালদগীনি। থৌদোকশিংগী মমাংদা মহাক মথা য়াম্না শারম্মী। মচন নুপী লুহোংনবগী পৈশাগী, মচা নাবগী লায়েংশেলগী, মীঙোন্দগী পুশীল্লুবা শেল থৌরকপগী ইমুংগী প্রেসর য়াম্না লৈখিবনি। অদুনা মহাক ৱাখল য়াম্না নুংঙাইতে, থাপানা অসুম্না খঙহৌদনা লৈখিদবসে। মহাকনা শিখ্রবা মতুং মহাক্কী থৱায়দুনা মরক মরক্তা বারেক্তা লাক্লগা সিফাইশিং হেক-হেক হৌদোকই হায়বগী পাউসু মহাক তাখি। ড্যুটি তাগদৌবা সিফাইশিংগী মমায়দা খুপাকনা হেক হেক থাদুনা হায়রম্মী, "হৌগৎলো ড্যুটি মতম ওইরে" হায়না। মহাক নিংশিংলি থাপানা হীংলিঙৈ মতমদা অসুম্না য়াহৌ থেংবা সিফাইশিং হেক-হেক মমায়দ খুপাক্লা থাদুনা হৌদোকখিবা অদো। ঙসিসু তারি মহাক্কী বুটকী মখোল তাক-তাক-তাক ...

মহাক নিংশিংলি ঙসিসু, মহাকনা তারকখিবা খুঞ্জা অহলদুগী ৱাদো, টিস্টা পরীংগী চুমথাং থোঙগী মফম অসিৱাইসে চহী চহীগী ওইনা মী অহুম-মরীদি অদুম লৌবনি। মদুসু মীদুনা মশানা য়ানা য়ানা লাই নীংলম্লগা মশানা পামজনা টিস্টা তুরেল ইরোন্নুংদা চোংথদুনা শীজবা ঙাক্তনি। শীরিবা মীদুগী হকচাংদি লাইরদনা ফি মচেৎ অমফাও শেৎখিবদুগী ঙসিফাওবা ফংবা লৈত্রি। গাড়ী ওইরবসু য়োৎফাত্ত ফংদে, সুপ্নগী টয়ারদি তাউখৎলকই। অদুবু ময়াম্না থাজনবা অমদি লৈ মদুদি ভুটিয়াশিংসে লাই শান্নবা য়াম্না হৈ, মদুনা মখোয়না মীশিংগী থৱায় মীরেল কৌথোক্লগা শান্নদুনা শীহনবনিকা হায়নৈ, মরমদি মখোয়না থাজৈ মখোয়না অসুম্না তৌরগা মখোয়গী পাঙ্গল কনবা হেনগৎলি, মোই নুংঙাই ইনাকখুল্লী, ৱাখল লৌশিং থোইগৎ হেনগৎলি হায়বসে অদুবু মসিদি চপ চাবা প্রমান পীবা ঙমদবা

মীয়ামগী চীলহায়নি। অদুবু ঙকলিবদি থব্রায় ময়াম অসিবু লৌরিবা মী অমদি অদুম লৈরি হায়না ঙাংনরিবসিনি। মখোয়তা নখোয়তা নত্তনা ঐসু অদুম কি।

খুঞ্জা অহলদুগী ব্রাদু ঙসিসু কাউদনা নুপাদু নিংশিংলি। মমায়দা কারম্বা হুমাং মরীকশিংদু তৈথোক তৈথোকনা থৌদোক অমমুক নিংশিংলকই। মতমদো মহাক মশা নহা ওইরী। চুং-ফিবাল চুন্নরবা মশা মউ খীং-খীং লাউরবা হকচাংদা অসাম রাইফলগী ফিজোল শেৎপদুদি নিংথিনা শুমহৎপা ফাওহল্লী। মথৌনা মরীংজেল য়াওনা হৌরকপনিনা মশাদা অশাবা ঈ চেল্লীবা শিংলি নাউরী পুম্বা মপাংগল কল্লী। কীগনদে, য়েক্লববু লাকথুনবৈ থৌনা মঙোন্দা চেল্লী, ইলাই লাইনা মশাবু য়েক্লবদা মায়থীহনদে। অব্রাংথংবা সিককিমদা ভারতকী ঙমখৈবু ঙাক শেল্লীবা লান্মীশিংগী মতেং পাঙলুনবা চৎকদৌবা ট্রুপ অমগী কম্যান্ডেন্ট ওইনা লুচিং থৌদা য়াদুনা চৎকদৌরী মহাক।

নিংথীনা চেকশিন থৌরাং লৌদুনা লান্মী তেঙ্গোল য়াওবা গাড়ী মঙা মহাকনা লীচিংদুনা পুররকই। অঙৌবা অপাবা লৈচিল থাবা নুমীৎদাং ব্রাইরমগী মতমনি, মখোয়না পাগোঙদগী কিলোমীটর অনীমুক চৎথরগা লৈবা টিস্টা পরীংগী চুমথাং থোঙগী চুথেক য়ৌরকখিবদু। চীং লম্বী ওইবনা লম্বীসু থেকনা লৈনা চংলি, উ-ব্রানা ইশুক শুকই। মদুনা মরম ওইদুনা গাড়ীসু খোঙজেল তপথনা থৌরী। মমাংলোমদগী অকনবা নোংলৈ অমনা হুস ... হুস ... লাউনা কননা শীৎকল্লকলি। অকংবা উনা-উশা মপৈ মপৈ লেপ্পা লৈতনা মখোয় তম্না পাইশিল্লকই। মরক মরক্তা নাকনগী নুঙপাকশিংদা গাড়ীনা থেংদুনা চৎপসু য়াওই। গাড়ীগী মৈঙাল লংনা অমদি হোরোন লাউনা লাউনা খোঙদুনা গাড়ীশিং থৌবা লেপতে। মায়কৈ খঙদনা নুঙ মচেৎশিং পাইশিল্লক্তুনা গাড়ীগী মীংসেলশিং অমদি দমবুরশিং থুগাইরকই, শেগাইরকই। লান্মীশিং লাংনরকই অঙকপা মতৌদা খোঞ্জেল নুংশিরবা লৈশাবীশিং নোকপগী মখোল নিল্লকই মথক্তা য়েংখৎলুবদা মৈঙালগুমল্লবা মশাগী মফি মচেৎ-মচেৎ শেগাইরবা লৈশাবীশিং খোইগুম পাইথরকই৷ লাউ খোঙবা লান্মীশিং মঙক মেৎ-মেৎতুনা হাৎপা হৌরকই। মংগুম্না থাজবা ঙমদ্রবা মতৌদুদা গাড়ীশিং অদু লোকখাদা খরা, চীংচেপতা খরা ওনথখি, য়ৈশিনখি। গাড়ী মরীদি থীবা খংদনা মাংলমখি মখোয়না ব্রাখল তারকপদা। অশীবশিংদুগী মরক্তা মখোয় অহুমতনি হীংখিবা। মশা পূম্বা ঈ মরক্তা ওনথোইবগী মচু চুরী মকোক অমদি মখুৎ শৈগন য়েশিনবগী তৎলম্মী।

হায়বদা খঙদবা চৈনা অমনা ওৎলরি মখোয় অহুমবু মীকপ তারকপদা উরকই মীক্রংগুম মমাঙদা মৈঙালগুম্লবা নুপীমচাশিং অদুনা চৈনা খাঙনা কপ্পা লাউবশিংগী মতৌ। মখোয়গী খোঞ্জেলদুনা তাকই তমথীনা চৈনা ফংলবা মৈচাক অমগী অৱা-অৱারী। মখোয় মশেল কোনশিন্নদুনা কপমিন্নে। মচেৎ-মচেৎ শেগাইরবা ফিশিংদুগী মরক্তা উরিবা হকচাংশিংদুদা তমথীনা খোংখিবগী মমীশিং তাবা উনা উনা উহল্লকই কলেজ ইষ্টদি টুরগী বস অমা চেল্লকপা, বসতুদা কলেজ মহৈরোই কয়া হরাও-তয়াম্না তোংলি। খরনা ঈশৈ শক্লী খরনা খুবাক খুরী। খংহৌদনা শেল লাকপা, শেল মুনবা, পোং-চৈ হুরানবা খুৎলাই পায়বা মীওই খরনা উজাউ কয়া ঈনথুদুনা বসতুবু খাস্মী। মখোয়বু কিহল্লী নোংমৈ কাপতুনা। অকিবনা ফ্রা-ফ্রা হায়রবা নুপীমচাশিং অদুগী মতৌ য়েংবা নুংঙাইদুনা খরানা লাউরকই "কিবু কিরবা খঙজরো শীজরে" হায়দুদা বস ড্রাইভর, কলেজ ওজা নুপাশিং পুম্বনা অদুগুম্বদু তৌবীদনবা হায়জে অদুবু মদুদা শাউদুনা ডাকুশিং অদুনা মখোয়বু লোক্তা হীংনা হীংনা হুনথখি।

পুন্সি মতম লোইদনা মরক্তা হীংথৎ থৎপীগ্রবা থবায়শিং অদো লাও-খোঙদুনা লোকলোমদা তাখি। অকিবনা থল্লবা খোঞ্জেলশিং অদো তপনা-তপনা খোঙ্খাং পীকথরকই, মমৈদা মাঙখিদুনা ইচিক চিকই। মদুদগী ডাকুশিং অদুনা নুপীমচাশিং অদু অমমম্তা ওইনা গাড়ীদগী চীংথরকই। মখুৎ তুংলোমদা পুন্দুনা পরেং লেংহল্লী। কপ্পা-লাওবা খোনজেল মরক্তুদা খরনা মশা-মশাদা লোইনরকপা পোৎলমশিং, শিরকপা লৈতেংশিং লোয়না লৌথোক্তুনা তাশিন খোমজিল্লী। অদুগা বস অদুসু লোক্তা ইম্থখি। করাম চাউবা খরদি মদুনা পেল্লক্তুদুনা নুপীমচাশিং অদু ফাবা চীংবা শান্নরকই। ফাবা চীংবা মরক অদুদা মশাদা শেংলীবা ফিরোলশিং মতৎ-মতৎ শেগাইরকই। হকচাং মচেৎ-মচেৎ উরবা মফমশিংদুদা খুজিন্না খোংখিবগী ঈ পকলবা মমিশিং উরকই। ঈ খেংগৎলবা শামীশিং অদুনা নুংশি হৈতনা শাদৌনা নৌরবীশিং অদু তমথীনা নৈহৎপীরী। মশাগী পাঙ্গল মাংলবীশিং অদো অমনা অমবু কোনশিন্নদুনা কপমিন্নে। শা-ওল্লবা মীওইশিং অদো মদুদসু পেনবা ঙমদ্রি। ফৌয়ে চৈরোং মাল্লবা মখুৎশিং অদুনা নৌরবী মোল্লবী মখোইগী মঙকশমশিং নমদুনা লাকখরি। মখোঙ মখুৎ ফদ্রং-ফদ্রং কন্দুনা মতম খরা লৈরম্বা হকচাংশিং অদো, মীকুপ খরগী মতুংদদি অশীবা হকচাং হায়দো ওইহনবীখি। মথবায় পেল্লা নোক্লবা ডাকুসিং অদো য়েংনৈ। অমনা লোক্তা হুম্থ্রসি হায়না ইঙ্গীৎ পীরকই।

মীয়ামগী চীলহায়নি। অদুবু ঙকলিবদি থব্রায় ময়াম অসিবু লৌরিবা মী অমদি অদুম লৈরি হায়না ঙাংনরিবসিনি। মখোয়তা নখোয়তা নত্তনা ঐসু অদুম কি।

খুঞ্জা অহলদুগী ব্রাদু ঙসিসু কাউদনা নুপাদু নিংশিংলি। মমায়দা কারম্বা হুমাং মরীকশিংদু তৈথোক তৈথোকনা থৌদোক অমমুক নিংশিংলকই। মতমদো মহাক মশা নহা ওইরী। চুং-ফিবাল চুন্নরবা মশা মউ খীং-খীং লাউরবা হকচাংদা অসাম বাইফলগী ফিজোল শেৎপদুদি নিংথিনা শুমহৎপা ফাওহল্লী। মথৌনা মরীংজেল য়াওনা হৌরকপনিনা মশাদা অশাবা ঈ চেল্লীবা শিংলি নাউরী পুম্বা মপাংগল কল্লী। কীগনদে, য়েক্লববু লাকথুনবৈ থৌনা মঙোন্দা চেল্লী, ইলাই লাইনা মশাবু য়েক্লবদা মায়থীহনদে। অব্রাংথংবা সিককিমদা ভারতকী ঙমখৈবু ঙাক শেল্লীবা লান্মীশিংগী মতেং পাঙলুনবা চৎকদৌবা ট্রুপ অমগী কম্মান্দেন্ট ওইনা লুচিং থৌদা য়াদুনা চৎকদৌরী মহাক।

নিংথীনা চেকশিন থৌবাং লৌদুনা লান্মী তেঙ্গোল য়াওবা গাড়ী মঙা মহাকনা লীচিংদুনা পুররকই। অঙৌবা অপাবা লৈচিল থাবা নুমীৎদাং ব্রাইরমগী মতমনি, মখোয়না পাগোঙদগী কিলোমীটর অনীমুক চৎথবগা লৈবা টিস্টা পবীংগী চুমথাং থোঙগী চুথেক য়ৌরকখিবদু। চীং লম্বী ওইবনা লম্বীসু থেকনা লৈনা চৎলি, উ-ব্রানা ইশুক শুকই। মদুনা মরম ওইদুনা গাড়ীসু খোঙজেল তপথনা থৌরী। মমাংলোমদগী অকনবা নোংলৈ অমনা হুস ... হুস ... লাউনা কননা শীৎকল্লর্কলি। অকংবা উনা-উশা মপৈ মপৈ লেপ্পা লৈতনা মখোয় তম্না পাইশিল্লকই। মরক মরক্তা নাকনগী নুঙপাকশিংদা গাড়ীনা থেংদুনা চৎপসু য়াওই। গাড়ীগী মৈঙাল লংনা অমদি হোরোন লাউনা লাউনা খোঙদুনা গাড়ীশিং থৌবা লেপতে। মায়কৈ খণ্ডদনা নুঙ মচেৎশিং পাইশিল্লকুনা গাড়ীগী মীংসেলশিং অমদি দমবুবশিং থুগাইবকই, শেগাইরকই। লান্মীশিং লাংনবকই অঙকপা মতৌদা খোঞ্জেল নুংশিরবা লৈশাবীশিং নোকপগী মখোল নিল্লকই মথক্তা য়েংখৎলুবদা মৈঙালগুমল্লবা মশাগী মফি মচেৎ-মচেৎ শেগাইরবা লৈশাবীশিং খোইগুম পাইথরকই। লাউ খোঙবা লান্মীশিং মঙক মেৎ-মেৎতুনা হাৎপা হৌরকই। মংগুম্না থাজবা ঙমদ্রবা মতৌদুদা গাড়ীশিং অদু লোকখাদা খরা, চীংচেপতা খরা ওনথখি, য়ৈশিনখি। গাড়ী মরীদি থীবা খংদনা মাংলমখি মখোয়না ব্রাখল তারকপদা। অশীবশিংদুগী মরক্তা মখোয় অহুমতনি হীংখিবা। মশা পূম্বা ঈ মরক্তো ওনথোইবগী মচু চুবী মকোক অমদি মখুৎ শৈগন য়েশিনবগী তৎলম্মী।

হায়কপ খণ্ডদবা চৈনা অমনা ওৎলরি মখোয় অহুমবু মীকপ তারকপদা উরকই মীত্রাংগুম মমাঙদা মৈঙালগুল্লবা নুপীমচাশিং অদুনা চৈনা খাঙনা কপ্পা লাউবশিংগী মতৌ। মখোয়গী খোঞ্জেলদুনা তাকই তমথীনা চৈনা ফংলবা মৈচাক অমগী অবা-থারী। মখোয় মশেল কোনশিন্নদুনা কপমিন্নে। মচেৎ-মচেৎ শেগাইরবা ফিশিংদুগী মরক্তা উরিবা হকচাংশিংদুদা তমথীনা খোংখিবগী মমীশিং তাবা উনা উনা উহল্লকই কলেজ ইষ্টদি টুরগী বস অমা চেল্লকপা, বসতুদা কলেজ মহৈরোই কয়া হরাও-তয়াম্না তোংলি। খরনা ঈশৈ শক্লী খরনা খুবাক খুরী। খংহৌদনা শেল লাকপা, শেল মুনবা, পোৎ-চৈ হুরানবা খুৎলাই পায়বা মীওই খরনা উজাউ কয়া ইনথুদুনা বসতুবু খাল্মী। মখোয়বু কিহল্লী নোংমৈ কাপতুনা। অকিবনা ফ্রা-ফ্রা হায়রবা নুপীমচাশিং অদুগী মতৌ য়েংবা নুংঙাইদুনা খরানা লাউরকই "কিবু কিরবা খণ্ডজরো শীজরে" থাহৈদুদা বস ড্রাইভর, কলেজ ওজা নুপাশিং পুম্বনা অদুগুম্বদু তৌবীদনবা হায়জে অদুবু মদুদা শাউদুনা ডাকুশিং অদুনা মখোয়বু লোক্তা হীংনা হীংনা হুনথখি।

পুন্সি মতম লোইদনা মরক্তা হীংথৎ থৎপীখ্রবা থবায়শিং অদো লাও-খোঙদুনা লোকলোমদা তাখি। অকিবনা থল্লবা খোঞ্জেলশিং অদো তপনা-তপনা খোম্থাং পীকথরকই, মমৈদা মাঙখিদুনা ইচিক চিকই। মদুদগী ডাকুশিং অদুনা নুপীমচাশিং অদু অমমমক্তা ওইনা গাড়ীদগী চীংথরকই। মখুৎ তুংলোমদা পুন্দুনা পরেং লেংহল্লী। কপ্পা-লাওবা খোনজেল মরক্তুদা খরনা মশা-মশাদা লোইনরকপা পোৎলমশিং, শিরকপা কৈতেংশিং লোয়না লৌথোক্তুনা তাশিন খোমজিল্লী। অদুগা বস অদুসু লোক্তা ইম্বুখি। করাম চাউবা খরদি মদুনা পেল্লক্তদুনা নুপীমচাশিং অদু ফাবা চীংবা শান্নরকই। ফাবা চীংবা মরক অদুদা মশাদা শেৎলীবা ফিরোলশিং মতৎ-মতৎ শেগাইরকই। হকচাং মচেৎ-মচেৎ উরবা মফমশিংদুদা খুজিন্না খোংখিবগী ঈ পকলবা মল্লিশিং উরকই। ঈ খেংগৎলবা শামীশিং অদুনা নুংশি হৈতনা শাদৌনা নৌরবীশিং অদু তমথীনা নৈহৎপীরী। মশাগী পাঙ্গল মাংলবীশিং অদো অমনা অমবু কোনশিন্নদুনা কপমিন্নে। শা-ওল্লবা মীওইশিং অদো মদুদসু পেনবা ঙমদ্রি। ফৌয়ে চৈরোং মাল্লবা মখুৎশিং অদুনা নৌরবী মোল্লবী মখোইগী মঙকশমশিং নমদুনা লাকখ্রি। মখোঙ মখুৎ ফদ্রং-ফদ্রং কন্দুনা মতম খরা লৈরম্বা হকচাংশিং অদো, মীকুপ খরগী মতুংদদি অশীবা হকচাং হায়দো ওইহনবীখি। মথবায় পেন্না নোক্রবা ডাকুসিং অদো য়েংনৈ। অমনা লোক্তা হুম্বখ্রসি হায়না ইঙ্গীৎ পীরকই।

মখোণ্ড মখুৎ পায়দুনা অমমম্‌তা লোক্তা হুছুখি। উবদা তেরা পাইবীনা পাইবগুমলকই। অসুম্না ডাকুশিংদু মাঙখি।

ঙৈহাক্কী মতুংদা অকনবা নোংলৈ অমগী ইরৈ অমনা লৈখাইঙৈ শীৎলকই। মতৌদু উবদা হৌব্রবা মহাকনা তাব্রবা থৌদোক অমবু মহাক্কী ব্রাখলদুনা লামলুরি। সিক্কীমদগী পোট মথণ্ড মথণ্ড লাক্লগা ৯০০০ ফিট সি লেভেলদৈ ব্রাংবা পেগোণ্ডদগীসু অমুক কাখৎলগা ১৬,০০০ ফিট সি লেভেলদৈ ব্রাংখৎলবা নুঙথাঙ কেয়েরিংসিদা চান্না-চান্নবা অইং-অশা য়েংলগা চয়োল চয়োলগী ওইনা ঙাইরা ঙাইরগা ড্রাটি তারুবা সিফাইশিং ময়ূমদা হল্লকপদা, ময়ূমগী মীশিংগা ময়ূম য়ৌদুনা উন্নবা ফংলনি হায়বগী নুংঙাইবা ফাওনখি। অদুবু খণ্ডহৌদনা চীংমাইদুমা কিন্থরক্তুনা গাড়ী অদু পূম্নন ননশিনখি। মতাই থংবা নুপা অমনা হায়ফেৎ উহৌবদগী চোংথোকহৌদুনা হীংহৌখি। মহাকনা ড্রাইভরদুগা লোয়ননা মীওই অনী ফাওবদী কনবা ঙমখ্রবসু, গাড়ীদুদা পুরকপা থাউশিং অদু মৈ হৌরক্তুনা অৰ্তৌশংদো ননশিল্লবা মশাশিং অদু হীংনা চাক্তুনা কোয়লাগুম কারবগী মতৌগুমখি।

মীচিক মীরাওখোললক্তা অহৌবা খোনজেল অমা লাউরকপদুদা ব্রাখল খণ্ডতা তাই, কোইলৈ লৈদুনা য়েংঙি। তেক্লবা উশা চবূন অমা মমাংদ জপ লাওনা তাদুনা চোংশিল্লকই, উশাদুবু মখুৎনা ঙাক্তুনা ইন্থোক্লগা, অশোক্‌পা মশাবু পুদুনা মখোয় অহুম মায়কৈ ঙাওনা চেল্লকই। নুংশিৎতুনা মখায়াৎ লাওনা মখোয় অহুম্বু উমশিল্লগে মতাগুম পাইশিল্লকই। ঙাকথোকপা ঙমদনা অমসু হুমদুনা পুখি। মখোয় অনীতা ঙাইরবা অকীবনা থল্লবা পুন্সি অনীদো, হীংখিদব্রা হায়বা থাজরক্তে। চেল্লবসু শীবা চেন্দ্রবসূ শীবা অদুদি চেন্দনা য়েংদার্দি য়েংলগে খল্লকই থৌনাফবদো কিগনবা মপাংদো মখুৎ ওইনা শেগাদা লাক্তুনা চপ য়ুংনা লেপ্তুনা লৈ। অকীবা শপতা, তমথীবা শক্লোন কয়া কয়াদুগী মরক্তা থৌনা ফনা লেপ্তুনা লৈ। তপনা-তপনা সনা-মচুগী নুমীৎকী মশেক মঙালশিং ফংলকই। মখোঙনা ফনা শাংনা লাক্লবা তুংদা পাউ ফাউনবদগী সিফাই গাড়ীশিং লাক্তুনা মখোয়বু লৌখৎলরি। অসুম্না মহাক্কী পুন্সি হীংলকখিবনি। মহাক থৌদোক অদো কাউবা ঙমদে।

মীনা তাবদা থাজৌ য়াররোইদৌবা, ফাগী মানবা ব্রারীদো মহাক্কী থম্মোয়নুংদা লোত্তুনা মতম শাংনা থল্লকপনি। চাউখৎলবা মতমগী মীওইশিংনা লাই-ভুৎ হায়বসে লৈ হায়বা য়ান্নীংদে, মসিদা কয়াম অচৃম্বা য়াওরিবা মাদি খণ্ডদে। অদুবু

ঙসিগী অঙকপা পাউ- চেগী পাউ অদুনা থৌদোক অদুবুদি নৌহৌননা অহল ওইরবদুদা নিংশীংহল্লরে। "কিবা য়াদে, কিবু কিরবা খঙজরো শীজরে" হায়রিবা ৱাহৈ পরেং অসিগী লিখুন অমবু নিংশিংলদুনা ৱাখল লাকশিল্লকই।

মখোয়না পেগোঙদা লৈবা হেলিপেট (হেলিকোপ্টর তাফম) রোমদা ড্যুটি তারমবদগী, নোং চুপ্রগা হায়ফেৎ হাংলকপা মতম অদুৱাইদনি। লৈশাবীশিং পরেং-পরেং লেংলগা নোক্লা লোক্লগা তান্নরকপদা মাগা ড্যুটি তামিন্নরম্বদুনা চেনগে তৌখিবদো। মানা ফাদুনা কিদবা শাদুনা নোক্লীবা লৈশাবীশিং অদুগী মীৎয়েং মাঙদগী অদুম লাকপনা সিক্কীম লাইনগী খরা মখা ওইরপ গোলাই লৈদুনা, ফেমেলি ক্বাটর তাবা লম্বীদা লৈবা খোঙলম ওই, তুরেল ওই তৌবা অদুগী গোলাইদু ফাওবা লাকখিবদো। লৈশবীশিং অদুনা নোক্ল নোক্লগা তান্নরখিবদো। অচৌবা নুঙপাকলক্তা ফাওদুনা ড্যুটি তাবা অতোপ্পা বেরেক তাবা মফম ফাওরকপা লম্বীদুদগী নুঙপাক অমদনি মচু ঙংশং ঙাংনা 'কিবা য়াদে, কিবু কিরবা খঙজরো শীজরে' হায়বা ৱাহৈ পরেংদু থাবা থেংনরকখিবদো। মমীৎতা উহনখিবনি মফমদুদা চৎখিবা সিফাই কয়ানা এক্সিডেন্ট থোক্লুনা, উনা নন্দুনা, নুঙনা নন্দুনা শিঙমদনা শীখিবা থরায় ময়ামদুনা লাউ-খোঙদুনা মী ঙাইরগা কিহন খঙহন্দুনা লৈখিবদু। কিখিবা মীওই কয়াসু থৱায় মাঙখ্রবনি, কিদবা খরাতনি হীংলকলিবা। হীংলকপশিংদুই মরক্তা মহাকসু অমনি। মমীৎ উইশিন্দুনা মাঙখ্রবা মীওই মরীদুগী থৱায় মীরেলনা তংদু লৈতানা লাইরমলেন্দা লৈরুবা ফংননবা মপূদা থৌনিজবিরী।

# হীংলকপগী মীনোক

"পূম্নমক ঈশ্বর মহাক্কী থৌজালনি" অপুনবা খোঞ্জেলদা মৌনহা মীয়াই চম্লবী অনীদু য়াংলপনা লেংগা-লেংগা লেঙ্গোন্নরকই। শীবগী মতম ঙাইদুনা লৈরুরবা মখোয়নীগী মপুরোইবা অনীদুসু অনৌবা মখোয়নীগী মপোক অদুবু থাজবা ঙমদনা নুংঙাইরবা হীংলকপগী মীনোক অদো নোকমিন্নরী। লাইনীং লাইশোন খেৎনদুনসু শেম্নীবা মপৃদি অমত্তনি হায়বসি মখোয়নি থাজরকই। হকচাংগী শীংলি মনুংদা চেম্লবী অঙাংবা মচুগী "ঈ" না চম্লীবা অরোনবা শাউখোঙদুগী চাংয়েংদো মখোয়নি লাম্বা ফংলকই। থরায়দগী হেনবা অমত্তা লৈত্তে তাইবংশিদা, হীংনিংলিবা পুন্সিদগী হেনবা অমত্তা লৈতে তাইবংশিদা, মী ওইরবদি মীবু কনগদৌবনি, মীবু হাৎকদৌবা নত্তে। হকচাংগী কুয়োম্না শক্তম তোখাই-তোখাইহল্লবসু, পোকফম্না শক-চু ওন্নহল্লবসু, পোকপীবনা ধর্ম্ম তোখাইহল্লবসু হকচাংদা চেম্লীবা ঈগী চৈনাদি চপ মান্নে, হীংনীংলিবা থরায়সু চপ মান্নে, হায়বা মপুগী শাউজেলদো মখোয় অনী ঙসিদি ফংলবগুম্না, কাঙলুপ অনীদুগী খুনাইনা খাদুনা য়োক্লম্বা

পল্লোন অদো নমখায়রক্লুনা অমনা অমবু লেংগোনরকই। অপুনবা খোঞ্জেলদা লাউমিন্নরকই হোসপীতালদো থুংনবা "অনৌবা পুন্সিগী অনৌবা মপোকপু তরাম্না ওকচরী"।

দেবাগী ইমুং লাইরবা ইমুংমক ওইদুনসু চরা অনীসুনা চাজবা ঙমজবা ইমুং ওই। মাগী লোইনবী বীনারানি থম্মোয় চেৎপী, ইমুং কোইবী য়ুমগী নুপীনি। বামোনগী শাগৈদা পোক্লবনা দেবা মপা-মপু হাকতক্তগী চৎনরম্বা অমাং অশেং খায়বগী চৎনবীদো লোয়নদুনা লৈবা মীশকনি। মচা অনী পোক্তুনা পুংকক চাউরক্লবা মতমনি। দেবাগী কিদনী অনীমক মথৌ পাঙথোকপা ঙম্লকতবদগী লায়েংদুনা লাকলিবা। নুপাগী মরুম থূপনা হীংজরম্বী বীনারানি ঙসিদি মীমাং থোক্তুনা মচা অনীগী মবুক থম্ননবা লাকনবতা নত্তনা মপুরোইবগী হীদাক লাংথকসু ঙম্নবা হোৎনবা হৌরকই। করিগুম্বা মতমদা মমল য়াম্লবা হীদাক লৈনবগী অচৌবা শেনফম মথৌ তারকপদা বীনারানি অনা-লায়েংশংদুদা "ঈ" মশাগী শীংলিদগী চীংথোক্তুনা হেক-হেক য়োনথোকই। মদুগী শেনফমদুনা মপুরোইবগী হীদাক লাংথক ৱাৎতনবা হোৎনজে। মপুরোইবা নীংবী বীনারানি হোৎনবদা তনদে, ৱাই হায়বকা শংজদে। পীক্লীবা মচাশিং মরায়বক থীহৌরদরা খনবদা ৱাজদবা ঙমদে। মহাক মপুরোইবগী থৱায় হীংগনিবু হায়রবদি মশাফাওবা য়োনথোকপদা চীংনদে। মশা শোন্না-শোন্না মপুরোইবা অমদি মচাশিংগীদমক মহাক হোৎনবদা মশাগী নিংথিজবা শক্তম ফাওবা মফম খংখিদ্রে। লৈশারীঙৈদদি শাথিনা ফজরম্বনি, মৌ ওইরকপা মতমদা হেন্নদুম রাশী হাপখিবনি অদুবু ঙসিদি পুম্নমক কদায়দগী!

মতম খরগী মতুংদা দেব নাবা খংহেন হেঞ্জিল্লকই। হোসপীটালদা পুখৎলকই। মতম শাংনদগী মাবু য়েংদুনা লাকপা ডাক্তর লনচেনবা ঙসিসু মাবু লায়েংলি। অঙম্বা শক্তী, পাঙ্গল পুথোক্তুনা য়েংবী। হীদাক লাংথক অঙম্বা খরাসু মতেং পাংবীরী। মহৌশাদগী ডাক্তর লনচেনবা পুকচেল চাউবা মীনুংশি চেনবা মীওইনি। অৱাববু মতেং পাংবনা মাগী নুংঙাইজবীনি।

থংনবা নুমীৎতা অনাবা অমসু পুখৎলকই। মৈতৈ পাংহলনি। নুপাদুসু দেবাগা চপ মান্নবা মওংদা কিডনী অনীমক ফেল ওইবদগী পুখৎলকপনি। কা অমত্তদা মখোয় পুল্লরি। নুপাদুগী লোয়নবীদুনা তুংদা মাংদা চেন্দুনা মাগী নুপাগীদমক ৱাজবা মতৌদু উরি দেবা অমদি বীনারানিসু। মাগী নুপীদুগী মতৌদুদা শীবা

ঙমলোই ঐ হায়বগী মতাগুম নুপাদু মীৎলু অনীদগী পীরাং মনিং তল্লকলি। মাগী নুপীনা নুংশিবা মতৌদা পীরাংদুবু তৈথোকপীরী। অৱাবা হায়বসে তাইবংশিদা ঐ খক্তগী শরুক থুংদে হায়দুগী প্রমান ওইনা উহল্লী অৱাবা মায়োকনরীবা মীওই কয়া অমসু হোসপীটালদুদা। লাইবক থীরগদৌবী নুপী অনীদু য়েংনরী অৱা পোলোইনরীবা মীৎয়েংদা। অমনা অমবু নুংশিনবা ফাওনরী। নকশিন্নদুনা খংনা চান্নরকই, অমনা অমগী অৱা-নুংঙাই ৱারীনরকই। অসিগুম্বা তানফম অসিদদি কাউনরকই ফুরুপ- লাইনীং, শোকনবা-শম্নবা য়াবা য়াদবা হায়বদো। মীওইবা মশেলনি, থম্মোয় পান্নরীবা নুংশিবা মশক খংনরীবা, থৱায় পান্নরীবা শীবগী অৱা-চৈনা খংনরীবা মশেল ঙাক্তনি হায়বসে নত্তবা অতৈ করিসু লৈরক্তে। বীনারানি অমদি জৈনপকী অৱাবা ৱারীসু অমত্তনি, অৱাবা থম্মোয়সু অমত্তনি, তম্থীবা মরায়বকসু অমত্তনি, তাথিবীবা লৈত-লাইরসু অমত্তনি। অমুকসু মখোয় অনী পেন্না কপমীন্নে অমুকসু অমনা-অমগী পূক্নীংসু থৌগৎনৈ। পুন্সি হায়বসিগী মশক মচুদি খোঙথাং খুদিংগী ওল্লী হায়নবদু উরকই শং-শং।

দেবা অমদি ৱাজিৎকী ঈগা চান্নবা কিডনী অমমম্ থিদুনা মত্ম লৈরিঙৈশিদা মখোয়বু কলহৌদ্রবদি খুদোংথিনিঙাই ওইরক্লবা তানফমনি। নুমীৎ তরানিগী মতমদি ডোক্তরনা পীরি। অদুবু নোংমগী চরা তাল্লীবা নুপীশিংদুনদি করম্না কদায়দগী পৈশানা করম হায়না চান্নবা কিডনী থীরুগনি। মথা-শাবা হেনগৎলকই। নীনী হুম্নী হোৎনবা য়াবা হোৎনরবা মতৃংদা উপাই লৈত্রবা মায়থোঙ অনীদু লুখ্রা পুন্সি ঙাইবদা তাখ্রমাল্লে। চপ লেপ্তুনা ৱাখল থোকখিদ্রে, হৈনীংবা পোকখিদ্রে। মাগী- মাগী নুপাগী মমাঙদা ফমদুনা পুন্সিসিমগী নুংশিবা তমলগে মতাগুম মীৎয়েংদুনা য়েংলী, কুইনা উজবা ফংলরোই উজনিংদুনতা লৈবা মায়থোঙনি হায়বগী মতাগুম চেকশিন্না য়েংজরি। পুন্সিগী তাঙলবা মীকুপ খরসে মগুণ হাপলগে মতাগুম মতৈ-মনাও ওইনরী, কেনরী। শীবগী নুমীৎ ঙাইরীবা মখোয়নসু মাগী-মাগী নুপীবু শাথিনা নুংশিরকই। মচাশিংগী খনবদা মৈচাক হেন্দবা নত্তে। অশীবা হায়বা কুয়োমসে শেগাইদুনা হুনদোকনিংলকই। পুন্সিগী মমল হায়বসিদি শীবগী মতম খংলবা মীতনা খংঙি হায়নবদো উৎথোরকই। মতমসে মখোয়না কয়ামুক হৌহন্নীংদবগে হায়ববু ঘডীগী কটা ফাওবা ফাদুনা থম্নীংঙি, নুমীৎ তাহন্নীংদে। মখোয় শীবা পামদে হিংদুনা লৈনিংঙি, নুপীগীদমক মচাশিংগীদমক। শীববু য়ৈথোকপা য়াবা পোৎশক ওইহন্নীংঙি।

মীনা খনবনা অমা লাইনা শীনবনা অমা হায়বদুনি। তাইবং মপূ মাগী কুম্মৈসু মখল-মথেলনী। মরীনী চনবা নুমীৎতা নুপী অনীদু থৌনা ফগৎলকই। শীরগা লোইরা পুন্সিনি, শীদ্রিঙৈদা শীবগীদমক শুকথগদৌবা নত্তে, লেপ্লীবা পুন্সিদু পুন্সি ওইনা হীংগদৌবনি হায়বা ৱাখল্লোন মপূক্রীংদা চপ যুংলকই। মাগী-মাগী নুপাবু পেন্ননবা হোৎন্নীংলকই। কন্না হায়জরবা মতুংদা ডা. লনচেনবা য়ানিংদা-য়ানিংদা নুপী অনীদুগী মশাদগী ঈ চিংথোক্কুনা শেল খরদং ফংনবা হোৎনবদো থীংবা ঙমলক্তে। ডাক্তরসু মীওইবনি মীনুংসি ফাওরীবনি। মহাকসু খঙই নুপী অনীদুগী অৱাবা চৈনাখোল। মখোয়নীনা মপুরোইববু কয়াম নুংশিবগে হায়বদো মহাক খঙঙি। মশাগী ঈ য়োন্দুনা শীখিগদৌরবা মপুরোইবগী পেন্ননবা তৌবা ঙল্লীবা নুপী ওইবীগী থৌনা অমদি নুংশিবদো মহাক তুমীন য়েংদুনা লৈবা ঙল্লক্তে। মশাগী মীৎতগী পী শিন্থখিবা মহাক খঙহৌদে।

জৈনপ অমদি বীনারানি মপুরোইবগী মনাক্তা ফমদুনা থম্মোয় তানা মপুরোইবনা পেন্ননবা শেবা তৌরী। মায়থোঙদা অৱাবগী মহুৎ শেমজিনবা ওইরবসু নুংঙাই মীনোক তল্লী। মপাল নাইদ্রবা নুংশিবা ইহৌনরী মীৎয়েং মরীদুদা। খঙহৌদনা ডাক্তর লনচেনবা হবাওনা চেনশীল্লকই অদুগা জৈনপ অমদি বীনারানিদা নুংশিনা য়েংলদুনা হায়রকই "লম্বী ফংলে"।

ডাক্তরগী অচীকপা কানি। ডাক্তর লনচেনবগী মমাংদা জৈনপ অমদি বীনারানি ফল্লী। টেবল মথক্তা রীপোৎ খরসু লৈরী, চে-চাং থল্লী। লনচেনবনা ইংনা হায়রকই,

"ঐগী ৱাসে নখোয় অনী মুন্না খনথৌ অমদি খননৌ। মসে অঙকপা ঈশ্বর মহাক্কী মীত্রং অমনি হায়না লৌবসু য়াই নক্তগা নখোয় অনীনা নখোয়গী নপুরোইববু নুংশিজবগী মহৈনি হায়না খল্লবসু য়াই। অসিগুম্বা থৌদোকসে তাঙনা থোকই। মসে ঈশ্বর মাগী থৌওংশিননি হায়দবা ঙমদে ঐদি। ঐনা নখোয় অনীগী ঈ কাংলুপ খঙনবা হোৎনবদা ঐ ঙকখি। হন্না-হন্না চাংয়েং চৎথখি। মমৈদা ঐনা কনফার্ম ওইরে অদুদি নখোয় অনীগী ঈ কাংলুপসে মথৌ তারিবা নখোয়নীগী নপুরোইবগী ঈ কাংলুপকা চূশিন্নরে। হায়বদি বীনারানিগী ঈ কাংলুপকা ৱাজিৎকা, জৈনপ কা দেবাগা মান্নরে। অদুনা নখোয় অনীনা পাল্লবদি নঙনা মাগী, মানা নঙগী নুপাশিংদা নখোয়-নখোয়গী কিডনী অমমম্ পীনরবদি মখোয় অনীগী

পুক্নি কনবা ঙম্বসু য়াই। অদুবু মসি তরাইবদি নত্তে, খুদোং থিনিঙাই মশকসু ওইবা য়াই। শেলগীদি নখোয় চিংনরুনু ঐনা মতেং তৌগনি। ৱারেপতী নখোয় অনীগীনা অরোইবনি।”

পুংজা খরা নুপী অনীদু ৱাখল খন্নরবা মতুংদা, কোক চুংশীন্নরকই, অমুক লেংগা-লেংগা লেঙোন্নরকই, কপমীন্নে, নোকমিন্নে। মপূ মানা অসি য়ৌনা লম্বী পীবীরগা মনিং হন্দুনা চেনবা মখোইনি পামদ্রে। হীংলবসু মপুরোইবগা হীংমীন্নগনি, শীরবসু মপুরোইবগা লোইননা শীবা ফংজবা লাইবক থম্বাল শাৎপনি খনজরকই। টেবল মথক্তা লৈরীবা চে কলম পায়খৎতুনা মশা-মশানা ফোর্ম মেনশিন্দুনা শোই তৌরকই। মখোয় অনীগী থৌনাদুনা লনচেনবগী পাঙ্গল হাপলকই। ঙসিদি মহাকনা মায় পাকনা দেবা অমদি ৱাজিংকী পুক্নি কনবা ঙমলে। অসিগুম্লবা মীত্রংগুম্বা থৌদোক অদুনা লনচেনববু মীয়াম্না অচংবা মীওই ওইনা শীংথানরকই। মায়কৈ কয়াদগী মাবু খুৎইদা, টী.ভীদা, পাউচেশিংদা থাগৎ ৱাহৈ পীনরকই, “ডাক্তর লনচেনবা দ গ্রেড”।

## কৈনো হায়সিবু?

লমঙানবা মশক মতৌ চংখোনবা ওইদুনসু অনঙবা শাগৈগী ইমুংদা মৈঙাল ওইরুবনা মরায়বক্তী লংদে। শুবা নোম্বা হোৎনবা কল্লবুস মখুৎতা পৈশা লেম্বদি ইঙম ঙমদে। হোৎন-হোৎননা থোইগৎলকপ্রা হায়ববু হেন্না তাথরকই হায়বদো থোকলি। থবক চীনহাওথিদনা অফং-অফংবা থবক্ শুদুনা পৈশা তানজবনি। অদুবু কাংখুল য়ামখিবনা শেল তূংশিনবদি ঙমজদে। মহৌশানা শেল হায়বশিদি খুৎতা পকপা অমোৎপগুম্বনি, খুৎ মোৎলবদি হামদোক্কনি, পৈশা পায়রবদি শিঙ্জীন্নগনি। শেল তূংশিনবা ঙমদবনা মরম ওইদুনা লমঙানবা ঙসিফাও লৈমা থীবা ঙমদনা লেল্লকলি। শেল তূংশিনবা হায়বশিমক্তবু অচৌবা কলা অমনি, ইরায় লায়বা থবক অমদি নত্তে। অখাঙকনবা চংঙি অদুনা মহাক্কী হীংলিবা পুন্সিশিগী হাংলীবা লৈমাগী মফম মেনশিন-ঙমদা লৈরক্লী। মরমদি থৌরম অমা পাঙথোকপা হায়বশি শেলগী থুমোক অমনি। লৈমাদুবু মতিক চানা মনীং থুংহন্না লৈহন্নবা উপাই মাগী মপূং ফাদ্রি। লৈমীন্নরকলবদি অঙাং য়াওরক্কনি। অঙাংগী

মহৈ-মশীংগী, ফিরোলগী, মরী-মরী ... মথা শাবা হেনগৎলক্কনি। মওং তাদ্রিবা শঙ অদুসু শেম-শাদোকপা মথৌ ওইরি। অসুম্না মকোক শাদুনা ব্রাখল ওমচাকনদুনা লৈরকপা ব্রাংলেন চৈশিং থীঙমদ্রে। ব্রাখলসে খন্না-খন্না নুমীৎ য়ুংবা পোবোৎকী রেডিওদা লাকপা নুপীগী থৌরমদা "নুপীদা অহেনবা শক্তি পীবা" হায়বদুই খন্না-নৈনবা থৌরমদু তানা-তানা উইথখিবা খঙহৌদ্রে ...!!

"ঙাকপীগনি অশোমদা করিগুম্বা অমত্তং হংজনিংবা" (মখুৎতা লোগী লাইরিক খরা পায়রীবা মশক মতৌ চংখোল্লবী নোমীতানা ডিজলগী ওক্টো থৌরীবা লমঙানবদা হায়)

শুমহৎপা খোঞ্জেলদুদা লমঙানবা মায়থোঙ নৌথোরকই, মশক মতৌ চঙ-থৌরবী চনুদু উবমক্তদা লৈতোন্দা লৈরম্বা ব্রাহৈদো দোং হায়দোরকই,

"কবি তাকপীনিংবনো?"

লমঙানবগী মায়থোঙ পাবা হৈরবা উকিল তন্নীবী চনুদুনা হায়রপ নোংলুক্যা মতৌদা হায়জরকই।

"লো কলেজ ফাওবদং য়ৌহনবীগেরা? গাড়ী অমত্তা ফংদ্রে, মতম চানা কলেজ য়ৌদবা য়াদ তৌবনি। ঙসিসে কোর্ট কাবা তম্বা নুমীৎনি। য়াগনিকো ..."

"ঐ লন্থী অদোমদদি চৎতবনি অদুবু অদোমগী তঙাইফদবা ঐ খংজিনজরে! ঐ মতেং তৌজগে কাখৎপীরো!"

নোমীতানা গাড়ীদুদা হেক ফমখবগা গাড়ী থৌগৎলি, খোঙজেল য়াংনা লো কলেজ মায়কৈরোমদা। লো কলেজ গেটতা গাড়ী হেক লেপ্লগা নোমীতানা বেক্তগী লুপা চাম্মা পুথোরক্লা পী ...

"নুংঙাইজরে মতম চানা য়ৌহনবীবগী, লুপা কয়া লৌবীগদৌবনো?"

"অদোমগী নুংঙাইবদুনা ঐগী মমল ওইজরগে, ওল দ বেস" (হৈশিংনা লমঙানবনা পাউখুম পীরকই)

লমঙানবা নুংঙাইনা গাড়ী থৌদুনা হল্লকই। চনুদুসু হরাওনা ব্রাখল অমনা পুন্দুনা কলেজ মনুংদা চঙহৌই। নুমীত্তুগী থৌদোক মচা অদুমনা নোমীতাবু লমঙানবগী মরমদা অদুগা লমঙানবসু নোমীতাগী মরমদা ব্রাখল খলহন্নবগী মচাক পোকলকই। উন্ননীংবগী ইথিল পোকনরকই, খংননীংবগী লৈতন্দবা লৈনরকই।

মরক মরক্তা অমনা অমদা তাঞ্জা পীনদুনা চনুদুবু কলেজ মরী মঙারকতি থীনজবদগী মখোয় অনী তোৎনা-তিন্নবা হেল্লকই, খঙনা চান্নরকই, দ্রো-দ্রো ঙাং শকনরকই। মনাক নকনা লৈবা অশীবা ফুমফমদা শেম্বা লৈকোলদুদা ফমদুনা মপূং ফাবা খঙনা ৱারী শান্নবা হৌই। চনুদুগী মীং নোমীতানি হায়বা অদুগা পীবাদুগী মীং লমঙানবনি হায়বা খংজিন্নরে। মখোয়নীগী মরক্তা লোত্তুনা লৈরীবা লাংতকনহল্লীবা ৱাখলশিংবু মতমগী ইচেলনা মচীন পায়দুনা মরী-মরী চীংথোরকপদগী খঙনরকই, চান্নরকই, মরূপ ওইরম্বদগী অমনা অমগী থম্মোয়দা ন্নাৎনরকই, নুংশিনরকই। মখোয় অনী পুন্সিগী ওইনা হীংমিন্নসি হায়দুনা অমনা অমবু থম্মোয়গী চেৎলবা ৱানা ৱাশক্কী কিশি লাকশিন্নে।

অনৌবা মতমগী খোঙচৎনা অওনবা য়াওল অমা হুমলকই। লমদমশিদা অনৌবা ইহৌ অমা হৌরকই। অপুনবা মণিপুর নুপী খুন্নাই য়েংশিল লূপনা লমদমশিগী নুপীশিংবু মনীং-তম্না অমদি নুপাগী মখা পোন্দনা খুন্নাইশিদা হীংবা ঙম্মবা, নুপাগী মায়োক্তা চংশিল্লকই অকনবা খোল্লাউগা লোয়ননা। মশিং থীবা ঙমদ্রবা নুপী ঙাক্তনা চৎপা অচৌবা খোঙচৎ অমা চৎপা হৌরকই। "নুপী নুপাগী শান্নপোৎ নত্তে" "নুপী অঙাং পোক্লবা খুৎলায় নত্তে", "নুপী য়ুমগী থবক শুনবা মীনাই নত্তে", "নুপীসু মীনি রোবোৎ নত্তে", "নুপী অঙাং য়োকনবা মীনাই নত্তে", "নুপীগী থাক ৱাংহল্লু", "নুপীবু নুপাগুম মনীং তমহল্লু", "নুপী নুপানা য়ৈনবা ইরোইগী শউন নত্তে, "লুপা লীচা অমা নুপীগী একাউন্টদা তূংশিনবা ঙমদবা নুপা খূর্দিং নুপী থীবা য়ারোই, নুপী লৌবসু য়ারোই, অনম কল্লবদি লূপনা ৱারক্কানি" হায়বা ৱারোলশিং থাবা প্লেকার্দ অমদি বেনর পায়দুনা নুপী কয়াদুনা চৎলি। অহৌবা খোল্লাউ কয়াসু লাউর্রি, খরনা মখুৎ থাংগৎতুনা মখা শমথৈ। রেল্লী অদু য়েংনা-য়েংনা লমঙানবা হুমাং অনপ্পী কাংলকই, কোকচাউবী কারকই। মশাবু খনফম খঙদ্রবা অকীবা ৱাখল অমনা পুনশিল্লকপগুম মচীন্দা শোন্দোরকই, "কৈনো হায়শিবু?" মখোয়গীসিদি ঐবু হাৎকে হায়বনি, ৱাহৈদু তাবমক্তদা নোমীতা নোকনিংনা হায়দোরকই, "কৈনো হায়রীদুবু, কৈদৌবীরগে? হুমাং অনপ্পী কাংলিবসিনা কৈদৌবগীনো? লাইহৌ লাকতৌরব্রো?"

"নোংসে ঈশিং ওইনা তাদ্রে, লেন ওইনা তাদৌরে, ব্রজশু মৈঙাল ওইনা ঙাল্লরোই শীংজং ঙাক্তা ওইনা পাইথরক্লনি। মসিবু ওইথোকপা য়াদৌরীবরা হায়বা। মোই ময়াম্না ইদুনা লাউদুনা চৎখিবা ৱাফমসিবু য়ারীবরাবা?"

"মদুগী ওইরে ... ইস ... ই... করিগী য়াদনি নুপী ঐখোয়গীসু হীংনবগী করিগুম্বা মফম অমদি পীবীফম থোকই হায়বসি খনবীদবরো? হৌরীবা ইহৌ অসিনা ঐখোয়গুম্বী কয়াগী পুন্সি মঙাল পীগদৌরীবনি! হীংনবগী চৈশু ফংগদৌরিবনি! উকিল ওইদৌরবী অমা ওইনা ঐসু ব্রাফমসে শৌগৎলী ... নত্তে ... য়াওশিল্লবনে।"

"নঙসু নাপ চাদে হে, হৈরাংলিঙৈদা য়ুরাংশলকই। ঐগী ইরায়বকসে কোমদা পুথরীবরা কৈনো মদি তৌরে! অসুক কুইনা লৈমা থিদনা লাক্লে, হন্দক্তি মতাং চারে নিংলুবনি, লৈমাইদা লফোই মকু তারমদুনা ব্রাখলসে লোংনা হাইথদৌরীবরা কৈনো?"

"করিনো মরী-মখোঙ শম্নদবা ব্রা ঙাক্তা???"

"উকিল নত্ত্রো নঙবু? মসি খঙদ্রদি কম্মাইনা কেস থেংনি নঙ!"

"অদুদি কেস ফাইল তৌবীগে হায়বীরীবরো?"

"চুমদবদুগী, মতাং চাদবদুগীনি, নুপী অমবু ঐগী লৈমা ওইনবগী মমল লুপা লীচা অমা, মসিদবু ঐনা করিনো তৌদৌবা! শোয়রোই লমদমসিগী পীবা কয়াদি ঐগুম্না লৈমা থিবা ফংদনা লব্রাই হঞ্জিল্লক্তুনা পুন্সি লাইরিক থুপচিনখিবা মতাবনি।"

(খোয়দানা নোক্তুনা) " চৎলোহে মশকসিগা, ঙস্মোই হায়রিরো? ঙমবীদ্রগনা লৈমা কাং-কোক ওইবা তাবা। ইহৌ অসিদি নুপী খুন্নাইগীনি, ঐসু নুপীনিনা মসিগী মায়োক্তা তানিংদে। হয়েংদগীদি ব্রাফমসি রেডিও, টিভি, কেবলনচিংবদা মরুওইনা পাউ ওইনা শেম্নরক্লনি। পাউ- চেগী হেডীং ওইনরকলনি। অখঙ-অহৈ কয়ানা মচা তানা নৈখাইরক্লনি। দিবেদ, দিসকসসন, ওপন সেমিনর কয়া পাঙথোকনরক্লনি। মদুদগী মথং-মথং লৈবাক্কী ব্রাফম ওল্লক্তুনা ফম্নাইবশিংগী মীফমদা তরেৎ-তরা থোকনা খন্না-নৈনদুনা নীয়ম অমা, এক্ট অমা ওস্থোরক্লনি। মদুদগী লমদমশিগী নুপীশিংগী পুন্সি মহীংদা মনিং তম্না হীংজবা ঙম্নবা মঙালগী লম্বী অমা ফংলনি। ঐসু নুপী অমা ওইনা ব্রাফমসে য়ানিংলোইদৌবগী মরম লৈতে। ঐসু মসিগীদমক নুপী অমা ওইনা চাউথোকচরিবনি ... !!"

"য়ারোই য়ারোই..." মশা মউ থ্র-থ্র নিকপমখৈ, হুমাং অনপ্পী কাংলদুনা লমঙানবা খংলাউ লাওনা মমীৎ পাঙথোরকই। মনাক্তা থারিবা রেডিওদো অদুদা চীংলোনগী শৈরোল শকলম্মী। ইঙাও ঙাওঙৈ মচীদন্দা হায়জৈ "য়ারোই সুংয়া

য়াখিরোই নোমীতা নঙনা হায়রিদো" ঙৈহাক কোইলৈ লৈদুনা য়েংঙি কনাসু উদে। ৱাখল তারকই, পূম্নমক নুংথিল পোবোৎতা মঙবা মকু মঙনি হায়বা। মঙ ওইদুনসু নুংঙাই-অৱা য়ান্নরীবা মঙদু নৈনজে। নোমীতা কৌবী অমা খংনরম্বগীবুদি নুংঙাইজে অদুবু লুপা লীচাগী ৱাফমদুদদি শবীং হৌই। খঞ্জে মঙগী ৱাবু ৱারা? অসিগুম্বা ৱাখলসিতা খন্দুনা লৈবনা মঙদা ফাও উরে। খন্দবনি ঙল্লক্তে ওইথোক্তবা হায়বদো লৈতবা লমদমনি, করিগুম্বা ৱাফমসে তশেংলরবা, লৈমাগী ৱাফমসিনা কমদৌহৌবা?

# অদুনিদনা

নুংথিলগী মতমনি : য়াক্লা শারীবা নুংশাগী মৈশা মরক্তা অইংবা পুবা নুংশিৎসু তন্দে-মান্দে শিৎলী। মাঙ্গোলদা থারিবা ফক অদুদা থাইবেম অমদি থেল্বী ফল্লী। মোন্দা নুঙাইনা মখোয় অনী নুংঙাইবা ৱারীদা মথৱায় তানা নোকমিন্নদুনা হৈতুপ অসুবা চামিন্নরি। মখোয়নি খুঙ্গং অমত্তগী লৈকায় অমদগী হৌমিন কামিন্নরক্লুনা লুনা তিন্নরকপী মতানি। হৌজিকপুদি মতমনা পুরকপা অওনবনা ইম্ফালদা পূন্না ময়ূম পানমিন্নরক্লুনা লৈকায় 'মত্তুদা অমুক মৌ হায়বদো ওইমিন্নরে। পাৎতা ঙা ফাদুনা, লৌবুক্তা থরোই খূন্দুনা, চীংদা শীংজন্দুনা, পেরুক য়াইপল হেক্লুনা অঙাং পুন্সিদগী লৈশা পুন্সি তানমিন্নরকখিবনি। থৌরী চোংবী, মরূম কোনবী, খুলোকপী, চৈতেক কোৎপী, চেগাই লংবী, কাং, লাইধীবী শান্নবী মশান্না কয়া কয়ানি মখোয়নীনা শান্নমীন্নরকপা। লৈশাবী ফারক্লা মতমদনা য়াওশং-শজিবু চৈরাওবৈ থাবল চোংমিন্নখি, থাংজিং লাই খুরুম্মীন্নখি, লাই-হ্রাওবগী লাইমাংদা জগোই শামিন্নখি, কাং, লিক্লোন লংবী শান্নমীন্নরকখি। নুপা-নহাগী মতাঙদসু লাম্বা-লাম্বা শেমদুনা মখোয়নীনা লাকনখিদবা নুপা তাঙখি। নুপাদগী অচাপোৎ শিংজু, বোরা,

কাংহৌ, থরোই থোংবা কয়া চাথোরকই। নুপা কয়াবুসু মমৈ মকোক ওনবমখৈ মখোয়নীনা শান্নবীখি। মখোয়নীগী ৱারীসে অঙকপনি। মখোয় অনী কুইনসু কায়নখিদে, থাইবেমনা ইম্ফালদা মকে-শেম্বগী মহৈ তম্মী হায়বগী থেম্বীসু ইম্ফালদা এমব্রোইদরি তম্বা লাকখি।

মহৌশাদগী ইম্ফাল পুন্সিগী মঙ মঙজরকপী থাইবেম খুঙ্গংগী পুন্সিবু লায়থোক্তুনা লাকখি। খুঙ্গংগী শকহেনবা, মগুণ চাউবা কয়ানা নুংশি পামজৈ হায়না পুকমেন পাউমেনলকপা কয়া মহাক লুথনা খক খঞ্জিনখিবা য়াওখিদে। মখোয়বু হেক্তা লাকথু-হুনথবীবগী পুকচেলদুবুদি মঙোন্দা পান্দে। পুকচেল শেংনা উন্নদুনা মরূপ-মচন অমগুম মখোয়শিংদুনা মহাকপু লান্না লৌখিদনবা মপূক্লীংগী ৱাশিং খংহনখিবা ঙাক্তনি। মাগী পূক্লীংগী ৱাবু খঙবীবসু য়াওখি, ৱারৌবসু য়াওখি, শাউরম-চৈরম্বসু কোঙ্গাইনি। মদুদা মহাক নাচুংজবা ফাওখিদে। মহাকনা চেৎনা থাজরি, ইম্ফালগী শকহেনবা মানজা অমনা নোংমদি শোয়দনা মাবু লৌবা লাক্লনি হায়বসি। নীংজরিবা অশানসু খনজরিবা লাইববকপু তাথিবীখিদে। মঙোন্দা ঙাউজবা ইম্ফালগী থামকিশ্বরগা থেংনখি। নীংজবা অশানবু থোঙজিলদা থীল্লরবদি মঙলানগী থম্বাল তাইবংদসু শাৎলি হায়বদুনি। তানজা অসিতবু ঙাইজরকপী থাইবেম নুংশিগী লৈশক লৈচু থোকনা শাৎকাইরকই। থামকিশ্বরবু হায়নিংঙাই লৈতনা ঙাউহলনবা।

থামকিশ্বর কা হেন্না নুংঙাইবা ইমুংগী মচা-মশুমক ওইদ্রবসু লন্নাই চল্লাইবা লোইশঙ অমগী থাদা লুপা লীশিং মঙা চাজবা থবক অমদি তৌরি। গাড়ী মচা অমসু তোংজরি। মশক-মতৌ হায়রে মমী-হেবো নকা হেনবা নত্তে। মাগী মওং-মতৌ, ৱাহৈ ৱাতা খুদিং থাইবেমনা খোয়দাজৈ, পামজৈ। থামকিশ্বরসু অদুমঙাই থাইবেমগী চঙখোল্লবা মপা লৈত্রবা মশক-মতৌ, লৈতোন কোননা-কোননা কেনা ঙাঙবা ৱাঙাঙ, ৱাখল অৱাং অৱাংবা খঞ্জবা মতৌ, অরং-অরাক্কী পুন্সি অমগী মঙ মঙলিবা মতৌদুদা থামকিশ্বরসু হায়নিংঙাই লৈতনা ঙাউজৈ। মখোয় অনীগী নুংশিনবসে নুংঙাইবা কুম্মৈ অমনি। ফাগী-ফাগীদগী ইঙেন অনীদগী খঙনখিবা মখোয় অনীগী নুংশি নুংশিৎ অনৌবা চহী হৌগৎলকপগী অহানবা চয়োলদা মপূং মরৈ ফারদুনা নুংশি ৱাইথুংনররে। শম্না হায়রবদা থাইবেমগীদি সনা লীকফাং পরেংথক্তা তম্ফানা অমুক থিনবীরকপগুম থোক্লরে। থাইবেম্মগী মায়থোঙ মকা লাম্মী মরমদি মহাক খংজৈ, থামকিশ্বরনা মাবু কা হেন্না নুংশিবীবসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা মহাক মনীং তম্না য়ূমদুদা খুৎলিংলুরনি হায়বা।

ময়ূমদা কেনা নৌনা হৌজরকপী, ইমুংগী থবক ইংখাং হৈরক্তবী অতোনবীগী মহৌশা ব্রারৌচাউগনবী, নিংঙাই কনবী ওইরকই থাইবেম। মাগী কল্লবা নিংঙাইদা মতম শাংনদৈ তুংশিল্লকপা থামকিশ্বরগী পাখং ওইরীঙেগী শেল থুম পূম্বা পুথোক্তুনা চেক্কী ময়ূম শাবা হৌই। অব্রাৎপা শন্বা ওইনা মীগী শেল য়াম্না শেন্দোনশল্লি। ওইহন্নীংবা য়ূমগী মওং-মতৌ থাইবেমগী অপান্বা মওং-মতৌদা লেপ্পী। অদু তৌগদৌবনি, আদা তৌদবা য়াদে হায়দুনা ফোন্দা তত্তনা য়াথং তাউথরকই। ঐসু অদু তৌবা ঙম্বনি, অঙম্বনি হায়বা উৎনবা থামকিশ্বরসু মতিক-মপাগা চুন্নদনা মনিং তেখৎপমখে, মীঙোন্দগী শেল পূশিল্লী, ডুকান্দগী পোৎ শোৎচিল্লী। মমান্নবশিংগী ব্রা তাদে, ইমুং-মনুংগী য়াথংসু লৌবীদে, মরী মতাগী পাউতাকসু ব্রাই শীৎপদৌনা শীৎতোকই। অঙকপা নুপীগী অঙকপা ময়াই হায়বদুনি চূখ্রিবসে। মীগী শেলনা কোনুং শারগা মরল শাদুনা মুকচৈ হায়বদুনি। নুপীগী মমাঙদনা নিংথৌ, মরূপ-মপীজা মাঙদনা শেননিবা হায়বদো থামকিশ্বরগী ওল্লক্লীবা মচুনি। মখোয় অনী লৌনা লৈনরবা মতূং ফনা কুইনা ফাওবা মীগী শেল শিংবা লোইবা ঙমদবদগী লম্বী কক্‌পা, শক্‌লোৎপা, মী উদনবা নাইতোম নাইতোম চেনবা হৌরকই। হৌজিক্কালসে ময়ূমদা শেল থৌবা মী মশীং হেনগৎলকই হায়দুনা অহীংখক্তং ময়ূমদা লৈরনি। মাগী মতৌদুদা শেল থৌবা লাকপশিংগী মীফম য়ূমদুগী শুমাংদা ফম্বা মশিং খঙদনা থোকখ্রবনি। ফরে মসিনা থাইবেমগী মাং ব্রারিনি।

থেম্বীগী মাং ব্রারীনা অসুম তৌই। থাইবেমনা ইম্ফালদা মকে-শেম্বগী মহৈ তম্বা চৎখিবদগী থেম্বী খুঙ্গংদুদা লাইতোম তাহৌই। থাইবেমগী ব্রাখলনা লীচিং ওইদুনা থা অহুগী মতূংদা থেম্বীসু ইম্ফালদা ফি-তুবা লোনবগী মহৈ তম্বা লাকই। থেম্বী মশক্তি ফজবা কৌদে অদুবু রাশীদি চেল্লী, ফিভম শাবাল মওং তাবা ব্রাৎলি অদুবু য়েংবদি অদুম নুংঙাই। মবুক ফৈ, ব্রাহৈ নুংশি, খোনদা ফজে, থক-খা খংনা চংচৈ, করেম কথাইনবা হৈজদে। মহাক্কী অদুগুম্না মতৌ-মতিক্তুদা চহী খরা লৈখৎলবা শামোগী থম্মোয়বু খুদুম চনশিল্লকখি। নুপী থীররোই হায়দুনা চহী শাংনা পাখং ওইরক্লবা শামোগী থম্মোয়দা নৌনা নুংশিগী য়েন্নীংথা পুরক্তুনা, পূক্লীং অদুদা নুংশি ব্রাখল য়াকাইহন্দুনা, ময়ূম পান্নীংলকপগী অকনবা ঈনোৎ অমা থেম্বীনা তম্লকই। ফাগী ফাগীদগী থম্মোয় মরোল ফাওনরক্তুনা, ইকায় ইকায় উন্নরকই। অসুম্না মখোয়নীগী নুংশি গাড়ীসু লুহোং ফান্দা পঙ্খুং ওইদুনা থুংলরখি। মখোয় অনীসু নুংশি ব্রাইথুংনজদুনা হীংমিন্নরি। লাইবকনা চান্নরিসু

লৈকায় অমত্তদগী হৌমীন্নরকপা মতা অনিসে অমুকসু লৈকায় অমত্তগী মৌ অমুক ওইমিন্নররি। খেন্নরিবা হায়ববু লুহোংবা মশক থীজখ্রবসু, ময়ূম নিংথিবদা লৈত্রবসু থেম্বীগী ইমুংদি মীরল তোন্দে, তংদু লৈতনা হীংঙি, চনিং তানা শ্বোর হোল্লী. মীমাংদা মমায় থাংগৎনা চৎচবা ঙম্মী। অসুম্না মখোয় অনী অনৌবা লৈকায়দুদা শাগৎগী মৌ অমমম্ ওইনরকপা থা তরুক তানখৎলক্লে। অনৌবা য়ূমগী মৌগী থৌদনা হেনখিবনা মখোয় অনী নিংথিনা উন্নদুনা ৱারী ৱাতাই শান্নবদি ঙসিগী অসিনা অহানবনি। ফিজোল হোংলবী মতা অনীদু ঙসিদি মতম কুইনগী নুংঙাই ৱারীশিং নোকনিংবা থৌদোকশিং অমুক নৌথোকহন্দুনা থম্মোয় মকা লাম্না নোকমিন্নরি। অনৌবা য়ূমলেপ চরা তমননবা মশাগী ফিভম হোংলবী অনীদু ঙসিদি হৈ চান্নীংবগী ময়াইনা মাঙ্গোলদা হৈতুপ শুবা চামিন্নরি। হৈ চানা চানা অমনা অমগী ফিভম য়েংনদুনা মাগী মাগী মোৎপীনরি। অমনা অমগী হেন্দোরক্লিবা মবুক পায়নদুনা হায়নৈ "নঙগীসে নুপা ওইদৌ মাল্লী, ঐগীদি নুপী শোইদ্রে"। অসুম্না ৱারীদুদগী য়ৌশিল্লকই

"থেম্বী নঙগী নুপাদো কমদৌবগে?" থাইবেমগী ৱাহৈদুদা থেম্বীনা শুল্লকই।

"হৈ, ঐবু লুনা নুংশিনা তৌবি, নঙগীদি থাইবেম।"

"(ৱাহৈদুদা থাইবেম নোকই) ঐখোযগীরো, ঐনা হায়বা ইনবা নুপানে। অসিগী য়ূমশিদা ঐনা পাল্লীবনে। ঐনবু হায়খ্রবদি ঐগী ৱাবু ককপা ঙম্বা কনাসু য়ূমশিদা লৈতে। য়ূমগী থবক ইঙ্খ্যাং ঐ য়াওদে ঐগী হায়ববু ঐনা চানিংবদো মাবু থোংহল্লগা চাই। কোইনিং-লাংনিংবা ইনিংতৌই। য়ূমদসু তোয়না চৎলি। নঙদি শুংলাক্পু লাক্লে হায়রকই ইমাহোইনা। অপংবী ঐনা হায়বা ইনজৌ, নঙসু ঐদৌনা নুংঙাইনিংদরো? নঙগী ইমুং মনুংদো শিজিন্নবা হৈয়ু। নঙ নাশিন্নবা তম্মু। থবক লৈত্রবা মতমদা নাবা ফৌ। নুপাবু খুদোনবীদা থল্লগা পুনিংবা মায়কৈদা পু। নুপাবু তেথহন্নবা ঐখোয়দা য়াওরিবা ময়াসে শিজিন্নৌ। নঙগী নুপা নীংবা অদুনদি য়ারোই ইবেম্মা। মতমসিগী চৎনবীসিদা নঙসু য়াও।" (থেম্বী তু-চুংনা থাইবেম্মগী ৱাদুদা হায়রকই)

"নঙনা হেক ঙাংথোরকপা ৱা অসিমা ...তুগা চুংঙি। ঐদি মদো কয়া ... হুং! ফরে নঙতা নুংঙাইজৌদা। ঐদি ঙমজরোই মীগী ময়ূমদা লাক্লগা মীগী নুংশি চান্ননা লৈজরম্লীবা, ইমুং-মনুংগী মরীবু ৱাখল লান্না খন্নহনবদি, শেংনা-খাইনহনবদি

... মদুগী পারাদুমদি ঐ তম্নক্তবনা হৈনগদৌবা মাপ্দে। অদুনা মদো ঐনা হৈবা হায়বদুদি ওইথোকলরোই থাইবেম। ঐদি ইমা পাবুংবু ঐবু হেক পোকপীবা ইমা-ইপামক্তি হায়না খল্লি। মাগী ঈ-মরীবুনা ঐগীসু ঈ মরীনি হায়না খনদবা ঙমদে। নুপী অমা ওইবগী লমচৎ-শাজৎ, তৌবা য়াবা মদি য়াদবা মশক খংনা তৌফম থোকপা থৌদাদো ঐনা খংশিন উশিন্নদনা লৈবা ঙম্বগী থৌনাদো ঐগী ইমা-পাবুংনা ঐঙোন্দা তশ্নীরক্তে। খেংনবশিমদি লৈশারিঙৌদগী ঐখোয়নিগী মরক্তা লোয়নদুনা লাক্লবা নত্রা?”

(থাইবেম শাউনিংনা চৈরকই) “নঙগী নমাদো অপঙবীনি, অদুনা নখোয় রারীদুনি। নঙগী ননাগী পারা তমদুনা নঙসু অদুম রাজহৌদোইনি। নঙসে ঐগী খাইদগী চান্নজবী ইমান্নবীনি। নঙনা রারকপদো ঐ য়েংবা তারিবরো? ঐদি নুংঙাইখিনি। পুন্সিসে নুংঙাইনবা পোক্লকপা মপোক্নী।”

(থেম্নী অথনা যোম্লবা মীনোক অমা থাইবেংতং নোক্লগা হায়রকই)

“ফবেনে মসিগী রারীসি তোক্লসি, ভাক্তদ হেক অপ কয়াবক্তি চৎল্লববা? কবি-কারদি হায়রক ..” (মরক থত্তুনা মীওই অনুম-মরী চংলকই অদুগা থামাকশ্ববু হৈগৈঙ, শেল-তোনবা শিংনাগী মতম কাযন্নবগা ময়ের-মরা কন্না য়েংনরকই। ইমুংদুবু মীশিং অদনা মীওইনা উদনা অথাবা রাহে পোন্দাদা চৈ পাংলক্লগা মতম থাবল্লগা চংখ্রে।)

ওইখিবা যিন্ডম অদুগা মানা ঙসাইদগী ঙাং শকলন্নীবা রাশিং অদুগা খন্নবকপদা থাইবেম থেম্নীগী মাংদা খঙই উকার্যখিবগী মওং অদো লোৎনবা তোৎনরকই। অদুবু ঙমদে। থেম্নী ঙকপগা লোয়ননা লৈতাবগী শ্বর হোল্লদুনা মতোমতা খনজরকই, মসিমক্তি ঐগী য়ূমদদি থোক্তি। নুংঙাইবমক মান্দ্রবসু ঐগী য়ূমদি তংদ লৈতাই, মীরা মৈশা লাংদে। মাগী নুপাগীদমক চাউথোকচরকই। অপোকপা অপোকপী অনীবু নীংজরকই। অউনপোৎ মওং তানা পীবীরক্লবসু পেঙ্খোকপা হৈবগী পারা তশ্নীবকপগী, নুপী অমগী গুণ হাম্নীরকপগী, খাইদগী চাউরবা অউনপোৎতুদা। মায়খোঙদা মোমোন নোকপগী মঙাল অমা ঙান্থোবকই। মদোম শোঙ্গবকপগুম “অদুনীদনা”। থাইবেম হেন্না উকায়খি থেম্নীগী মরোল লোন্দ্রবা মায়থোঙদুদা।।

## নুপানা ঙাওরবসু নুপীনা হীরা ওইরবদি...

নুংথিল পূং মরীরোম তাবকপা তানফর্মনি। লৈমা কবুইগী য়ুথক শঙদা য়ু থক্লিবা কাংবুশিংদুগী মনুংদা খোইবীগী কাংবূসু য়ু থাক্লি। শেম শাববা গীলাসশিংদুদা য়ু হৈনা হৈনা খোইবীনা হায়বকই "বোনধু- শা শে পায়নরসি। য়ুদু য়েংলগা রোমেন বাখল তানা,

"নত্তে খোইবী! ইংনা তপনা চনীং তানা তৌসি কৈদৌবগে, অসুক তহা তহারীদুবু অহুমশুবা লাঞ্জাউগা থোক্কদৌরবরা হায়মী?"

"রোমেন ভাই, নঙগী ফাগীদো হেক্তা য়াওবকপা, নত্ত হেন্না খর্ঙডুনি নতাওদি (গীলাস থাংগৎলগা উত্তুনা) মসিগী শক্তিসে মীৎমাংসিদা কুইনা থপ্না হৈনদে হায়বা, শৎ- শৎ হেক্তা লংশিনবনি ঐগী পামজবদি, মসি উরদি নতাওদি কন্ট্রোল ঙমদে, খনাওগসে মরেং-মরেং হেক্তা চৎলকপা!"

"নঙগীসিদি মৈতৌবীনি ভাই, য়াম অথুবিসে য়াম্না থুনা রিটর্ন টিকেট ককপা হায়বদো তাগনি।"

"হায়হৈদে নঙবু, ওনথোক-ওনথোকপা য়া কেনগদৌবা ৱা ঙাক্তা হায়গল্লী নঙসে! অহীংবা, ঐখোয়গীদি অশীবগী ৱারী শান্নফদে, নুংঙাইহিসি হায়বনি, নুংঙাইহনবা পোল্লকপা মপোক নত্ত্রো? ইনট্রেস হাৎকনু" (ৱাহৈদুদা কুল্লা য়াওশিল্লকই)

"নোকনিংঙিদা মীসে অশেং-অশেংবা হায়রবদি শাউনিংবা জাংনি হাবসি তাবুদি তারবসু ঙসিদি থেংনরে। শক্তাসিগা য়ুনা পাল্লীবা অদুগা শীবগসু কিরীবা ওইরে। শীনবগী লম্বীনিনে ঐখোয়না তাল্লীবসে, শীজরগে হায়দুনা পাউজেলচে তৌরীবনি অশীবগী লাইদা। য়েংঙু মসিগী শক্তিসিননি ঐখোয় পুন্নমকপু লানবীদোয়নি ভাই।" (খোইবী শাউনিংনা ওনশিনলকই)

"কুল্লবীধু, নঙগী নমীংসে ঙসিদগী কুল্লাবুদু হায়না কৌ। ঐখোয়বু নুংঙাইহল্লীবা পোত্থাহল্লীবা পোৎশিবু নঙনা মরাল পীশিন্নু। থক্লবসু শীগনি, থক্রবসু শীগনি, অশীবগী মরল তোন্দবা কনা লৈ। হীংলিঙৈসিদদি ঙৈহাক নুংঙাইহিসি হায়বনি। ঙসিগী লায়নানা, নোংমৈ, বোম, লাম্বীনা হাৎলিবা, এক্সিডেন্টতা শীরীবা, হাৎনা শুনরীবা মরকশিদা য়ু থক্রগা শীররোই হায়বগী থাজবা য়াবা তংদাংবা করিবু লৈরীবগে?"

"অদুবুদি চুম্মী ভাই, কবিসু থাজনিংঙাই লৈত্রে। পুন্সিসে শাংনা হীংবা ফংখিনি হায়বগী তংদাংবা করিসু লৈতে লমদমসিদা। পোকপু পোক্লবদি শোয়দনা নোংমদি শীরগনি হায়বসিদি নেচরগী লোনি। কনা অমত্তা নাম্থোক্কনা অশীবগী খানুংদগী চেনবা মতিক নত্তে। অদুবু খুৎসি খুৎসিদগী ৱানি।" (রোমেনগী ৱাদু মখা শমথরকই কুল্লানা)

"ঐখোয়না হায়বসিদি শীবুদি শীরগনি হায়ববু, থুনা শীগুম্সি, হীংবা য়াবা মতম খনদি হীংমিন্নসি হায়বনি, কবি কায়বগে খোইবী ভাই!"

শু নোমদুনা শেন তানগনি হায়বগী ৱাখল খনবা ঙমদ্রবা, য়ু থক্কুনা জ্বার শান্নদুনা য়ুমগী নুপীবু শুমদুনা ওৎ-নৈর্গনি খনবা খোইবীগী লিচৎতুদা মহাক্কি নুপী তম্ফাগী পুন্সিদি অৱাবগী মশকনি। মচা অনীগীবু হোৎনগদ্রা, ইমুংগী পুকচাকপু হোৎনগদ্রা মকোক ঙাওরবীনি তম্ফা। মহাক্কি মরায়বক তমথিরি। মকোক কোকচাউবী কাদুনা কংদ্রিবা শীংশিংদু মৈ চাকননবা চাকশঙদা হোৎনরী তম্ফা। মচা অনীদুগী অরাম খৌরাংবা কোকননা থোংলীবা চাকতো মৈ চাকউ য়াদবনা মৈখুনা পুম্মম মমই ইমূংদু। কোম্থোংলোমদৈ খোইবী য়ুগী ময়ায়দা ঈশৈ ঙংদুনা চংলকপগী মখোল তারকই তম্ফা।

"হে, য়ু নঙ কৈদৌ লৈরমলী, লৈরবনিনা পেন্না থকলে, থকলবনিনা ও-ঙৈ ঙাওরে, ঙাওরবনিনা ... খু ... খু... খুৎ" (মরক থৎলকই তম্ফা)

"ঙাওরবনিনা কৈদৌরবা হা হায়য়ো কৈদৌরগে মখাদি?"

"ঙাওরবনিনা খুৎসে জার শান্ননিংঙে, নঙবু পৈশাকা লৈজবরো? লুপা ২০০ তা পীয়ো, মাঙহনবীরোই মথোয় লুপা ১০০ হাপ্পীনি।"

"ঐঙোন্দদি কদাইদৈ পৈশা, নঙনা পীশিনবরো? ইমুংশিনা শি-য়ৌনা ৱারে খঙলফাও ভাব মচেৎ অমত্তসু তাবীয়ো হায়বা। য়ু থক্লনবা জার শান্ননবা পৈশাদি লায়বু লায়রি নচা অনীসিগী মবুক থন্ননবা চেং ৱান্ননবা হয়েংগী চেং লৈত্রিবসে অমুক্তা লৈহনবীয়ু য়ূম্মুরেনবা!"

"চেং লৈগে লৈয়ু লৈরোই তোকউ মদু ঐগী ইথৌ নত্তে নঙগীনি, নঙনা মমা অমা ওইরগা মদু হোৎনবা ঙমদ্রবদি নঙ লৈবগী করি কান্নরি। ঐগী ৱাফমদি মদু নত্তে, ঐগী ৱাফমদি পৈশা পীয়ু হায়বনি। পুগেরা লাককেরা ঐগীদি পৈশা পীদবা য়ারোই।"

"নুপীনা শু-নোম্নগা ফমজা চাদুনা লৈগনি খল্লীবা নঙবু করম্বা নুপানো? মীগী মরলনা ঙক্লী য়ৌনা পৃথরক্লবসিফাও পেনবীদ্রীবরো? সুম্মাইনবু হীংনবরো পুন্সিসে?"

"নঙগী নচীনদো হেঞ্জিনজরকচনু (খুপাক উৎলী) অসে নঙ করি ওইনা উগে? থাজিল্লক্লবদি নমাগা লোইনা উনি খংলেদনা!"

"ফুগেসু ফুবীয়ু, ঐবু ফুরগা লোইনা ফংগনি হায়রবদি। ঐনা হায়জবদি নুপীবু ফুবা ঙল্লীবা নখুৎতো, নপাঙ্গলদো পুখোক্লনা ইমুংগী অৱাৎ-অপা মেন্নবা শু-নোম্বরোমদা ওইনা শীজিন্নবীয়ু হায়জবনি। মসিদা কয়াম শোয়রবনো ঐনা?"

"নঙগীসিবু তম্ফা! ঐঙোন্দা ৱারকইবা হায়দুরো? হো হো ওম্থোকনা ইকায়জখ্রেদা ঐদি, ঐসে নঙোন্দা য়াম্না লানখ্রে তম্ফা, নঙ শাউরনোবা ... হে ... হে অসুম হাযনা হায়রক্লনিকা খনব্রো, অসে লীলাগী ফম্বাক নত্তে খোইবী ঐগী য়ূম্নী, লীলাকা শান্নরক্লনু খঙলেদনা, কান্নদবদা মতম মাঙহল্লে নঙনা ঐগী, পীরকউ কদায়নো? ঐসু তানবা য়াবদি তাল্লুগে হায়রিদনা?"

"ঐদি ও- খোংনা কপকদৌবতা ঙাইরে, লীলাদি ঐগী পুন্সিসে ওইরনি, খোইদৌশে খল্লা-খল্লগা প্রোক-প্রোক চাকই নঙগী নাওংসে!"

"ও! প্রোক-প্রোক চাকপী নঙকো প্রোক প্রোক চাকচহৌরে, ঐদি চৎলে"

"ঐগী ইরায়বকসে কয়ামুক য়াম্না ফৎতবনো? ঙসিনমুক কনাগীদা শেমজিন ৱাহৈ থাদুনা লীলা শান্নরুদৌরীবা, নীপা ওক্তবা থেংনদৌ শরুক মথঙ মপোক্তদি য়ুমকা শুংপান পানজরোই।"

নুমীদাং পূং ১২ য়ৌশিল্লক্কদৌরে মতমদু। মচা অনীনা নিংঙায়দনা তুমখ্রবা মতুংফাও তম্ফা উইথবা ঙমদনা মপূরোইববু ঙাইরি। ঙাইনা ঙাইনা ৱাখলদা মওন-মওন খনজরকই। মানা অসুম হায়না অসুম য়ুদা য়ুরাইচন জ্বারদা জ্বারাইচন্দুনা লৈরবদি, পীক্লীবা ইচা পীশক অনিসিগী মরায়বক ওন্থোকনা থিহৌরগনি। মসি খনবতদা তুমশি তুমঙমদে, হীংশি কদাই হীংফম লৈতে, শীশি কদাই শীফম পীদে। জ্বারনা মাগী সরগা ওনখ্রমাল্লে। ঙসিনা অমুক কনাদে, করম্বা থোকনো পাংলমদোইবা। হয়েং নুংঙ্ঙানবগদি ৱাথোক অমা অমুক থোইগৎলক্লগনি। ঐসে হীংনিংদ্রে অদুবু ইচা অনীশিগীদমক খনবদা শীবা ঙমদবনি।

জ্বার শান্নফমদৈ হল্লকপগা, শেনমাংগী অশাউবা ফুদোক্তুনা, ময়ূমগী থোঙ নমখাইনবা হোৎনবকই খোইবী। ইমুং কানশিল্লকপগা নিশা খাইদুনা মীগী থোইদৌ শীক্কদবা ৱাহৈ-ৱাতা ঙাং শকলক্ই। মতৈ-মনাউ ওনশিন্নদুনা চৈ-ঙাংনরকই। তম্ফাগী থেমজিন ৱাহৈ পূম্বা হু ওইনা লৌদুনা মৈ হেন্না-হেন্না চুশিল্লকই খোইবী। শৌগ্রী থোংববু য়েঙ্গাংলা হায়দুনা চাক-পুখম তেংকোৎ পুন্না নপাদা পীজৌ হায়দুনা খোইবী লংশিল্লকই তম্ফাদা। মীনোক মৈশা লাংবা মখৈ পূদুনা মশাফাওবা মবুক থন্দবমখৈ খাকচবা চাক য়েঙ্গাংদো মাগী নুপানা লংশিল্লকপদু উবদা তম্ফা শাবীং তৈই, চাক য়েঙ্গাংদা ইকায়বা পীবগুম থোকখ্রে। মমীৎতা মপী শীন্থনা হায়জরকই, "চানিংদ্রবসু অদুমনা তৌবা হৌনবরা? মসিগীদমকতনি ঐখোয়না শু-নোমলিবা পূম্বা। অহাওবা চাবীনিংলগনা শেল তানবীরো, হূমাং মমলনা তানবা মৈশানা অহাওবা চাবীরো, ঐনা নঙবুদি অহাওবা পীজবা ঙমদিয়ে। ঐঙোন্দা হাওনা থোংনবৈ মচাক শিন্নবীয়ো?" তম্ফা পেরী-পেরী মচাশিংগী নাক্তা চংশিন্দুনা হীপথখ্রে।

নুপা ফত্তবা শীবা ঙাইবা, মচা ওক্তবা চাউবা ঙাইবা হায়বসে ঙসিগী খুন্নাই অসিগী নুপী অয়াম্বগী লৈতেং ওইরকলি। তম্ফা মীকুপমত্তা য়ূমদুগী মখাদা

লৈনিংদ্রে। মাগী থম্মোয়গী লৈতাবা হায়বদো মচেৎ অমত্তা পুন্সিদুমগী ফংগদৌবা মানশিল্লক্রে। অদুবু মহাকনা ইমুংদু থাদোক্তুনা চৎখিবনা ইমুংদুগী লৈতাদ্রবা ফিভমদুবুদি কোকনবগী লম্বী নত্তে। পীক্লীবা মচা অনীদুসু পুন্সি লমহাংনহৌরগনি, হায়বা মা খঙ্ডি। ফরবসু ফৎত্রবসু লাইশংনি হায়নরিবা নুপীওইবশিংগী নুপাগী ময়ূমদুনা ফনা অৱা কোম ওনখ্রবসু নুপা ওইবশিংগী মীৎয়েংখাদা হীংবা হায়বসে নুপীওইবশিংগীদি লীন হাৎনবা লীচৈনি। থাজবা হায়বশিগী লংজিন অমা পায়দুনা নোংমদি ওক্কুবা মপুরোইবা মীরোল তারকখিনি হায়বসে তম্ফাগী অচেৎপা নিংজবনি। শকউদবা হায়বা অমা লৈরীবনিনা মঙোন্দা তম্ফনা চেৎনা থাজবদু থমজনি।

নীংজবনা অমা তৌথোরকপনা অমনি। খোইবী নোংমা-নোংমগী ফত্তবা হেক্তিল্লকই। ইমুংগী পোৎ চৈ উচি চাকহোন্দা অমত্তা লৈশিল্লক্রে। কনাগী পুখম, তেংকোৎ, গীলাসতৈ হেনদোবক্তুনা নুপীনা শেং-চারীবা মফি-মরোল ফাও লোইশিল্লক্রে। নুপানি হাযদুনা মনীং তম্না পাল্লী যূমদু। থিংলবগনা ঙম্মী হায়দুনা যু-চৈরীবা ঙাক্লেনি নুপীবুনা। কনা-কনাগুম্বগী নপাদি মাগী নুপীসে কে-মৌদুনা লৈহন্নবগীদমক অরং-অরাক্কী মপোৎ-মচৈ রাংহন্নদে অদুগা মাগী নুপাদি ... মদু খল্লবগা তম্ফা তাথিরবা লাইবকতো খুদুম্না শুনিংঙ্গি। মবক মরক্তা চৈনিংই তম্ফা মাগী নুপাদা ওনশিন্দুনা। মাগী নুপাগী লীচৎতুদা "জার শান্নবা চীম্বীবা, যু থকপা হুরানবা" অদুবু ঙমজদে খনজবতনি। মীগী মচা-মশুশিংনা অফবা স্কুলদা মহৈ-মশিং তমহন্নরি, মফি-মরোল অফ-অফবা শেৎ-চাহন্নরি, মমল য়াম্না য়াল্লবা শান্নপোৎ, মচি-ওইবা চিঙ্গাক পীজনরি অদুগা মাগী মচাদি কদাই, স্কুল ফাওবা তমহনবা ঙমদে। মদু খল্লবদা নিংঙমজদে। মচাশিংগী মতৌ য়েংবা ঙমদে। মচাশিংগী নিংঙ্গাই থুংহনবা ঙমদবৈ খোইশাওনৈ। খল্লকই মাগী নুপাদুনা ব্রাখল তারম্লবদি অস্যক থিনা নিংঙমদবসি য়ৌরমদবা যাই।

যু থকমনবদৈ শোকচিল্লবা মশাদু মতম খরা যু থকতনবা হায়জখ্রবসু খোইবী যু থকপদি লেপতে। শীগদৌরবা পুন্সিসে শীগনি কিদুনা যু থকপা তোক্তুনা হীংববু অমুক করিগী কল্লকলুনি। যু য়াওদ্রবা পুন্সিদি থরায় য়াওদ্রবা হকচাংনে অদুনা যুদি থকপা লেপ্পা য়াদে খনজবা খোইবীনি। যুদি অদুম তাইবংসিদা লৈহৌগনি, চৎখিদৌবদি যু থক্লীবা ঐখোইতনি হায়বসিসু খঙ্ডি। মচীন্দা লাউই হে! যু নঙদি

শীনাইদবনি নঙবু থকতুনা লাকনরক্নি, ঙসিসু থক্নরি হয়েংসু থক্নখিগনি মীওইবা ঐখোয়না, নঙনদী লান্বীরি, লানবীখিগনি ঐখোয়গী থব্রায়শিং ... (মকোক চাউখৎলক্তুনা ঙাউরকই, ওক ... ওক ... ওক ,,, থাগেরক্তুনা তুথরকই, মচিন্দগী কংখু খুরকপা লোক মরক্তা ঈ ওথরকই)

খোইবী ফমুংদা হীদাক য়ান্দুনা লৈরম্মী ব্রাখল তারকপদা। মনাক্তা লৈরীবা মচা অনীদু চরা অনী হেনবগী অরাম খৌরাংবনা নিংঙাই তৌরকই। খোইবী তম্ফাবু য়েংলকই অদুবু থবক শুবা থোকখিবনা উপাই লৈতে। মপা অমা ওইবগী ব্রাখল চংলকলবা খোইবী মচাগী অরাম খৌরাংবদু য়েংদুনা লৈবা ঙম্লক্রে। মমোন্দা খল্লকই, তম্ফা ঐগী লাইবক থীরবী ... নঙবু ঐনা কয়াদা ব্রাহল্লবা ঐসে কয়াদা পুকচেল পীকখ্রবা জীব অমনো? ঐগী পীক্লবা পুকচেলশিনা ঐতগী নুংঙাইনবা খল্লুবনা নমা নচাবুদি মৈনুংদা হুনজিনলমলে। অদুবু ঙসিদি থেংলবসু থেংনা ঐ ব্রাখল তারক্লে, ঐ ঙসিদগী য়ুবু ইখুৎশিনা শোকখ্ররোই, জ্বার- চে পায়খ্ররোই। নঙগী নত্তেং পাংদুনা, ইচাশিংগী নুংঙাইনবা হোৎনরগে। নুপা অমা ওইবগী, মপা অমা ওইবগী তৌফদ্রবা ইথৌদাং ঐ চপ চানা পাংলগে। নখোয়বু মোমোন মীনোক নোকহল্লগে তম্ফা! নুংশিনা মচা অনীদুবু মথাদা কোন্দুনা শ্বোর হোম্বুজে খোইবী।

য়াক্না শারবা নুংশা মৈশারক্তা থবক শুদুনা, ফংলকপদুনা চেং-হব্রাই খরা ব্রাল্লগা ময়ূমদা প্রপ-প্রপ চেল্লকই তম্ফা। মপা মচা অহুম কোন্নদুনা অরাম খৌরাংবা খাংমিন্নরম্বা মতৌদু উবদা থাজদ্রদুনা মুন্না য়েংঙি তম্ফা। মমাবু উবদা মচা অনীদু মমা তম্না চেনশিনখি। মমাদা ওইনজে। হাথু-হাথু লৈরং মৈ চুখৎতুনা চানা-থকনবা থৌরাংঙি ...

"তম্ফা, ঐ নঙবু মশক মুন্না খঙবা ঙম্লদ্রে, নঙদি কালেম্বাগী লৈবাকলৈনি হায়বা ঐ ঙসিতা ময়েক শেংলকই। কালেনগী শারবা কিনরবা নুংশা মৈশারক্তা থোক্তুনা পুক্নী খাংঙমদ্রবা মৈচাকপু কোকহন্নবা থবক শু-নোমদুনা চেং-হব্রাই লাংলীবী, অনাবা ঐবুসু লায়েংলীবী, নঙদি অথোইবীনি। ঐতনা মীনুংশি খংদনা পুকচেল পীক্তুনা হীংচাবা শাদুনা নঙবু ওৎ-নৈবীবনি। মপা অমা ওইবদা মতিক চাদ্রবা, নুপা অমা ওইবদা চাং তারবা পুন্সিনি ঐসে নখোয়গী নমাংদা। নোংমত্তা ইচাশিংসে করি চারী, করি শেৎলী য়েংশিনদ্রবা ঐদি শীজিখিবনা হেন্না ফরবনি তম্ফা। ঐসে কান্নদ্রবা মীনি।"

"করিনো তাকপীরীবদুবু ... হকচাং ঙম্মীদ্রগা অদুগুম্বা ব্রাখলদু খনবীবা হৌনদে। মোই মপাদি তুশোল্লবী ঐগী লাইবক্কী চন্দননী, মীহৌবশিংগী লীনহাৎ লীচৈনি। ইচাশিংশিগীনা নৌরেলনি। পূম্নমক্কী মঙাল ওইরীবা কোরৌহনবনি।"

"ঐ হীংখিনি, ঐ শীখিরোই অদুবু পুন্সিসে ঐগীদমক হীংলরোই, নখোয়গীদমক হীংখিনি। লম্মাংনরুরবা ঐগী পুন্সি লম্মীসে ঙসিদি অমুক হন্না লম্মাংনহল্লরোই। ঙসিদৈ নহাকনা য়াদবা য়ুসে থকখ্ররোই। ঐনা নঙবু কয়াদা ব্রাহল্লবা, নঙ অমুক্তং ঐবুদি ... ঙাক..."

"হায়হৈদে, মোইবা, অদুম্না হায়বীগনু ... অয়ুক্কী নুমীৎ নুমীদাংদা তাখিদুনা অয়ুকতা অমুক হল্লকপবু হৌনশা নত্ত্রো? কনাসু লানদে। মীকুপশিতবুনি ঐনা মতম কুইনদৈ লাইনীং ওইজরকপা।"

"নুপানা ফনা ঙাওরবসু নুপীদুনা অখাং কনবা হীরা ওইরবদি ... পূম্বা ওইথোক্তবা লৈতে হায়বসে ঐসু ঙসিদি খংলে"। ( নুংশিনা তম্ফাবু য়েংজদুনা খোইবীগী খুৎনা তম্ফাগী মকোক্তা নাম্বরকই)।।

# থম্মোয়সিরা নুঙবু থম্মোয়দুরা?

চাউখৎলবা ঙসিগী মীরোল অসিগী লম্জেন্দা কনা-কনানো য়াওবা ঙম্ফাদৌরীবা? চাউখৎলবা মফমদা পোক্চরবসু অরা-অনং ময়োক্ য়ারীবা অমনা মতৌ করম্না রাৎতা-তাদ্রবা মচা-মশুশিংগা চাং মান্নানা লমজেন চেনবা ঙমগনি। পূর্নসিগী লানফম্দা হীংননবা লানথেংনবীবা অদুগুম্বালক্তা সনাথোইসু অমনি। এমঃএঃ লোইশিনলবসু শঙ্গা লৈজদবনা, শেল লৈজদবনা হোৎনজবা খুদিং নিংজবা কায়বতনা মশরুক্ ওইজবনি। লাইরবা ইমুংদা পোক্লুবা মপোক্ ওইবনা লাইরবা হায়বা রাহৈসিনা মাবু লাক্থুদুনা লাক্লি, মরাল ওইরি। অদুবু নিংহন্নবা ময়াম্গী মরক্তা মহাক্কী থৌনা, কন্না তোৎননীংবগী অশা অমদি অচেৎপা থাজবগী মঙাল অমা থাগোন্নরীবা মীশক্ অমগী মমী তল্লী। মহাক্কী অদুগুম্বা মগুণদুদা ঙাওজবা মীওই কয়া লৈ। থোইদোক্না থোৎ-নৌরবা অহেনবা গুণ অমসু মঙোন্দা য়াওরি। মদুগী মশেক্ মঙালনা মাগী তোপ্-তোপ্পা মশক্ অমা ওইরি। অচূম্বদা থাজে, কদাইফাও য়ৌনা থাজবগে হায়ববু অচূম্ববু ঙাক্-শেন্নবা হোৎনবদা মাগী

হক্চাংদা কাইদোংলিবা থব্রায়ফাও কখোক্পা ঙম্বগী মরীংজেল পাল্লী। অশেংবা য়ূম্‌দগী হৌরক্পা ওইবনা ফজথ্রবা পূক্লীং ব্রাখল থৌনাগী অরংবা হীরাগুম লৈহাও চেনবা মাগী হক্চাংনি।

নোং থিৎলি থিৎলি চুরীবা অহীং চবুক্নি, লম্বীগী গাড়ী ঙাইফম্ শঙদুদা ঙাথদুনা, মশম্ ইফা-ফারবা, ফিজোল নিংথিনা শেৎকনি কাওরবা অঙাওবগুম্লবা নীপা অমা পোখারী। মাগী মমীৎ অনী অদো পীগী ইরানা পূম্না চোৎলি। করি করিগুম্বা মতাংদা মাগী মীৎতা মপানা অরোইবা য়াহীপ্ তানখিবা, মৈনা তুম্‌খিবা, ময়ূম্ হুন্দোক্লুনা লাক্খিবা পূম্বা মমী-শামী মতৎ-মতৎ ওইনা উরি। থম্মোয় নুঙগুম্ কন্‌শিনলম্বদে ইশিং মপংনা মহী ওম্থোরক্পগুম্ নৌথোরক্পসু মাল্লী।

য়ুনা পুম্না ঙাওরবা নীপা অমা সাইকল তোংদুনা লাক্ই, সাইকল লেপ্তুনা ঙাশিনলম্লগা চেনশিনলক্ই নোং থুপ্নবা। নুপাদুসু নাকল অমদা ফম্লদুনা নোংনা চোৎলবা মশাদো ফি-মচেৎতুনা নাম্থোক্লী। অঙাউবগুম্লবা মতৌ লোইনরীবা নীপাদো উবদা করিসু কোইবা তৌদনা হংলুই "ভাই! ভাইশিবু ঐনা হান্না শক্ উজথ্রবগুম্ তৌই (মথন্তা খনজে) উং কদাইদনোমা উখ্রে, কদাইদনো? ঐগী ব্রেনসে য়াম্না সার্ফ ওইরম্বনি, য়ু অসিনা খজিক্-খজিক্ চাশিল্লক্লক্লুনা হৌজিক্তি মপুং ফানা ময়া থৌদরে, পুংপঙ পংশিলহল্লে। (হৌনা নোক্লদুনা) উদি উখ্রেদা অদুবু কদাইদনো? ও... ও... ও! নিংশিংলক্-এ মান্নি পীঃএমঃআরঃব্রাই.-গী লোন লৌনবা হোৎনবগী ফোম পীশিনবা নুমীৎতুদা শক্খঙ মাইখংনখিবা ভাইদো নত্ত্রো ভাইসিবো?"

"মান্নী ঐনী" অঙাউবগী শক্লোন লোইনরীবা নুপাদুনা খুম্লকই। মাগী মায়থোঙদো অমুবা নোংগী মপৈ পুরীবা লৈচিলনা পুমথন থল্লী। অমুক্তসু নোংগী ইরিক অমত্তা ফংদ্রবা থৌগংলবা লৈক্রক্ ময়ীনা চেকখাইরবা লৈমাই অমগুম্লসু উরী। অব্রাবা চৈথেংতনা য়েক্শিনবীরবা চৈথেং কয়াগী ব্রারী কয়াসু মমী তারী শক্তম্‌দুদা। নোক্পা কাউখ্রবা চীনবালনি।

"ভাইবু য়াম্না থাজবা ব্রাংবা, ব্রাখল থৌবা, থৌনা লৈবা, হোৎননীংবা মীশক্ অমা ওইখিবদাই? অদুগা করিগীনো, ঙসিগী শক্তম্ অসিনা, মতিক্ চাবা মী অমা ওইবগী মগুণ শুনা য়াওরবা ভাইগুম্বনা অসুম্না চন্নদবা, কাঙখা থাংগুম্ মথৌ য়াওদনা অরেম্বদা মাংদুনা লৈরল্লীবা?"

"মসে ঐগী মহীদা য়েক্লন্নবা তন্নন্নবা পুন্সিনে। অদুনা ঐনা ঙসি অসুম্‌হায়না হীংলিবনে, করিদি উপাই লৈ, লাইরকোন্দা হৌবা পুন্সিনে! লোন মশিং খংদনা থাখ্রে, ইন্টরভিউ মশিং খঙদনা য়াওখ্রে, হোৎনফম্ থোক্পা চাংদগীসু হেন্না হোৎনখ্রে! অদুবু করিদি খেৎনরি ফলদি অমত্তনি, মীসে ক্বালিফিকেসন্দা, থবক্কী হৈশিংবদা, ব্রাখল লৌশিং চাউবদা য়েংলমদ্রে পুক্‌চেল শেংবা অরেপ্পা ব্রা ঙাংবদা করিসু মগুণ লৈরমদ্রে। মথৌ তারীবা হায়ববু মীদুগী পুন্সিগী থাক্, শেল-থুম্‌গী ফিভম্, শঙ্গা অমদি দান তৌবা ঙম্বগী চাং অদুতনি। অদুনা ঐনা তানশিল্লুরীবা ঐগী ব্রাখল লৌশিং, হৈশিংবা, লাৎচরুরীবা শক্তাক্ চেশিং, মেদলশিং অসে পূম্নমক মমল য়াওদবা ঙৈহাক্কী ইশা ইথস্তা নুংঙাইজনবা পোৎশক্লি। মখোয়শিং অসে মমল য়াওদবা কান্নদনা চন্নদবা চেজমশিংনি, ফক্লাং টেবলগী লৈতেংনি, তাইবংশিদা মখোইগী ভেলু করিসু লৈতে, মসিগী অশাদা হীংজরম্বা ঐগী খ্বাইদগী নুংশিজবী মহাকসু ঐবু থাজবা ঙমদনা, ঐগী হৈনিংবা থৌনা পৃম্বা পুদুনা মহাক নুংঙাই য়াইফখরে। মহাক লৈত্রবদা ঐগী পুন্সিসে হীংনিংদ্রে, পুন্সিবু চাংয়েংলীবা মঙোন্দা ঐ ব্রারৌই, মহাক্না শেম্বীবা পুন্সিদা অসুক্ কনবা চাংয়েং, চাংয়েংদুগী পনখৈ অমদি লৈহনফম্ থোকই, ঐনা মঙোন্দা ব্রাকৎলি ঐনা হীংলিবা পুন্সিসে মালেমসে লূম্নবা পোক্লকপা মপোক্ অমগীদমক্লা হায়না?"

"নঙগীসিদি ফিভম্ শাথিনা শোক্‌চিল্লে হে! অদুবু ভাই, অরুববু অরুবনি হায়না অদুম খন্দুনা লৈরগদি মদো পাঙদবা মীগী মচৎনি, শাজৎনি। ঐখোয়গী ভাইদি অরুববু লাইথোকহনবা ঙমবা ব্রাখল লৈবা মীশক্লি নত্তুনে? য়ু আর জিনিয়স... ঐগীসে পাউতাক্ নত্তে পাউদম্নি"

য়ু ঙাওবা নীপাদো অদুম্ অদুম্ তুথরক্‌ই, ইশী শিথনা নাখোল্লকই। সনাথোইগী শীথরুরবা হক্‌চাংদা অনৌবা থৌনা অমগী মরু হুল্লক্লবগুম্ মশা খীংলক্‌ই, শিদ হীদাক্ থক্লবগুম্ মমীত্তা উরক্‌ই মমী শামী, মশেক্-মশেক্ ...

মণিপুর য়ুনিভর্সিটি কেম্পসনি, সনাথোই লাইব্রেরীদগী লাইরিক্ অমা লৌদুনা খোইজংনা পারী, মতূংদগী কনাগুম্বী নুপীগী খোঞ্জেল অমনা হায়রক্‌ই,

"ব্রারৌবীবা য়াদে করিগুম্বা অমত্তা তান্নজগে হায়ববু য়াম্না অকায়বা ওইরগদ্রা?"

(নুপীদুগী মায়থোঙদো উবদা, শুম্‌হৎলগে মতাগুম্লবা মীনোক্তু উবদা ঙাওই, নুপীদু মশক্ য়াম্না ফজে) "চিংনদনা হেক্তো হায়বীয়ু, করম্বা ব্রাফম্‌দা ..."

"ঐসে খঙদবা অমা লৈরে। ইমান্নবীশিংনা অদোম্‌সে সবজেক্ট অসিগী নিংথৌনি হায়, অদুদা ... "

মহাক্না মাগী চনৈনরীবা মতাংদু তাকলকই, ঐসু ঐনা হেক্‌ খঙজবা মখে মাঙোন্দা খঙহন্নবা হোৎনৈ। মহাক লাইরিক অমদি তাক্লীবদুদা মীৎয়েং চেৎতে, ঐগী মায়থোঙদা য়েংদুনা হেক্তা লৈরম্মী। ঐগী ব্রাখল চনৈনরকই মাগী মতৌদুদা। করিগীসু মওন-মওন খল্লোই মশক ফজবী নুপী অমনা শুম্‌ঙে য়েংলক্লগা পাখং থম্মোয় অমনা ঙাওরোইদৌবগী মরম লৈরিবরা? সনাথোই হীরমদো শুগাইনা তাকপা লোইরে। নুপীদুনা থাগৎ-ব্রাহে হায়রকই,

"য়াম্না ব্রাবীরে, খঙদবসু খঙহনবীরে অদুগীদমক পনখে লৈতনা নুংঙাইজে, অদোমগসু শক-খঙনজবা ফংজরে অদুদা অব্রাৎপা অমনা ..."

"হায়বদি ... "

"শকপুদি খঙনজরে হায়ববু মীংদি খঙজদ্রি ..."

"ঐগী মীং সনাথোই"

"য়াম্না ফজে, চুন্নবা নুংশিবা মীংনি অদোমগা, ঐগীনা নিরুপমা, ঙসিদগী খঙনবা হায়বদো হৌরদৌবনিনা, থেংনবা মতমদা কৌনসি, (খুৎ-তিংথোরকই) ফ্রেনডস ..."

(খুৎ তিংথোকতুনা শোকই) "করিসু অকাইবা লৈতে" মাগী মোল্লবা খুৎশাগা থেংনবদা ঐগী পুক্লীংদা তিংলাউবা ইপোম অমা হৌরকই, মহাক নোকমীনরা মায়থোঙগা লোয়ননা চৎখি, ঐ লৈফম খঙদা চরাংনহৌই।

ঐগী মায়থোঙদা নোংলীক্‌ মরীক মরীকশিং হায়জিল্লকই। ঐ খংপ্রেক খঙত্তী। নোংসু তমথীনা ফনা কন্না চুরল্লী। অহীং তাংলৌ মতমসু চনশিনলমলে। মচী অমদমুক থৈজিন্দুনা উংই, নিংশিংলকই ...

লৈকোল অমদনি, মহাক্না ঐবু উন্নসি হায়দুনা মফম অসিদা পুরকপনি। মহাক্কী মায়থোঙ তরং-তরংত্তী, মাগী অদুগুম্বা শক্তমদু উবদা ঐ অমুক্কা হেন্না লৈতাফম খংলক্তে। ঐ নাপীমথক্তা ফমথৈ, মাসু ঐগী তুংদা ফমথরক্কুনা ঐগী নঙগন্দা ঙাশিল্লকই। ঐ হায়ফম খঙদে মহাক্কী অদুগুল্লবা মতৌদুদা, হায়দোকখি ...

"ঐ নঙগা অসুম্না ফম্মীন্নগনি হায়বসে থাজরুদে নিরু ..."

"থাজদবা মফমদা অঙকপা লৈবনে (হায়ফেৎ নোক্লগা) থীনা রোমান্তীক ওইবরা?"

"ঐখোয়গুম্বগী লাইবক্তা রোমান্সকী শরুক থুংদেদা ... "

"অদুগুম্বা নুপা অমগী ৱাঙাং মান্দবা ৱাদো ঙাংগনু ... থৌনসু খরা লৈয়ুবা, নুপী অমগী মমাংদা ইকায়দ্রো?"

"ঐবু থৌনা য়াম্না লৈতনা উবীরবরা ... ?"

"লৈ, নহাক থৌনা য়াম্না লৈবা মীশক্লী, মদো ঐনা খঙ্ঙী, অদুনবু অদুগুম্বা অশোনবা ৱাদো ঙাংগনু হায়জবা।"

"অদুদি নিরু ... করম্বা ৱাঙাংনো ঙাঙহন্নিংলিশিবো!"

"নহাকসে য়াম্না পংশিন্নবসু হৈ! পাখং অমগা লৈশাবী অমগা অচিকপদা ফম্মীন্নরবদি করম্বা ৱারী শান্নরম্নী। থম্মোয়-ৱা নত্তনা, নুংশি ৱারী নত্তনা? অসুম্না রোমান্তীক ওইরবা মীকুপসিদা খরাসু রোমান্তীক ওইরকউ, থম্মোয় শুম্বা ৱা ঙাংঙু।"

"হৌজিক্কী মতমসে য়াম্না ফৎত্রে, পংশিন্নদবা য়াদে, পাম্নোম হেক্তা তিংথোক্লবা য়াদবা তাঞ্জানি। কনানা খঙনি মী হায়বসিদি হায়বা ঙমদে! দোশা অমা হেক্তা পীশিল্লমদোইনি। ৱাঙাং চাম্মা ঙাঙলিবদো ইশিংদা তাউবা অমত্তা য়াওদে হায়নরীবনি। ঐসু পাখংনি, থম্মোয়সিদা নুংশিবগী ইহৌ হৌরোইদৌবগী মরম লৈতে, অদুবু মতাং-মতম হায়বা অমা লৈ, লেং চান্নবা হায়বা অমসু য়েংদবা য়াদে, থিকনেম্বনা থা লাম্বা খুদোংথিনীংঙাইনি।"

"অদুদি নহাক ঐগী থম্মোয়শিনা করি খল্লী, করি পাল্লী, করি নিংলি, করি হায়নিংলি হায়বসে নহাক্কী থম্মোয়না হায়বা ঙম্বরা?"

"অদুবু ঙল্লদি ঐদি লাই ওল্লেদনা, অদুবু ঙল্লদি ঐনা কৈদৌবে ৱারুনি। ঐবু নুংশিবীবা মীশিং, ঐবু তুকৎচবা মীশিং, ঐবু য়েংথীবীবা মীশিং, মচোই, মচোই খন্দোক্তুনা, লোইনমক্তা ঐবু নুংশিবীনবা চান্ন-চান্নবা নুংশি হীদাক থারমলোইদরো ... হা!"

"নঙগী ৱাতাসিদি লৈত্রে-হে! অদো ঐনা নঙবু নুংশি হায়বসিদি নঙবু খংবীবা নত্ত্রা, নত্ত্রগা মদুসু ... "

"করিগী খংলোই, নঙনা ঐবু নুংশিবীরমদ্রগবু ঐগা অসিগুম্বা মফমসিদা তুং-তুং ঙানদুনা অসুম্না ফম্মীন্নবা হৌনবরো?"

" অদুদি ঐনা নঙবু নুংশিবা হেনবগী থৌনাশে ঐনা হেন্না ফুদোকপা ঙম্মেনে নত্ত্রা?"

"অদুদা করিসু কায়দে, ঐনা নুপা ওইরবসু ঐগী থম্মোয় ৱাসে নঙোন্দা খঙহনবদা চীংনৈ। নঙদী ঐঙোন্দা ইয়াং য়াংনা হায়নিংলিবশিংদো দোং-দোং হায়দোকপা ঙম্মী, মসে ঐসু খংঙি ... "

"করিবুনো খঙলিবা?"

"ঐখোয় অনীগী মরুক্তা লৈরীবা লৈই অসিননী, পুন্সি মহাং অসিননী, ঐগী থৌনাবু শুম চাহল্লিবা!"

"তোক-ও... হায়য়ো! নঙ ঐবুদি নুংশিবরা?"

"নুংশিবা হায়বা ৱাহৈসে থম্মোয়নুংগীনি, থম্মোয়নুংদা অসুম লোৎসনু, চীনবালদা হায়দোক্লগা ময়েং তাখিনি পাম্মুই। ঐগী থম্মোয়সে থন্না লৈসনু। অদুবু তেন্না হায়রবদা ঐনা নঙবু নুংশিরমগনি হায়বসিদা, নহাক চীংনবা কয়াম য়াওরি।"

(হায়ফেৎ নোক্লগা) "নহাকসে ৱা ঙাংবা য়াম্না হৈ ... "

ভাই! ভাই! করি ৱাখলদনো উংবীরীদুবু নোংঙাল্লে! অদুদি ঐ হানগৎলল্লগে বাই-বাই ... য়ু ঙাওবা নীপাদু নিশা হল্লদুনা সাইকল থৌদুনা চৎখ্রে। সনাথোইসু মমীৎ শিংলক্লনা মরূপতুনা চৎখি মায়কৈদা খুৎ হাইহৌই। তপ্লা তপ্লা হৌগৎলক্লনা লম্বী মতাইদা চৎলি। চৎনা-চৎনা উরকই অথুবা নুংথিলগী অচাপোৎ চাফমদো। মতাই মতাইদা হৌরীবা উপালশিংগী কংলবা উনাশিংনা ইচাই-চাইঙৈ লৈমাইথক্তা তারি, খরানসু নুংশিৎকী শাহুম লৈবা মফমদা কোইলে লৈদুনা পাইরী। মচাই-মচাইনরবা অমদি চন্নদ্রবা কংলবা উনাশিংসে উরগা ঐগী পুন্সি মাল্লকই। মফম অসিগা ঐগাগী মরক্তা ফাজিনখ্রবা মরী অমদি লৈনরী। অদুন্নী ঐনা মফমশিদা উংদুনা ফন্নীবা। হায়নবা লৈ "নুংশিবদি হৌখিনি, নিংশিংবদি লেংদনা লৈহৌনি পুন্সি

চুপ্পা"। ঐনা ঐগী হৌখ্রবা থৌদোক কয়া নিংশিংলকই, মা য়াওদ্রবা তুংশিদা মাগা শেম্মীন্নখিবা-নিংশিংলরোই হায়না লেপখ্রবসু থিংবা ঙমদনা অমমম্তা ওইনা মমী-শামী পরেং-পরেং নাইনা চোংথোরকই, মীৎমাংশিদা হায়না তান্নবা য়াদনা। মা-ঐনা উন্নদুনা ফম্মীন্নখিবা মফমসে ঙসিসু হোংলমদ্রি, হোংলীবা হায়ববু ঐখোয়নীতনি, মতমদুগী ঐখোয়নিদো ঙসিদি ঐ মা ওনখ্রে। মতমনা শান্নরি পুক্সি কুম্মে। উখোংশিদা তাদুনা লৈরীবা অকেনবা উনাশিং মশীং থীদুনা শান্নখিবা ঙসিতা ওইনা মীৎমীংদা চোংথোরকই অদুবু ব্রাখলদুগা থাঙ্গেশেংবা শক্তমশিগা মায়োকনরবদা পূন্নমক মীংশেল মচেৎ কাইখিবগুম মচেৎ-মচেৎ তোইনা কায়দুনা চাইথোকখি।

"নিরু ঙসি ইবানিনা ফম্মীন্নরীবা, ইবানিগী পুক্সিসে ওইথোক্কদৌরীব্রা ঐ খনফম খংদে, মসিগী ব্রাখলসিনা ঐবু লৈতাহন্দে। ঐনা হীংলিবা পুক্সি মহীং পুক্সিসিগী ব্রাহস্থোক করম্না হনগনি হায়বা ঐ খঙদে। নঙগা ঐগাগী মরক্তা লৈরক্লীবা খেৎনবসিনা অসুম হেনগৎলক্লি। মসি খল্লুবদা ঐগী ইশাদা তু চুংবা ফাওই। খল্লীবনি নঙনা ঐগী পুক্সিদরা নত্রগা ঐনা নঙগী পুক্সিদরা চুশিন্নদৌরিবসে!"

(মহাক হায়রীবা ব্রাসে খোইজংদে) "... তু ... তু ... তু ... আদগী পীজাসে চাসে" (মহাক্কী মতৌদো ঐঙোন্দ নুংঙাইতবা ফাওই ঙসিদি ঐ পৈশাসু মতিক চানা য়াওরক্তে অদুনা মঙোন্দা পীজা লৈদুনা পীজবা ঙমলোই খনবদা ব্রাখল নুংঙাইতে, ইকায়বা ফাওই) "নিরু ঙসিদি চাররোইসি হয়েং ওইনা চারসি, ঐ পৈশা মশিং শুগদৌবা মান্দ্রে, নুংঙাইতবা উৎলনু।"

"হুং নিপানেনা! ঙসি চানিংবগী ব্রানি, হয়েংদি কৈদৌনদোইবা! পৈশাসু খরা খরা ফুরিৎখাউদা হাপ্পা তম্মু! করম্না তাঞ্জাদা মথৌ তারক্কনি হায়বা ঙম্লা? পীজা অমফাও পীজবা ঙমদবা নঙবু নীপা মাল্লীব্রো?"

"ঐসে নঙগুম্না চানিংবতা-চা, শেৎনীংবতা শেৎপা ঙম্বা ইমুংগী মচা-মশু নত্তে। ইশানা ইশাবু হীংহন্ননবা শু- নোমদুনা হোৎনজরিবা মীশক অমনি। ঙসি খুদোং চাদ্রে হায়বনি, মসিদা ঐনা নঙবু পীজা পীজনিংদবগা মরী অমত্তা লৈনদে। নিরু ঐসু নীপানি, ঐনা হেন্না ইকায়রিবনি ঙসিগী থৌদোকসে' অদুবু করিদি তৌবা ঙল্লী!"

(করেম্নদুনা হায়রকই) "অদুদি নঙনা লৈবীবা ঙমদ্রবনিনা, ঐনা ওইনা লৈজবা তারেদনা, ঐদি ব্রাৎতা-তাদবা ইমুংগী মচা মশুনি অদুনা ... বাই-দ- ব্রে (পৈশা পুথোক্তুনা) নহাক্না লৈরুগে হায়বরা নত্তুগা ঐনা ওইনা লৈজরু হায়বরা?"

"পৈশাসু নঙগী ওইরবনিনা, লৈবসু নঙদুম লৈজরো? মসিসু কায়বদি নত্তে নোং ফাদোকসু নঙসু লৈবা য়াইনা, মসিসু য়াম চৎনরবনি।"

"য়ারে, য়ারে নহাক্না ব্রা ঙাংনবা ইশিং লীৎতে!"

"হায়সু হায়বনি, নুংশিনবসে ঐখোয়নিমক্কীনি, মসিবু শেমগৎ-শাগৎপা হায়বসে ঐখোয়নিমক্কী থৌদাংনি। মপূং ফাদ্রিবা নুংশি মরীসে লাক্কুনা থম্লনবা মায়কৈ অনীমক্ক্‌গী থৌগৎপা চংঙি, ব্রা-চেৎপা চংঙি, থম্মোয শেংনবা চংঙি, থাজনবা চংঙি, তেংবাংনবা চংঙি ... "

মহাক মচীন পৈথোক্লগা হৌগৎতুনা চৎখি, ঐ মানা চৎখিবা মায়কৈলোমদা য়েংদুনা লৈ, অসুম য়েংদুনা লৈ, মহাক মমী-শামী মশেক মবক্তা মাংখি। ব্রাইশিংপীদুনা ব্রাইশিংপদু ইনাক য়ৌবম্লে। ঐ তপনা মফমদুদগী চৎপা হৌই। চৎলী অসুম চৎলি পম্লুং নাইদ্রবা লম্বীদুদা। মরী-মবী লাকপনা অঙাং ময়াম শান্নফম পার্ক অমদা অমুক থুংলবে, ফমথদুনা অঙাং ময়ামগী কুম্মৈ য়েংদুনা পোথাই, খঙহৌদনা মীৎ লাকশিল্লকই, ...

"নিরু নঙ হান্নগা মান্নদ্রে, য়াম্না হোংলে!"

"পুন্সি হায়বসে মান্নদুনা অদুম লৈয়ু হায়বদি য়াদবনি।"

"নঙনা হায়রীদুগী অর্থ করিনো?"

"ঐনা নঙবু নুংশিখি, য়াম্না শাথীনা নুংশিখি, ঙাওজখি। নঙগতা লোইনবা পামখি অদুবু মদো ব্রাখল মপুং ফানা খনজিনবা ঙমদ্রিবী লৈশাবী অমগী ব্রাখলনি। নুংশিবনা পুক থনবদি য়াদবনিনা, পুন্সিসে মগুণ, ভেল্যু য়াওদনা হীংবদি য়াদবনিনা হৌজিক ব্রাখল মপুং ফারক্লবী লৈশাবী অমগী ব্রাখলদা নহাক্না মরী ককথৎনবা হায়না ব্রারেপ তারে। মসিগী মরমদি ঐহাক হৌজিক ইঞ্জিনীয়র অমগা পুন্সি লীপুন শেম্লনবা ব্রাফমদা খুমাং চাউশিনখ্রে। অদুনা নঙনা ঐবু খনবীরবদি ঙসি ঐখোয়নীনা উন্নরীবসে অসিনা ঐখোয়নিগী অরোইবা উন্নবা ওইসি। ঐসু খঙঙি নঙনা ঐবু নুংশি, ঐসু নঙবু নুংশি অদুবু ফিভমননি, ঐখোয়নি কায়নবা তাবনি, ব্রারৌবীগনু!"

"ঐ নঙোন্দা ৱারৌদবা ঙমদে! অদুক য়াংনা, অদুক লাইনা। নুংশিববু অদুক মমল হম্বনা লৌরীবা নঙগী থম্মোয়দা ঐ ৱারৌই। চুম্মী, ইহাক মতিক চাদ্রিবা মীনি অদুবু নঙবুদি থম্মোয়নুংদা থমবা ঙমগনি। দলান মথোন-মথোনগী নুংঙাই য়াইফদুদি পীবা ঙমখিরোই তৌতবু ঐগী খাংপোক- শঙশিদা নুংশিবতনা শেল্লবা স্বগগী নুংঙাইবদো তম্বা ঙমগনি। নঙতনা ঐবু থাজৌ, ঐগী থৌনা ওইয়ু! ঐবু মীরাইদুনা অসুম্না মফম খঙদনা নঙ চৎখিগনু! মচোই মচোই হৌরগনি ঐগী পুন্সি নি... রু!"

"ঐ খঙদবা নত্তে নঙগী ইথিল, নঙগী পূক্লীংদা ফাওরীবা অদুবু উপাই অমত্তা লৈতে ঐঙোন্দা। ঐ ঐনা লেপখিবা খোঙফমসে হনদোক্লরোই, মসিনা ঐগী অরোইবা ৱারেপনি।"

"নঙনা ঐগী পুন্সিবু করিনি হায়না উবগে? নঙনা ঐগী নুংশিববু করি ওইনা খনবগে? হোংদোক-হোংজিন, থাংদোক থাংজিন য়াবা পোৎশককুম লৌবরা? দরকার লৈরে শীজিন্নবা, লৈত্রে হুন্দোকখিবা য়াবা দিস্পো গ্লাসকুম ওইনা উবরা? মসে ঐগী থম্মোয়নি, নঙনা শান্ননিংবা মতমদা ননিং তমনা শান্নবা, থুগাইনিংবা মতমদা মচেৎ তানা থুগাইরম্বা য়াবা শান্নপোৎতি নত্তে!"

"ঐঙোন্দা অদুগুম্বা ৱাহংদো হংলক্কনু, অদুগুম্বা ৱাদো খন্ননা ঐগী ৱাখল হাংদে। অদুগুম্বদো ঐ করিসু খংদে, উদে, তাদে। ঐদি ঐগী তুংগী পুন্সি য়াইফনবা থিবনি। নঙবু শান্নবা নত্তে। মসি নত্তবা ঐগী অতোপ্পা ওফসন অমা লৈতে।"

ঐগী শৈগন্দা নুপী মচা মনা কাকা-কাকা হায়না কৌদুনা পীক্লবা খুৎ মচাদুনা নোম্লকই। ঐ তাইবংদা হন্দোয়রকই, ঐবু চাউ হায়দুনা কেক্ মচেৎ অমা পীরকই। অঙাংদুগী মাযথোঙদু উবদা ঐগী পূক্লীং ৱাখল নৌরকই, ঐবু অতোপ্পা তাইবং অমদা হুমখিগে তৌই।

লেপতনা লাকপা ঐগী খোঙথাং অচৌবা পুম্ত্রি অমগী মপাল ময়াদা হৌরীবা হৈনৌ পাম্বী অচৌবাদুগী মখোঙদা লেপ্লরে। পুম্ত্রিদুদা কুমথদুনা শেংলবা ইশিং খুজোক অহুম-মরী থকই, শেংনা মায়-মীৎসু শেংদোকলে। ফীবান্দা হৌরীবা অচৌবা হৈনৌ পাম্বীদুগী মখোঙদু উবদা নিংশিংলকই,

মহাক্লা ময়ূম পানখিবা চহী অনীগী মতুংদনি। মাগা ঐগা মখোয়গী থোঙ্গাল ময়াদা থেংনখিবদো। মহাক মহাক্লা পামজনা খনজখিবা ইঞ্জিনীয়ারদো ৱাখল

চুন্নরক্তবদগী খায়দোকনদুনা ময়ূমদা অমুক হল্লকপনি। মহাক্না খনজখিবা মহাক্কী তুংগী পুক্সি য়াইফনবা লম্বীদো মৈগী কোম ওইরমদুনা মৈশা খাংবা-ঙমদবদগী হৌদুনা চেল্লকর্পনি। মীওইবৈ পুক্সি খুবাক-খুনমনি। মহাক্কী নাপল কায়খি।

"সনাথোই কমদৌরী নুংঙাইরীদনা? করম লেল্লী?"

নুপী ওল্লবনিনা অহল ওইরে নঙ নত্ত্রা? অদুগা করম লেল্লী হায়বৈ মহুৎ, হীংলল্লীদনা হায়যু মদুনা চুন্নে। অদুগা অমরোমদা ঐনা নুংঙাইনা, ৱানা হীংবা করিবু খেৎনরীবগে নঙোন্দা। মদু ফোংদোক্লুবগী করি অর্থ য়াওরীবগে হৌজিকপু!"

"অর্থ লৈ, খংনিংবা য়াম্না য়াওরি অদুন্নী হংলিবসে?"

"মল্লবা ঐগী পুন্সিদা করম্বা অর্থনো নঙনা থীরক্লিবা?"

"ঐহাক নঙগী পুন্সিবু অসুম্না মাঙহনখিবা পামদে, য়েংদুনা লৈবসু ঙল্লোই মীৎশিনা, তাদুনা লৈবসু ঙমলোই নাকোংনা!"

"নঙগী মীৎতো উইশিল্লো অমুক হন্না উদনবা, নঙগী নাদো মেনশিল্লো অমুক হন্না তাদনবা, মবমদি মসি ঐগী পুন্সিনি ঐনা হীংনিংবা মওংদা হীংবদা কনানসু থীংফম থোক্তে। নঙবু ঐগা করি থোকনবগে?"

"ঐসে নঙগী নিরুনে, নঙগী নীরু ... নঙগী থম্মোয়গা ঐগী থম্মোয়গগা লৈনরীবা মরীসিননী ঐনা নঙবু থীংগদৌরীবা!"

(ঙকপা মওংদা) "নিরু ... কনা নিরু ... করম্বা মরী (নোকই) ঐবু নৈহৎলম্লগা চৎখিবা নঙবু ঐগা করি থোকনরী? করিগীনো নঙনা ঐগী নাক্তা অমুক লাক্লীবা। ফৎত্রবা অথিবা মীচৈতনা থল্লবা ঐগী পুন্সিদে করম্বা অশানো অমুক তৌররীবা।করম্বা লাংথাকনো নুপী নঙগী অনৌবা শক্লোন্দুনা লোইনরক্লীবা। ঐদি মৈনি প্রলোইগী মৈচাক লোয়নরীবা, ঐদি নোংলৈনি অখাক অরাও পুরীবা, ঐদি শক্তম্নী অকীবা তমথীবতনা চোল্লবা ... নক্কে খনগনু ইনাক্তা মাংগনি, মুৎকনি, চাকথেক্কনি তাঙ্গোই তানা অমত্তা খাক্তনা।"

(পীবাং নৌরকতুনা) "করিগীনো সনাথোই নঙগী থম্মোয়দুনা অদুক তমথিনা নুঙগুম্না কনশিল্লীবা! নঙ ঐবু মচেৎ অমত্তা নুংশিবা ঙমদ্রবরা?"

"ঐনা নঙবু নুংশিবদি, নঙনা ঐগী থম্মোয়বু শীংকুপ শানা শুগাইরম্বা নুমীৎতুদা পীরাং ওইনা শিনথখ্রে। ঙম্নমক মচেৎ-মচেৎ নিংখায়দুনা উফুল মরীক

মরীক ওনখ্রে। অমুক হন্না চনখৎপা ওইথোকলরোই। অদুগা নঙনা ঐবু নুঙগুম থম্মোয় কনশিল্লীবা করিগীনো হাংলীবদো ঐনসু হংলি নঙোন্দা থম্মোয়সিরা নুঙবু থম্মোয়দুরা?" (মহাক মমাই নোনথখি)।"

হৈনৌ পম্বিদুদগী অকংবা উনা অমনা ঐগী কোকথক্ত অরকই, ঐ মঙ-ফাওনরকই। উপালদা পাল্লীবা উনাশিংদুদা য়েংখৎলী উনা ময়াম চাথরক্লী। চীনবাল মোমোন নোক্লুনা লেপতনা চৎপা হৌই, চৎলি, চৎপা লেপতে খোঙথাঙসে পঙ্খে লৈত্রবা মায়কৈরোমদা।

# য়ূম্বাল্লগা লৈশানিংলকপী

চাক থোনরীবা চফু-উয়ান্দু, চাকখুম-মাংদা উপনা লোংনা তারি। ইশিংসু হৈদোক্তুনা তাওরে, চাক- য়েঙ্খাংসু পুমচাই চাইরি। ইশিং হৈজিল্লবা পুখমদুদা য়াওরিবা চাক-য়েঙ্খাংদো তাম্থোইবীগী চহী নৌরীবা মচা অনীদুনা মুন্না-লাকনদুনা চাবা হেনবা ঙম্লবা হোৎনরি। অঙাং ওইবগী মহৌশা অঙম তান্নে, হেন্না চাকখোম চাউনা হুকননবা লাকনবদা মশম চিংনরক্তুনা ব্রা-ব্রা লাউনা কপনরকই। কৈথেলদা পোৎ থাবা চৎলুবা মবোক তমুবী কোম্থোঙ কানশিল্লকপমতক মঙাইরি, পীক্লীবা মশু অনীনা কপনা লাওনরীদু তাবদা মমৌবু কৌ-কৌদুনা ইমুং চংলকই। মমৌ লৈরমদবগা ওইরম্লবীবা চাকখুম্মাংগী মতৌ, মশুশিংগী শক্তমদু উবদা চান্ননা খংশাউ শাউনিংলকই। মথম্মোয়নুংদা মমৌবু চৈ-থাংলকই "কদাইদনো মসিগী নুপীমচাশিংনা, য়ূমগী মখাদা মীকুপমত্তুংফাও লৈনিংদবশিবো? শাউবা হৈরমদবা ঐসে হনুথংসিদা নমদুনা মানা শাউবা তম্বীদৌরি। পীক্লীবা মচাশিংসে য়েংশিনগেদি নীংদ্রদনা কদাইদনোবা মানা অসুক মনিং তম্লীবসিবু। চাকখুম্মাংগসে য়েংহৈদ্রে

মসিবু তৌহৈরিবরা হায়বা"। মনীং ময়া চংদুনা য়েংলু থিরুবদসু ফংদ্রে। নুমীৎসিনদী অসুম অসুম হাইথরক্লুনা ঙৌরম্বা মচুদগী সনা মচু ওল্লক্লুনা নোংচুপ চীংদোল্লোমদা চংখিগদৌরে। নুমীৎদাংগী চরা তম্মনবা চেঙ মনা-মশিং অমত্তসু শেম-শারমদ্রি। হঙ্গাম মপুনদো পুথোরক্লুনা থোংবা য়াননবা শেম-শাজিল্লী। চেং খপ্তোক্লুনা ফৌ-ফত্ত হাওদি-নুংকুপ খনদোক মম্থোকই। মশুনা চৈখাইরম্বা পূম্বা তাশিন খোমজিন্দুনা তৈথোক নাম্থোকই। নিংঙাই চাউগনবা মশুশিংগী নিংঙাই ফাথনবা থেম নৌদুনা হোৎনরি। অসিগুম্বা মতৌসে ঙসিগী অসিনা অহানবা নত্তে। মশীং খঙদনা চহী অমা-নীশিদা তাম্থোইবীনা কন্না তৌখৎলকলি।

সনায়াই ব্রানা চেক শুবা চৎলুবদৈ হল্লকই। ঙসি মোহোরিনা খুৎশুমল খরা পীরকই। লম্বীদা মচাশিং পীজনবা অচাপোৎ খরা লৌগে হায়দুনা দুকান্দুদা চংলুবনি। হান্না পোৎ লৈদুনা লৈরম্বা মৌ নহা অনিদু সনায়াইবু উবদা চীবোন চীবোন মরোল লোন্নরি,

"মোয়গী তাম্থোইবীদো হৌজিক্তা মচা অনী লৈরকানসিদা, লৈশাবী ফাগৎলপগুম মৌ মানা লৈশাবী শাদুনা মনিং তম্নগা কোই লাংলিসে থীংবীনবকা লৈত্রমাল্লে। উবদনে মীৎসে নারে ঐখোয়দি। খবরদা তত্তনা থেংনবা 'মৌ নহা অমা মাংখ্রে' হায়দুনা য়াওগনবদো মাগীসু শোইদ্রবনি নোংমদি য়াওরকপা।"

(অমদুনমুক মখা শমথরকই) "মৌ লৈশাবী হায়বদুনি। অদুননে মা ময়ূম পাল্লে, মচা অনী শুরে হায়বফাও হেক কাউথোক্লুনা মকে-শেমদুনা লৈশাবী মচাশিংগা কন্না পা পাদুনা ইরাং কৈথেল চৎলীদো।"

(অমদুনমুক মমীৎ মনা লাওথোকপমখৈ হায়রকই) "ঙসিসুনি মনীংগী লৈশাবী থাম্নাগা লোয়নদুনা মশা নান্না, মনম নুংশিবগদো চাইদুনা নোক খেরগা রিক্সো তোংদুনা ইরাং কৈথেল কাখিবদো। মখোয়নিগীদো শোয়দনা ওইরমগনি পাখং মচাশিংগা মখোয়গী করিদুদা উন্নবা চৎপা।"

(শাওনিংবগী মতৌদা অমদুনা) "মখোয়সিনি য়ূম্বালগা লৈশানিংলকপী কা হায়না হায়নবদো। মশা মপুং ফাদ্রিঙৈদা খৎ খৎ লাওদুনা ময়ূম পাম্থোক্লে। য়ূম্বাল্লোন মশক খঙদ্রিঙৈ মচা অনী শুজিল্লে। মচা অনীগী মমা ওইরকান্দা মশা মপুং ফারক্কনুদি য়াদবনিনা ইথক-ইরাংদু হৌরক্লে। ইথক ইরাং লাক্লবনিনা লৈশাবী শাদুনা কোয়বা লাংবা নুংঙাইবদু পামখৎলক্লে। অদুননি ইরাং কন্না পামখৎলকইসে, মৌনা ইরাং পামখৎলক্লদি ব্রাথোক অমদি শোয়দ্রবনি।"

(অমদুনা তু চুংনা শোল্লকই) "ইস... ইস... ঐদি ঙমজরোই। ইচা ইশুশিংদনে অসুম্না থোক্তনবা, নখোয় নখোয়না পাখং লৈশাবী হায়বদো ওইরিঙৈদা লাংনিংবা কয়া ঙাওনিংবা কয়া লৈরবসু ননীং থুংনবা লাংহৌ-ঙাওহৌ অদুগনে হয়েং নয়ূম পান্নেনা পাল্লবদি মৌ ওইয়ু, মৌগী লীচৎ চৎলু মৌগী শাজৎ ঙাকউ হায়দুনা ঙসিদগী পুকমেন পাউমেনবা হৌ- হৌরগে ঐদি। কিখ্রেদা মতমসে মখল মথেল কয়া উবা ফংলক্কদৌরি।"

সনায়াই মখোয়না শান্নরিবা ৱারীদো মখা তাবা ঙন্নক্রদুনা অচাপোৎতু লৌরগা পৈশা পীরমদুনা প্রপ প্রপ্ খোঙশাল্লকই। নুপী অনীদু করেম্নবগী মায়থোঙদা য়েংলক্লগা নোক-খেদুনা মীৱা ঙাংনদুনা লৈহৌই। লম্বীদা চৎনা চৎনা ঙসাইগী নুপী অনীদুগী ৱারীদু কোকনুংদা অকনবা ইরৈ অমনা লৈখাইরকপগুম উরু উরু লৈ-লৈদুনা পাইশিল্লকই। মীকুপ্পুদা লৱাই লেম্ফুন্দা লংজা অমনা খংতোং তোংশিল্লক্তুনা মাগী কোক্তু চাখিগদৌবগুম ফাওরকই। কোম্হোং কানশিল্লকপগা মমানা মশু অনীবু অমনা নঙ্গন্দা পো অমনা মথাদা কোন তৌদুনা থেম নৌরম্বা মতৌদু উবদা অমুক্কসু হেন্না অচাকপা মৈদা ঘী হৈজিনবগুম মথন্তা প্রোক-প্রোক্ চাক্পা হেন্‌গৎলকই।

পীক্লীবা নৱা অনীদুনা মপাবুংবু উবদা হরাও-হরাও মবোক্তগী চোংথরক্তুনা চেনশিল্লকই, পাপা লাক- এ, পাপা লাক-এ হায়না মচীন মচাশিং অদুনা কৌদুনা। মপাবুংগী মখুৎতগী অচাপোৎ ময়োম অদো লৌরদুনা মপাবুংদা ওইনদুনা কোল্লগা হংলকই, "পাপা মমাদি? মমাদি কদায়দা লৈহৌরে?" মচাগী মতৌদুদা সনায়াই মচাবু নুংশিনা কোনখৎপীরগা মখাজাইদা চুপ্পীদুনা, "চৎলো চৎলো নচিন-ননাও অচাপোৎতো চামিন্নরুরো।" মচাশিংদু মপাবুংগী ৱাহৈদুদা হরাওনা ইমুংদা চংখ্রে। সনায়াই মমাদা ওনশিন্দুনা হংলকই,

"ইমা ঐখোহয় তাম্হোইবীদি? মাবু কদায়দা চৎখিগে?"

"ইমাসু খংহৌদ্রে, মাবু কদাইদা চৎখ্রিবনো? কৈথেলদা তুবা লোইরবা কাংখল খরা থীন্দোক্লুবনি। শেল খরসু খোমগৎলুবনি। হল্লকপদা মাদি লৈরমদ্রে। ইশু অনীসিসু নীংশিংদ্রমাল্লে, নুমীৎসিনা তুম্নীংলক্তুনা মরানয়াইদা চংলক্লসিফাও মাদি হঞ্জিনলক্কনি খঙদ্রে।"

(মমাগী ৱাহৈদুনা সনায়াই শাউরকই। "ইমা ঐ য়াম্না শাউনীংগদৌরি! মানা করিগীনো অসুক য়াম্না ইথক- ইরাং পাল্লকলিসিবু। ময়ূম পাল্লবীনি, নুপা

লৈরবনি, মচা চেল্লবীনি হায়বসে মকোক্তুদা মাগী চংদ্রিবসে করিগীনো হায়বা? ঙসিতা নত্তে, হঞ্জিন-হঞ্জিন কয়ামদি য়ামলে। মা হাকক্তুতা নচা মীমাং থোকপা ঙমহল্লোইদৌরি। নচাগী মীংচৎ তাগদৌরি।"

(মচাগী পূক্লীং ফাদুনা হায়রকই) "মসিনিনে ইবুংঙো, অহল লমনশিংনা হায়নবদো "হৈ হেকপা লায়বনি, হৈ খুনবা লুবনি।" নুংশিনরিবনি হায়দুনা ব্রাখল চনিং চমাং শম্নদমখৈ মেন-মান তাদনা নশা মপুং ফাবাৎতনা নয়ুম পানশিল্লে। নচা হাথু-হাথু য়াওশিল্লে। পূক্লীং ব্রাখল হকচাংদি হৌজিক্তসু মপুং ফাদরি। মচী নৌনা হৌরকপগী হাকৎচবা ফাওরীবা ষন-নাওনা অউ-অউবা ব্রাইনিংবা মশানা তাবনি। মথোৎ মপুং ফানা কারকলিবা যৌবন পুন্সি হায়বসে মৈহৌ লাংপোক, ইশিং ইচাউদগীসু হেন্না তমথী হায়নরিবনি। অকনবা ইরৈ পুবা নোংলৈ নুংশিৎকসু প্রমান তৌনরিবনি। লুহোংবতনা থুংনবতনা য়ুম পানবা কৌদে। য়ুম্বাল্লোন করিনো হায়বা হান্না মশক খঙবা চংঙি। তানফমসে ফিংগৎপগীদি নত্তেকো, ইংথদুনা শেগা মায়গা হায়নদুনা ইরৈসিদা তাওথরিবা পুন্সি হীসে নিংথিনা অরেপ্পা মায়কৈ অমদা হীমায় চূম্বা হৈবা চংঙি।  ইরৈ কনবা তানফম্মী, চেকশিল্লুকো ব্রাখল মুন্না তৌ?"

নুংশিবা হৈনম-লৈনমগী মনম লোইনরীবা মশাদা অনানবা অরু-অহেনগী ফিজোল শেৎতুনা তাম্থোইবী মল্লী-মল্লীরকপা তানফমদুদা কোম্থোংলোমদগী তফিং-তফিং ইপা পাখৎনা চেনশিল্লকই। মপুরোইবা অমদি মনেমগী মায়থোঙ উবদা থকৎ-পাখৎলি। তাম্থোইবীগী মতৌদুদা তমুবী মচাদা ওনশিন্দুনা,

"ইমাগী ইবুংঙো, নঙ ফিংখিনু ইংথখো, ভাব মেন তানা নিংথিনা ঙাংনা শকনৌ, নখুৎ নশা য়াওখিনু। শাউনবা, চৈনা-ঙাংনবতনা, চৈ পায়দুনা ফুবা য়ৈবতনা ব্রারকপা কৌদে। য়েংঙুময়াংলেনসে চৈফম মশিং খংদ্রবনি নঙনা ফুবীরীবা অদুবু হন্দ্রীসিনি।

মশাদা অকিবা হায়বদুমদি পক্লিবনিনা নুংশিনা অমুক থেম নৌনা য়েংসি। কনা খঙ মাগী ব্রাখল তারকপসু। (সনায়াই হায়নিংলম্বা ব্রাহৈশিং হায়দোকপা ঙমদে)

মনেমগী মায়থোঙগী মওং অমদি সনায়াই অশাউ মায়থোঙ উবদা তাম্থোইবী মীপাই থবাইবা লোয়নরিবা মায়থোঙদো নোম্থদুনা মাঙ্গোল কাখৎলকই, মচীন্দগী হায়দোরকই,

"থাম্লানা মাগী অরুবা থবক অমত্তা চৎমিন্নদবা য়াদে হায়দুনা কন্না অক্লরবদগী চৎতদি নুংঙাইহনরোই হায়দুনা চৎথোকলুরে। লম্বীদা গাড়ী লৎপদগী গাড়ী ঙাইবদা মতমসে থেংদোকখ্রে।"

মমাগী মখোল তাবদা ইমুংদগী পীক্লীবা মচা অনীদু চেম্থোরক্লুনা ইমা! ইমা! হায়না হরাওনা কৌদুনা কোল্লরে। সনায়াইগী ব্রা ঙাংনিংদ্রবা মতৌদুদা হৈশিংনা মনেমনা হায়রকই,

"চংঙো' চংঙো মতমসে থেংখ্রবনি। নফি নরোল হোংদুনা চাক-ইশিং হোৎনরুরো। ব্রানা থবক চৎলুবনি, চাক লাম্লমলনি নুপাসে।"

তাম্থোইবী প্রপ-প্রপ পীক্লীবা মচা অনীদু পমদুনা ইমুংলোমদা চংখ্রে। মচাগী মতৌদু উবদা তমুবী খংঙি মচাদা ফাওরিবা মৈচাক্লরিবা ব্রাখলদু করিনো হায়বা।

"ইমাগী ইকুখ্রো সনায়াই, তনফমসে শা-লানগী নত্তে, নপুক্লীং ইংথ-ফাথবগীনি। নপুক্লীং তপথৌ, ইমা লোয়না খঙঙি, নুমিৎ তাদ্রি ইচাগী নুমীৎ তাদ্রিকো। ইচানা নীংজবা থুংলনি, ব্রাখল তানা, নুংশি ওইননা শেগা মাইগা নিংথিনা হায়নৌ। ফরে ফরে নফি নরোল হোংদোকচরুরো। নশা শেংদোক চামথোক্লগা তনান-তনান নচাশিংগা পোত্থজরুরো।"

নহানঙৈগা মান্নদবা মপুরোইবগী মায়থোঙ উবদা তম্থোইবী মীপাই থবাইনা থকৎপা অমদি অদুম মশাদা লোয়নজে। খোঙলৈ য়াঙনা চাকখুমগী থৌরম লোইশিনজে। মমীৎ মমায় তাথোক্লুনা কেনা মৌনা কাদা চংলকই। মপুরোইবনা মচা অনীবু শুমদুনা লৈরম্বা মতৌদু উবদা নুংওল্লকই। হৌখ্রবা ব্রাখল মচা মচা খরসু মোংলকই। লৈশারিঙৈগী লীশিং চৎপীগী লাংগী ব্রারী নৌথোরকই। মপুরোইবগী মনাক্তা চংশিল্লক্লুনা ফমথে। মহৌশাই থম্মোয় হুবা মীনোক্তা তম্লদুনা নুংশিনা ওইনরকই,

"অং ... নঙগীসে ঐঙোন্দা শাউরীরো?" (ব্রাহৈদুদা সনায়াই খুল্লকই)

"শাউবা নত্তে খল্লীবনি, নঙসিবু কমদৌদোইনো হায়না। ঐখোয়নীনা ঙসি হিংলিবা পুক্সি মহৌশাইদু নত্ত্রে। থাক কাখত্নুনা য়ুম পাল্লবা পুক্সি হায়বদুনি। লৈশা-পাখঙ ওইরিঙৈ কুসি রাসিদো য়াদ্রে হৌজিক্তি। নঙসে ইমুংসিগী শাগৈসিগী মৌ হায়বদো ওইরবনি, ঐগীনা নুপী, ইচাশিংগীনা মমা, ইমাগীনা মমৌ খঙলেদনা। অদুগা ইমুং অমগী মৌ হায়বসিদি ইমুংদুগী লাইরেম্বীনি হায়না শক্লরিবনি। লাইরেম্বী

মানা ইমুংদুবু থওইদ্রবদি, থৌশাদ্রবদি ইমুংদু করম য়াইফগনি। মমা অমা হায়বসিনা মচাশিংগীদি মীৎনা উবা লাইনি। মমাগী মওং-মতৌ শাজৎ মচাশিংনা তমগদৌরিবনি, তন্নীবনি।"

(ইকায় নুংশি য়ান্নরবা তম্বোইবীনা) "ঐসে ব্রাখল লৈতাদবী অমা হায়বদো ওইরুরে। ঐনা মরম ওইদুনা নহাকপুসু ব্রাখল ব্রাহল্লে। তৌহৈদবা কয়া ঐনা তৌরুবনা নঙবুসু ইকায় ফিরুক নংহল্লে। ঐসে ইমুং অসিগী মীংশেলদা তাবা মমী অমনি হায়বা ঐ নিংশিংবা ঙম্লদ্রে। মিংশেলদা তারিবা মশক থীরবা ইমী অসিনা ইমুংসিবুসু মীগী য়ারক্তা তাহল্লে। ঐসে কয়াদা ব্রাখল থেনবী অমনো? ঐগী মোৎলবা ব্রাখলসে শেমদোক্রবা ঐঙোন্দা নহাক্রা তাঞ্জা অমত্তংগা পীনবীখো? ঐনা শোয়দনা ঙাকপা ঙম্বা ওইজগে।"

(তম্বোইবীগী মতৌদুদা মায়থোঙদা ব্রাওথাংনরবা মীনোক অমা পুরক্তুনা সনায়াই)

"তনজাদি ঐনা পীগদৌবা নত্তে নহাক নশানা নশাদা পীজগদৌবনি, পূম্নমক নঙ নশাগীদমক নঙ নশানা তৌজগদৌবনি। নঙগী থৌনাদুর্বুদি ঐ থাগৎলী। ঐ হৌজিক্তা ময়েক শেংলকই, য়ুম পানবা হায়বসে ব্রাখল মপূং ফাদ্রিবা ঐখোয়গুম্বা কয়াগীদি শাথিনা লুবা থবকনি। য়াম্না চুমথ্রবজাৎনি অহল-লম্মনশিংনা হায়বীরম্বা পাউরৌদো "হৈ হেকপা লাইবনি, হৈ খুনবা লূবনি ..."।

(তাম্বোইবী খোইরাংননা হংলকই) "অদুনা করি হায়রিবা?"

(সনায়াই নোকফেৎ তৌনা হায) "নুংশিনবীবনি হায়দুনা খম্বল চাউনবগী মহৌশা মীপাই চাউনদুনা নঙসু ঐসু থুংনররোই মতাগুম পাখৎনদুনা খৎ-খৎ লাওনা মথোঙ মরম খঙদঙৈ হাথু-হাথু য়ুম পানশিল্লে। নহা ওইবগী ইনখৎলকপগী অঙাওবা ব্রাখলদুদি তাশিন খোর্মাজিনবা ঙমহৌদনা তঙ্খাই অমা হন্দোকলম্মী। মদুগী ব্রাৎহৌরীবা অঙাওবা ব্রাখল তঙ্খাইদুনে হৌজিক্তা মথি ফুদোরক্লিবা। য়ুম্বাল লোনচৎ মশক খঙলক্তবনা ইচা অনী শুরসিফাও ইথক ইরাংদুদি চেল্লীবনিনা হকচাংবুদি লাকশিন ফাজিনবা ঙমদ্রে। মতাংসিবুনি ঐনা প্রমান তৌরীবসে 'নঙবুদি হেকলে হায়ববু, নঙবুদি খুন্দুনা ঐনা ইমুংসিদা মফম চানা লৈতেংবদি ঙমদ্রে'। পূম্নমক হৌখ্রসনু ঙসিদগীদি ... ঐ থাজৈদা নহাক লৌশিং লৈবীনি, হয়েংদগীদি ঐগী অপাম্বা অনীংবসে ইমানা উনিংবসে নঙনা উহল্লগনি হায়বদা ঐ চীংনবা

পোক্তে। নঙসে ঐগী ইমুংসিগী তরু-তরুবা মীংশেলগী মমী ওইরক্লগনি খনবদা ঐ শাথিনা নুংঙাইবা পোকই।

ৱাহৈশিংদু তানা তানা তম্হোইবী ওইনদুনা সনায়াইগী মথাদা হীপথরকই। মহাক্কী ৱাখলদু করিবু খল্লীবা মাতনা খঙজে। মতৌদুদা সনায়াই তাম্হোইবীগী শন্নাংশিংদু মখুৎনা নান্থবীরকই। তাঙ্গা চাদা মুৎকনবা মৈশু খংমুৎ মুৎখিবদা কাদু পূংমম্ মম্হনখি।

## য়েক্লবা

লৈকায় অসিদা য়াম্না তমথীবা খ্বাইদগী হেন্না ফৎতবা মীশকনি কোকাই। মাবু লৈকায়সিগী মী কনামত্তনা নুংশিবীদে। লৈকায়দগী হেনদোরকতুনা থংনরিবা লৈকায়শিংনফাও মাবু হঙ্গোই তুকৎচনৈ। মহাক্কী নমফু সাশোন্না কিহন্দুনা, খঙহন্দুনা, অকি তুজুং পোকহন্দুনা, ফুদুনা ওৎ-নৈদুনা মীশিংবু খোঙ্খাদা নম্নগা শেল মুল্লী, লৌই, লাকই। কনানসু মাগী মায়োক্তা লৈতোন খৎপা ঙমদে, মথৌনসু লৈতে। থীকা মচা-মচা লৌদুনা শেনসু তানশিনবা য়াম্না হৈ।

লৈকায় অসিদা মাগী খ্বাইদগী চাউনা য়েক্লবা অমা হায়রগদি মহাক্তু কাইকুনি। কাইকু লাইরিক লাইশু ফনা হৌরকপতা নত্তনা এম.এ. ফাওবা মকোক্তা থোংদুনা লাকপা মীওই অমনি। লৈকায়শিগী য়াইফনবা থৌরম থৌগাইদা অখাকপা লৈতনা পূম্নমক কখোকচবগী মহৈনা লৈকায়শিগী মীওইশিংনা মাবু নুংশি। মাগী থক-খা মশক খংনা চৎচবা থৌগল্লোন লোনচৎ খংবা মতৌদুনা মাবু মীয়াম্না ইকায় খুমনৈ। মাগী অদুগুম্বা ফজরবা লীচৎ অমদি লৈকায়শিগী মীয়াম্না নুংশি ইকায়খুম্ন

বীবা মতৌদো কোকাই কল্লকই। মরমসিননী লৈকায় মীয়াম্না নুংশিবিদ্রবা ইকায়খুম্ন বীদ্রবা কোকাইনা, মীয়াম্না নুংশি ইকায়খুম্নরীবা কাইকুবু মাগী খ্বাইদগী চাউবা য়েক্লবা অমনি হায়না খল্লীবা।

নোংমগী পূংফম অমদা হেক্তা কোকাই, কাইকুগী মাংদা লেপ্তুনা উশিং থওইদ্রবা ব্রাঙাং ব্রাহে অনী অহুমতা ওইরবসু হায়হৌ-শকহৌদ্রবদি খৎনবা হৌহৌদ্রবদি চাক চাবা মবুক থনদে, ইশিং থকপা খৌরাংবা কোক্তে, অহীং তূম্বা মমীৎ উইশিনফম খংজদে। অহানবদদি শাওনিংলম্নবসু ব্রাখল লৌশিং মতিক চানা ফংলবা কাইকু মপূক্লীংবু ফাথরক্তুনা থাওই থৌশারক্তে, লৈথোক লৈথোক্তুনা চৎলে। অসুম্না চহী মরী-মঙা হৌখ্রবা মতূংদা কাইকু য়ূম্বাল কৈবান্দুনা চহী অনীগী মচানুপী অমা লৈজরে। শেনথুমগী অব্রাৎপা লৈবনা মশাগা চান্নবা থবক্তী অমত্তা ফংবা ঙমদে। ইমুংদি পুদবা য়াদবনিনা অফং-অফংবা থবক শু-নোমদুনা পুন্সিগী হীংনবগী থৌগাইদা চংদবদি য়াদে। দুকান মচা অমা হাংদোকচদুনা হীংননবগী লমজেন্দা লমজেলোই অমা ওইনা কাইকু অমদি মাগী লোয়নবী বালা য়াওশিল্লকই। কাইকুগী অব্রা মতৌ অমদি মহীংবু কোখোক কোখোক্তুনা ঙসিসু কোকাই লক্লবা লেপত্রি। মাগী মীবু থওই উশিংতবা করেম কথাইনবা মতৌদুনা লেন্নে কাইকুগী পুন্সি মহীংদো।

পীক্লবা চাউখিদ্রবা লমবেল অসিদা অঙম তান্নদুনা মমাং থাগৎননবা হীয়াং লমজেল তান্নরক্লিবা টাটা মেজীক অদুগী মমায় ইথক-থকই, ইঙাও-ঙাওনা উই। থংনবা লৈরক্তগী থৌদোরকপা সাইকল অমা থেংগদৌরে হায়দুনা মমাই ককপদা টাটা মেজীক অনীদু য়ৈশিন্নদুনা থক্তোরকপদা লম্বেল মতাইদা থৌদুনা চৎচরিবা কাইকুগী ইস্কুটরদুদা ফৈনা য়ৈশিল্লম্লগা হন্না য়েংলমদনা চুমদ্রিং মফম খংদমখৈ থৌদুনা চেনখ্রে। য়ৈশিল্লম্বগী শাফুদুনা লোংনা হুন্দুনা গাড়ীদুনা শীৎনা পুরা কাইকু অঙাংবা ঈতনা মশা থুংনা ইচোৎ চোৎলক্লবদা অদুম জ্ঞান মাঙখ্রে।

অনা-লায়েংশঙগী ফমুংথক্তুদা অঙৌবা বেনদেজনা মশাগী মফম অয়াম্বা শরুক্তা য়েক্তুনা কাইকু য়াতারি। মশাদা য়ান্দুনা কাপ্লীবা ঈ অদুসু লোইদৌরে। ব্রাখল লাকপগী থিনদোরক্তুনা য়েকপা চীকপগী চৈনালক্তা কাইকু মীৎ পাঙলকই। মীৎ হেক পাঙলকপগা অহানবা ওইনা উই মমাঙদা লেপ্তুনা লৈরম্লীবা কোকাইগী শক্তম। মতৌ অদুদা অঙকপনা থল্লবা কাইকুগী মায়থোঙদু কোকাইদা চপ নপ্তুনা মচী লেঙদবদু উবদা হায়রকই কোকাই,

"কাইকু! নহাক্কী অমুক হল্লকপা পুন্সিবু কোকাইনা তরাম্না ওকচরি। ঐ য়াম্না নুংঙাই নঙনা অমুক হল্লকপসে। নহাক্না তাইবং থাদোক্তুনা শীখিবা মতাং চাদ্রি। অদুনা নঙবু শীদনবা ঐনা নঙবু কনবনি। নহাক্না মতাং মতম চাদনা শীথ্রবদি, ঐগী পেঞ্জবসে কদায়দগী ফংগনি, ঐনা করম্না হীংহৌগনি। নঙনা মপূং ফানা ফরকপা থুনবা ঐনা অঙম্বা মতেং মপূং ফানা পাংগনি। হৌজিক্তি নঙবু মপূং ফানা ফহন্নবা য়েংসিনবা হায়বসে ঐগী অমত্তা ঙায়রবা ইথৌদাং ওইরবনি।"

ব্লাহৈ খরসে মতিং লৈনা হায়রম্লগা কোকাই চৎখ্রে। কোকাইগী মতৌ অসিদা কাইকু ব্লাখল খন্দবা ঙমদে। য়েক্লবা অমনা য়েক্লবা অমদা মতৌ করম্না মতেং। করম্বা শক্লোন অমগী। কাইকু চীংনৈ করিগীদমক মহাক্পু কোকাইনা অসুক থৌজাল্লীবা, মাগী য়েক্লবা ঐসে নত্ত্রো মানা মাঙহনবা পাল্লীবা অদুগা করিগীনো ঐনা মাঙলগদৌবদগী মানা ঐবু অমুক হীংহন্নীংলীবা। মসিনা করম্বা মাগী লীলা অনৌবনো? থুম থাক্লা-থাক্লগা ঙৌবা পুন্সিদুরা মানা ইফমদা পাল্লীবা? ঐনা ফরগা মানা ফংগদৌরীবা অপেনবদো ঐস্ খংঙি ... ব্লাখলসে খন্না খন্না কাইকু হৌগৎ-কাংখৎ ঙমদবমখৈ ফমুংথক্তা তেক কায়দুনা তারবা মশাবু য়েংজদুনা মপূক্লীং নুংশিনা কপচরকই।

হীদাক লৈবা থোক্লবা বালা মখুৎতা হীদাক খরা পায়দুনা কাইকুগী মনাক্তা চংলকই। মাগী মপুরোইবনা ব্লাখল তারকপা মতৌদু উবদা বালা খংয়াঙ য়াঙনা চংশিল্লকই। কাইকু ব্লারী পূম্বা বালাগী মফমদগী খংলক্ই। মহাক্না ব্লাখল মাঙখ্রবা মতূংদা মতৌ করম্না ব্লাখল তারক্পদা অনা লায়েংশঙ অসিদা লৈরম্বা। মতৌ করম্না লাইরৈবাক্তগী মীওই পুন্সিদা অমুক্ হল্লক্খিবনো হায়বদো। মানা জ্ঞান মাঙদুনা লম্বীদা ঈনা পুম্চোৎ চোত্তুনা মীয়াম্না ওম্শিন্দুনা লৈরম্বা মতৌদু কোকাইনা থেংনরুবদৈ লায়েংশংদা মাবু থব্রায় য়াওনা পুখৎপীরক্তুনা লায়েংহল্লী। মরী-মরী পাউ পীদুনা বালা অমদি মরূপ্ মপাংশিংসু য়ৌনরক্ই। অহানবগী অথুবা ওইনা হীদাক্ লাংথক্কী শেল পূম্বা কোকাইনা তৌবীখি। মশাদগী ঈ-কা হেন্না থোক্খিবনা মরম্ ওইদুনা ঈ বোটল মরীদি মথৌ তাখি। ডাক্তরগী পাউতাক্ মতূং ইন্না ঈ বোটল মরী অদু য়াম্না থুনা মথৌ তাখি। অদুবু বালানা ঈ বোটল অমা পীরবা মতূংদা ফাওবা অব্রাৎপা ঈ বোটল অহুম্ অদু পীবীনবা মীওই অমত্তা লৈখিদে। কাইকুগী চান্না-চীন্নবা মরূপ মপাংশিং হীপ্মীন্-চামিন্নখিবা মখোয়শিংসু ঈ পীবা

কিবদগী নত্তুগা পীনিংদবদগী বী.পী. ৱাংঙি খরা হায়, ইষ্ট্রেস লৈ খরা হায়, মশা শোল্লী খরা হায়, মমায় ফৎ-ফৎ লৈথোক্লখ্রবদা বালা মমায় মুশুক্ মুশল্লক্‌ই। পুন্সিগী লুরবা চীরবা তাঞ্জাদুদা কান্নদ্রবা মরূপশিংদুগী মায়থোঙশিংদু বালা য়েংনিংলক্তে। মতৌদুদা মমাঙদা ইচাও চাউনা লেপ্তুনা কুম্মৈ য়েংলম্বা কোকাই চংশিল্লক্তুনা বালাগী মশা নোমদুনা হায়রক্‌ই,

"য়েংঙু নঙ, ঐসে নঙগী নুপাগী য়েক্লবনি অদুগা নঙগী নুপাসিনা ঐগী য়েক্লবা অদুবু য়েংঙু নঙ (কাইকুগী মরূপশিংদুদা খুদোনবী থীন্দুনা) মাগী চান্নজবা মরূপশিংসিনা নঙগী নুপাগী পুন্সি কন্নীংদ্রবসু, নঙগী নুপাগী য়েক্লবা ঐনা, ঐগী য়েক্লবসে কনগে নঙ নমীৎ থীৎনা য়েংঙু। য়েক্লবা অমনা য়েক্লবা অমবু কল্লী হায়বসে নঙ থাজরমদবা য়াই অদুবু মদো ঐনা নঙোন্দা উৎকে অদুগা মরূপ্ অমনা মরূপ্ অমবু কন্দে হায়বসে নঙ থাজরমদবা য়াই অদুবু মদো মাগী মরূপশিংসিনা উৎলসনু"।

বালাগী মথৱায় ৱাজরবা মতৌদু পূক্লীং থৌগৎলদুনা কোকাইনা মশাদগী ঈ বোটল অমা পীরে অদুগা অৱাৎপা ঈ বোটল অনী অদুনা থি- হুম্‌দুনা শেল পীরগা লৈবীখি। চান্নবা ঈ ওন্নবগী অহেনবা শেনফম্‌শিং অদুসু মানা পীবীখি। মতৌ অসুম্না মহাক মীক্‌প্ থোক্‌হল্লক্‌পনি হায়বা ৱাখল তারক্‌ই। পূম্নমক্ ময়েক্ শেংলক্লবা মতুং কাইকু মপূক্লীং নুংশিরক্‌ই। বালাবু নুংশিনা য়েংদুনা লৈ। কোকাইগী তৌবীমলগী মমল ৱাংখৎলক্‌ই। থাজবা ঙম্‌দে য়েক্লবদবু য়েক্লবনা। ফিভম্ ফিভম্‌গী মতুং ইন্না থম্মোয়গী মচু ওন্‌গম্বা চান্নবা মরূপশিংদু ৱারৌদবা ঙম্লক্তে। মখোয় মখোয়গীদমক্তা মানা কথোক্‌খিবা, ৱাজখিবা থবক্ থৌরম্ কয়াশিংদু মহাক্ অমুক্ নৌহৌননা নিংশিংলক্‌ই। মমীৎতগী থম্মোয় শোক্‌পগী পী মরীক্ খরা শিন্থরক্‌ই। মীওইবনা নীংবনা অমা তৌথোরক্‌পা মীওইবগী মচৎনা অমা মসি উবদা কাইকু মরূপ হায়বা মীংসে তাবদা তুজুং হঙ্গোইরক্‌ই। চান্নবা মরূপ্ হায়বা ৱাহৈসিদগী চান্নবা হায়বা ৱাহৈসে লৌথোক্তুনা চমম্লবা মরূপ্ হায়না হায়নিংলক্‌ই।

থেংজিন্ য়ৈশিন্ শুজিন্দুনা অকায় অতোয় থোক্‌খ্রবা কাইকুগী হক্‌চাংগী মফম্‌শিং অদু অমম্‌মতা ওইনা টেষ্ট তৌদুনা লায়েং পথাপ্ চৎথবা পৈশা অঙাং নত্তে। কাইকুগী ইমুংগী ফিভম্ থোইদোক্ হেন্দোক্‌পা ওইদে। লৈজরম্বা খরা অমদি অঙম্বা খরা পু-হন্দুনা লায়েংবদা শিজিন্নবদুনা ওইবা য়ারক্তে। তৌদা য়াদবা খরা মরূপ্ মপাংশিং অদুনসু মতেং তৌনরক্‌ই অদুগা দন্দী পাল্লবগুম্

লৈনিংদ্রবা মায়থোঙ অদো নীনি-হুন্নীদি কুফেং-কাফেং ঙাল্লন্নগা অদুম্ লোংনখ্রে। মপূক্লীং নুংশিরবা, মথৱায় ৱারবা হীংনিংবগী মমীদি তন্নীবা কাইকুগী মায়থোঙ অদো বালা য়েংবা ঙম্দে। হোৎনবা য়াবা মখৈ হোৎনরবা মতুংদা ফাওবা চংগদৌরীবা লায়েংগী শেনফমদু তঙ্খাই হেন্না ৱাৎলি। মদু খনবদা বালা কপ্তেদা খাক্ই, অদুবু কাইকুগী মমাঙদদি মাগী পূক্লীং শীক্থদনবা থৌনা ফনা হায় " নহাক্ ৱারগনু শোয়দনা ফরগদবনি"। মপান্দা মপূক্লীং পেন্না কপ্চৈ, কনা উদ্রবা, উপাই লৈত্রবা মতৌদুদা।

কাইকুনা মশা কল্লক্কবসিদা কোকই মথৱায় ৱাজৈ। চাবা চংদে, অহীং তূম্বা য়াদে, লৈফম্ খংদে। কাইকুনা মাগী থৱায় লৌখ্রবগুম্ ওন-থোইনা ৱাজৈ। অশেংবা য়েক্লবগী মহাও তংবা পাম্লক্ই। মাগী লৈজবা শেলশিং, থাদদুনা কাইকুবু লায়েংলক্ই। কোন্নরক্কবদা মাল চাং কায়থরক্ই। মথং-মথং ময়ূম্ ইঙ্খোল বন্ধোপ্ থম্দোক্ই। কোকাইগী পৈশা অমদি বালাগী হোৎনজমন্না কাইকু নোংমা-নোংমগী ফগৎলক্কুনা মশা কন্খৎলক্ই। মহৌশাগুম্ পাঙ্গল য়াওরক্কুনা মশা খীং খীং লাওরক্ই। ঙসিদি ডাক্তরনা অনাবা লায়েংবা লোইরে হায়বগী চে-পীদুনা কাইকু অনা-লায়েংশঙ্দগী ময়ূম্ হল্লক্পা নুমীৎনি। পাউ অসিনা কোকাইগী মায়থোঙদা নুংঙাইবগী মীনোক্কনা চোল্লবা অতিয়াগী মমীদু তারি। মমোন্দা খঞ্জবক্ই ঐগী খ্বাইদগী চাউবা য়েক্লবা অমুক্ হল্লক্লবা, অমত্তা ঙায়রবা য়েক্লবা অমুক্ হল্লক্লবা। ঐগী খ্বাইদগী চাউনা নুংঙাইবা নুমীৎনি ঙসি। য়েক্লবা, য়েক্লবা ঐগী অমত্তা ঙাইরবা য়েক্লবা, ৱেল কম্ য়ু অগেন্। থৱায় মাঙলুরবা হীংচাবা অমনা থৱায় অমুক্ ফংলক্পদা শৈগন ফন্গৎলক্পগুম্ কোকাই মশৈগন ফন্দোরক্ই।